ডাঃ কমল

# মীৎয়েং অমা

সেরাম ইন্দ্রজিৎ



রাইটরস ফোরুম, ইম্ফাল।

Dr. KAMAL : MEETYENG AMA

( A Literary Criticism written by Seram Indra]

May 1992 )



রাইটরস কোক্রম, ইম্ফালগীদমক সেরাম ওংবী প্রেমলতা
নোংমৈবুং. সেরাম লৈরক্তা লৈবীনা অহানবা ওইনা কোক্ক

মথুম য়েকপা — রাজকুমার সনাজাওবা সিংহ
নোংমৈবুং, সেরাম লৈরক ।

মথুমগী ব্লোক শাবা—ইমেজ গ্রাফিক, কৈশামথোং,
এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল ।

কোপী মশীং — ১০০০ ( লিশীং অমা )

মমল :— লুপা ৩০/-

লাইরিক নম্ফম—পুথিবা প্রেস,
থুরাই, লমলোং বাজার, ইম্ফাল

# ৱাশাঙ ৱানবা

মণিপুরগী অহৈবশিংঙা মতম পুম্নমক্তা মায়োক্নরিবা মরু ওইবা সমস্যাগী মথুংদা অমদি মখোয়না ইরুবা লাইরিক কোঙজবা ঙমদবনিনি। অরাবাস কোক্নবা ইং কুমজা ১৯৮৮গী সেপ্তেম্বর তাং ৩দা "অহৈবাশংগী মরুপ" (রাইটর্স ফোরুম, ইম্ফাল) কৌবা সংস্থা অমা ইম্ফালদা লিংখি। অইবাশিং অমস্মুং সাহিত্যবু নুংশিজনা মীওই কয়াগা পুল্লগা লিংখিবা সংস্থান অসিগী মরু ওইবা পান্দমনি, অ-ইবা অমবু ময়াম চঙজনা মতেং পাংবনি অমস্মুং মহাক্কী লাইরিক কোঙহনবনি। অ-ইবা মশা-মশাগী থাগী শেনখায় পুথোক্কু অহংগা অপূনবা শেনফম অমা শাগৎলগা, মথং-মনাও মাইনা অ-ইবশিংদা কংহল্লি।

মরুপ অসিনা লাইরিক কোঙহনা শেন্দোং তানবগী রাখল লৈতে। ওপ্নতগী অ-ইবশিংবু পুক্নীং থোগংপনি, তেংবাংবনি, অমস্মুং মগুণ লৈরবা লাইরিক কয়া মথং-মথং ফোঙহনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূকৈ ফেম্না চোলহনবা অমস্মুং হেম্না ইমাক থুনহল্লবনি। থোঙজও অসিমক লাইরিক কোঙবগী মায়কৈদদি অনৌবা আন্দোলনগী মশক্নি।

শ্রীসেরাম ইন্দ্রজিৎ (সেন্দ্রা) না ইবা "ডাঃ কমলঃ মীংসেং অমা" কৌবা সাহিত্য লৈনবা লাইরিক অসি ফোরুম অসিগী তরাতরেংশুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি থাইগী থুঙ শিমজরি।

লামাবম বীরমণি
জেনেরেল সেক্রেটারী
রাইটর্স ফোরুম, ইম্ফাল।

ইম্ফাল, মে, ১৯৯২ ইং।

# অইবগী ৱারোল

ডাক্তর কমলগী তেল্লবা পুন্সিদা লাইরিক খরতমক ইরম্মী, অদুবু মণিপুরী সাহিত্যগী শাংলবা ইতিহাস অমদি হৌরক্লে মাধবী ( উপন্যাস ), লৈ পরেং ( কবিতা ), ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা ( ৱারী মচা ), দেবযানি ( নাটক ) অসিত্তনি. অদুবু মণিপুরী সাহিত্যগী জগদ্দা কমলবু লময়ানবা কবি, সাহিত্যকার অমা ওইনা লৌনরবাদি 'মাধবী' 'লৈ পরেং হায়বা লাইরিক অসিননি। মরম অসিনা লাইরিক অসিদা মকু ওইনা মৈমজরিবদি লাইরিক অনী অসিগী মরমদনি।

কমলগী পুন্সিগী মরমদা খরদং ইজনবা হোংনবদা মতাংগী মরমদা হায়রনা অকোঙবা লাইরিক মরাক কায়না লৈতবনা খুদোং চাদবা কয়া লেংলখি, অদুবু মহাক্কা হৌমিন্নরকপমক লন্ত্রবস্না লোয়নহৌবা মীওই খরদগী চিন্থাং লৈবা পাউ অমদি মচাক খরদি মরীক চুম্না ফংলখি। খাইদগী মরীক চুম্না ফংজখবনি হিংদেংখোন ... ভগা সিংদগী মকম-দগীনি। কমলগী মমল যাম্নবা, লেঙদ্রবা ৱখল অমদি ৱাঙাদ পরা পীজরিবা অসিস্ন ভদ্রলোক অসিনা তাকপীবগী মতুংইন্না হাপচিল্লবনি। মসিগীদমক্তু ভদ্রলোক অসিগী মফমদা লমন তোনশিল্লবনি

কমলনা উথিবনা অচৌবা ভগবানি অপাকপা ঈপাক্তি; মাগী মীংরেং, ৱাখল, লাকচম ফংহনদনা থম্মোয় অমসুং পুক্নীংগী শক্তমা যোক্নবা কল্পনা জগৎপু অসিংনা মওইবু হায়না হেক্না তরাই তরাই মশক তাকপদি মপুঙফাবা ৱংপস্না য়াই। 'লৈ পরেংদা' য়াওরিবা কবিতাশিং অসিস্ন থূপ্পবা থম্মোয়গী কাচিন্দনা নীং থবা লৈনমগা লোয় নরবা পুক্নীং হূরবা লৈখল কয়াগী কন্নাগী নাচোম লৈরাংনি। মরম অদুনা মহাক্কী কবিতাশিং অসংবুংদা ভীরম খরগী মথাদা লৈরক্লে। 'মাধবী'গী মরমদা সমালোচক ... না তোঙান তোঙানবা মত করা পীরক্লে অদুবু উপন্যাস অসিগী মমুংগদি থোক্না হুন্দুবা নত্রগা হেক্লংপা ওইদে। মশাগী তনৌ-তনৌরবা, পুক্নীং হূরবা শক্তমতু কায়দনা অদুম মরৈজরি; অদুগা মাইকেল অমদগী যেংবদা উৎকপা শক্তমতুনি লাইরিক অসিদা থমজরিবদি। মসিমক্তা হায়রা লৈরম্নদগী তোঙানবা শক্তম অমা ওইহল্লুবগী য়াকলদি পাওরিবরশিংগী মফমদা থমজরে।

—অইবা

# হীরম-লামায়

হীরম - লোমায়

## অহানবা শরুক



## অনিশুবা শরুক



## অহুমশুবা শরুক

# অহানবা শরুক

## কমললগী অশঙবা পুন্সি শক্তম :

ঙমিং, থা, থবানমিচাক, গ্রহ, উপগ্রহনচিংবা কয়া কয়া লৈরিবা গ্যেলক্সি, নিংথৌ তুরেলগী মনুংদা য়াওরিবা সৌরজগৎ অসিগী শরুক মচা অমা ওইরিবা পৃথিবী হায়বা গ্রহ অসিগী মনুংদা লৈরিবা অমদি মসিগা মরি লৈনবা হীরম কয়াগী মরমদা লোইবা খন্বা নাইত্রবা থৌদোক কয়া হৌদ্রে অহুগা কয়া অমসু লৈরি, লৈরকথিগনি। মীওইবা জাতিগী ইতিহাসতা মথল কয়াগী অঙকপা ওইথোক্লোইদবা মানবা মওঙশুম্বা থৌদোক রাথোক কয়া অমসু থোক্লি মসিবু অসুম্বা মওংদা "জগৎ মিথ্যা মায়া" হায়না খঙনরি। ঐখোয়না খঙলি উরিবা জগৎ অসিগী রাংমদা অতোপ্পা জগৎ কয়া অমসু লৈরম্লোই হায়দবা ওম্লোই। লোইবা খন্বা নাইত্রবা জগৎ সংসার অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী পিকপা অমদি খ্বাইদগী চাউবা তোঙান তোঙানবা শক্তম কয়া লৈবগুম, মী-ওইবগী রাখলগী জগৎ অসিদসু খ্বাইদগী চাউবা অমদি খ্বাইদগী পীকপা তোঙান তোঙানবা কল্পনাগী শক্তম কয়া কয়া লৈতবা নত্তে, শোয়দনা লৈফম থোকই, লৈরি।

কোঙ্গেং খুদিংমক মুক্তা য়াওবা নত্তে,
শজি খুদিংমক কস্তুরী চেনবা নত্তে,
অইবা খুদিংমক কবি ওইবা নত্তে। *

---

* অইবা

অপাবা অমদি অতাবা মীপুম খুদিংগী থম্মোয়বু শুমহত্তুনা মহাক্না শাগৎলিবা কল্পনাগী জগৎ অদুদা পুত্থনা মুঙাইবা পীবা ঙম্লিবা অইবা অদুবু মায় পাক্লবা কবি নত্রগা লেখক হায়না খঙনগনি। "মীনা কাওব সি মওং কয়াদা থোক্লি। লাইরিক পঙইদা ইগ্রত্থনা ময়াম অত্থদগী পাল্লকপা অমা নত্রগা অনীনা পুখৎলকপা মফাও অমা, খুদম— রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর অমসুং সেক্সপিয়ায়। অনীশুবা মওং অমনা লাইরিক অমত্তনা শৈরেং অমত্তুনা কাওহল্লকপা অমা। ডাক্তর কমলসু, কবিতা কয়ামুক্তি ইরম্মী হায়ববু মপুং ওইনা "মাধবী" হায়বা উপন্যাস অসিনা মনিপুরী সাহিত্যদা অমর খুভমগী আসন মচা অমদি যাবী তৌরি।" *

তাইবংপান মপুগী নোংদম থীবনা ঙম্না সংসার থাদোকখিবা ওইদুনসু মহাক্না তৌরম্বা সাহিত্যগী দান খরসিনা মনিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা কবি, লেখক, উপন্যাসকার, নাটকার কয়াগী মরক্ত ঞ্জবঙরাগুম তোমথিল ঙাল্লি — লমাবম কমল সিংহনা।

লমাবম কমল সিংহ, ইম্ফালদগী খারোমদা বর্মা-শুগুম্ব লম্বীদা মাইল ৬ (তরুক) লোম লাপ্পা লৈবা লংথবাল কুঞ্জ হায়বা খুঙং অমদা খৃঃ ১৮৯৯গী মার্চ থাগী তারিক ৭, থাঙ্জ নুমিৎকী য়াইফবা পুঙফমদা পোকখি। অপোকপগী মীংনা লমাবম যাত্রা সিংহ অদুগা অপোকপীগী মীংনা লৈরিক দেবী কৌই। (যাত্রা সিংহগী হৈনজবা শিনকমদি মতম অদুগী মনিপুরী সমাজদা অকনবা শাফু লৈরম্বা— গৌরিয়া বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী 'নীতি-লাইরিক' থীবা হায়বা অদুনি। অপোকপগী শিনফমনা মোং হাদবা ধর্ম্ম, কর্ম্ম'গী মরী লৈনবা ওইবনা মচাসুপা অহল কমলগী রাখলদা অথোৎপা অমেংবা রাখলগী মমি তাবা মহৌশানি, তাসু তাখি।' অপোকপী লৈরিক দেবীসু মপুক তপ্পী, ইমুংগী অরাং

* এ, নীলকান্ত— মতমগী রাখল—"মাধবী অমুক পারুবদা"

অপা কয়া মেনশিন্দুনা অফ-ফত্ত কয়া য়েংশন্দুনা মচা মগুবু নাওকোনবী হৌন-লোনচং থঙবী মমানি। য়ুম হায়বা অসিনা খ্বাইদগী অহানবা মহৈ তম্বকম্লি হায়না অথক অহৈশিংনা হায়নৈ, কমলনা খুঙংগী পুন্সিদা হৈরব্রবস্থ হৌন-লোনচং, লমচং-ব্যবহার, খ্বাঙাং-শঙাং মতিক চাবা মমা-মপাগী লীচিং মথাদা য়োক্লকপনা— মপুন্সি চুপ্পা হৌন-লোনচং থঙবা খ্রীপুম খুদিংনা শুংশিবা মীশক অমা ওইখি। মদাগী ছাত্র অমা ওইবগী মহৈ তম্না তম্না মপাগী শিনথম লাইরিক খিবা হায়বদস্থ মরক মরক্তা মাতেং পাংলম্মী, মসিদস্থ লৈবাক থোক্না শক খঙনখিব্রবস্থ, অখঙবা কাঙবুনদি মহাকপু য়াম্না থাগংনখি। মরম অসিনা কমলনা—

"লাইরিক খিবদগী কাশীদাসী মহাভারত, কৃত্তিবাসী রামায়ননচিংবা অরিবা সাহিত্য নোনা শকখঙনখি। স্কুল তম্বদগীনা বঙ্কিম অমদি বঙ্কিম যুগকী সাহিত্যগা শকখঙনখি। অতুম্না মতোন্দা সাহিত্য মখল অনি পুনখি।" *

কমলগী অহানবা মহৈ তম্বা হৌবদি লিলোং হিন্দু স্কুল হায়বা প্রাইমারি স্কুল অমদনি। মহাকী মপালনা পোকপা ময়াম্বা লমাবম গোয়েনা অঙাং ওইরিবা কমলবু মাইল অমগা মথায় রোম মখুমদগী থাপ্না লৈবা স্কুল অসিদা থেমজনা (খজিং অমদি ঙমোক পীজনা) লাইরিক তম্বা পুনিবা তৌখি, মতুংদদি মশাগী মথৌদা পুক্সিং চঙবগী বাখল মমি অমা অঙাং ওইরিবা কমলগী মফমদা উবা ফংখি, মশাগী ভোগদবা মথৌ মশক খঙনা মরোমদোম তৌজবা হৌখি।

মথংদা নাওয়েম লৈকাই নিম্ন প্রাইমারি স্কুলদা মঙাঙবা পরীক্ষাদা লাইরিক ফবগীদমক ছাত্রবৃত্তি ফংখি। ছাত্রবৃত্তি অসি খ্বাইদগী নম্বর য়াম্না ফংবা মকোক মথং তাবা ছাত্র ৬ (তরুক) তা পীনৈ। বৃত্তি

* অ, মীনকেতন— মৈতৈ উপন্যাস— "কমলগী মাধবী"

অসি ইস্কালগী ছাত্রদনা লুপা ২/- অমুগা খুন্ধংগী ছাত্রদনা লুপা ৩/- ওইনা পীরম্মী। খুন্ধংগী ছাত্র ওইবনা কমলনা থা খুদিংগী লুপা ৩/৩ ফংলম্মী। ছাত্রশিংগী চে, কলম অমদি মুক সরকারনা লেম্লা পীরম্মী অমুগা লাইরিক ফবা বৃত্তি ফংবা ছাত্রশিংদি চহীগী প্রাইজ পীবদা অহেনবা ওইনা— চে, কলম, লাইরিক অমদি মোক্তা ষুল্লিংনচিংবা নহা ওইরিবা ছাত্রশিংগী পুক্নিং খোগৎনবা পীরম্মী।

মথংদা কমলনা মোইরাংখোম উচর্চ প্রাইমারি স্কুলদা ওঝা রাধানা হেদ পণ্ডিত ওইরিঙৈদা চহী অনী হায়বদি ক্লাস III-IV তমলম্মী। ছাত্র বৃত্তি পরীক্ষাদস্থ বৃত্তি অমুম ফংলকখি। মতম অমুগী অমত্ত ভাইরবা মাইনর স্কুলদি, ইস্কালগী ময়ায় চবুক্তা লৈরিবা জোনষ্টোন স্কুলনি, মসিদা ক্লাস VIII ফাওবা ভম্বা য়ারম্মী। অমুনা ক্লাস VI পাস তৌরবা ছাত্রবু মাইনর পাস তৌবা হায়না খঙনরম্মী। মখোয়বু মতম অমুদা সরকারগী আমিন, ওঝা মকোকনচিংবা ওইবা য়াহল্লম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদগী লাইরিক ফনা হোৎরকপনা, কমলনা মাইনর পরীক্ষাদস্থ স্কোলারসিপ অমুম ফংলকই, মাইনর পরীক্ষাদা স্কোলারসিপ ফংলক্রবদি চহী ৪ থংননা থাদা লুপা ৪/৪ পীনরম্মী।

কমলনা লাইরিক তম্বা মতমদদি জোনষ্টোন স্কুল অসি হাননা ক্লাস VIII ফাওবতমক লৈরম্বত্থ ক্লাস IX ফাওবা হাংখি। মতম অমুগী হেদ মাষ্টরদি জে, সি, ব্রিন্স হায়বা এঙ গ্লো ইন্দিয়ান অমনি। মহাক অসি য়াম্না অফবা ওঝা অমনি, মহাক্না "এঙ-গ্লো মনিপুরী ডিকশনঅরী" (মনিপুরী তু ইংলিস) অমা ইরম্মী, অমুবু লাইবক থীবদগী লোইশল্লবা ঙমদনা হুডট ফেল ওইত্থনা শিখি। জোনষ্টোন স্কুলদগী কমলনা ক্লাস IX পাস তৌরবা মতুংদা মনিপুর সরকারগী স্কোলারসিপ ফংত্থনা শিলং হায় স্কুলদা মেত্রিক তম্বা অমদি পরীক্ষা থাবা চংলম্মী। শিলং হায় স্কুল অসি মতম অমুদা কলকত্তা বিশ্ববিত্থালয়গী মথাদা

লৈরম্মী। মহৈ মশিং তগী লমদা মতম অদু য়াম্না খুদোং চান্নমদে, শম্না হায়রবদা মতম অদুদা ভারত পুম্বগী ওইনা বিশ্ববিদ্যালয় মঙাখক্তমক লৈরম্মী। কমলনা মেট্রিক থাবা মতমদা কলকত্তা বিশ্ববিদ্যালয়গী ভাইস চ্যোনসেলর, সার আশুতোষ ম্যুখরজী (বেঙ্গল তাইগর) না মনিপুরী-শিংবু য়ুংশিন্নিবা মনিপুরী লোনবু রেকওগনাইজ তৌবীবদগী খৃঃ ১৯২৫ দদি মেট্রিকতা বরনেকুলর ওইনা পরীক্ষা থাবা য়াহল্লম্মী।

"মনিপুরীশিংনা মমা লোনবু থরায় হুকচাং য়াওনা য়ুংশিজে। মশাগী মরোল অমসুং সাহিত্যগী ইজ্জৎ অমসুং শক্তি হেনগৎলক্নবা জাতি পুম্বনা য়ায়মক কম্না হেৎনরি। হৌখিবা ১৯ শুবা শতাব্দীগী লোইরমদাইদা মনিপুরদা কলকত্তাগী বঙ্গালীশিংগী আদর্শ লৌদুনা হৌজিক্কী শিক্ষাগী মওং অসি হৌদোকখি। ইস্কালদা অহানবা ওইনা খৃঃ ১৮৯৪ দা ইংরেজীগী হায়স্কুল অমা লিংখৎখি। কলকত্তা বিশ্ব-বিদ্যালয়গী মখাদা লৈবা ওইবনা অসিগুম্বা হায়স্কুল অসিগী তম্মনবা সিলে-বসতা মমারোন ওইনা মনিপুরীগী মফম কায়দনা থম্মকই। অমুকসু হিন্দু সংস্কৃতিগী নকশিন্নরিবা অসি লেওদনা থম্মনুবা সংস্কৃতি লোনবু তম্বদা য়াওরমই।" * মতম অদুগী মনিপুরী সমাজদা বঙ্গালী সমাজগী প্রভাব নীংথিনা তারম্মী। ধর্ম, সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিদা মনিপুরগী হাম্না লৈজরম্বা শক্তম অদু পুমহেং হোংদোক্নুনা অনৌবা মনিপুর অমা ওইরকখি। "বঙ্গলা লোলবু মনিপুর অসিদা বর্নকুলরনি হায়না লৌনরক্লে। ইরোল অমা ইচাও চাওনা তম্বী তাকপীবগী মতাংদা মীরোন্দা হৌরগা মীরোন্দা লোইশিনবগী অচাউরম অমা লোয়নরক্লবা ঞতমনি।" ** মরম অসিনা মতম অদুগী শিক্ষা মপীঙা বেঙ্গলীনা

---

* ডাঃ সুনীতিকুমার চেতরজি—রবীন্দ্র নাচোম [অহানবা শরুক]

** এ, দীনমনি—খুইরাকপম চাউবা [অহানবা শরুক]

ড ওইবগী চংনবী অমা চংনরম্মী। কলকত্তা বিশ্ববিদ্যালয়না মনিপুরী ালবু প্রবেশিকা [মেট্রিক] ফাওবা থাবা য়ানবা রেকওগনাইজ ারক্রবস্থ মতম অতুগী ছাত্র অয়াম্বা বেঙ্গলী নত্রগা সংস্কৃত লোলনা। ন্যোকইউলর ওইহুনা মেট্রিক থাবগী চংনবী অসি লৈরম্মী, চংনবী সিগী মতুংইন্না কমলস্থু বেঙ্গলীনা বর্নোকইউলর ওইহুনা খৃঃ ১৯২২ কলকত্তা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা প্রবেশিকা পাস তৌখি। পরীক্ষা সিদা মহাক্না ফর্ষ্ট দিভিজনদা পাস তৌহুনা মনিপুর্ন পুম্বগী ওইনা ওস্তবা াজিসনদা লাকখি অহুগা মতম অতুগী মনিপুরগী অহানবা অমস্তং নিস্তবা পোজিসন তাখিবা মীওইশিংদি— [১] শ্রী রাজকুমার সেতুসনা সিংহ অমস্তং [২] শ্রী হিদংময়ুম দ্বিজমনি শর্মানি।

প্রবেশিকা পাস তৌববা মতুংদা কমলনা মনিপুর সরকারগী স্কো-ারসিপ ফংহুনা বেরী বাইট মেডিক্যেল কোলেজ, ডিব্রুগরদা এল, ম্, পী (লাইসেন্সীয়েৎ মেডিক্যেল প্রেকটিসনর) তম্বা চংলম্মী। হাক্না অহুমশুবা চহীদা তম্মীড়েদা অপোকপী মমা লৈরিক দেবী লখিদে। মতম অতুদা মনিপুরদা কোলেরা তৌহুনা মী লীশিং লীশিং শিরম্মী। লৈরিক দেবীসু হায়রিবা লায়না অসিনক্না মচাম্পা াক্তরগী সেবা ফংখিদনা লৈখিদবনি। অসুম্ন চহী মঙা লেপ্তুনা এল, এম, পীগী কোর্স থরায় য়াওনা উমহুনা পাস তৌরবা মতুংদা মনিপুরদা থারকখি। মনিপুরদা য়োরক্লগা মহাক্না তমেংলোং হেদ কাটরদা থাগী ঙলব লপা ৯০ রোম ফংহুনা চহী অনী অহুম থবক তৌরম্মী। চহী মপাল লোম স্টেট মেডিকোল ডিপার্টমেন্টতা থবক লৌরমগা খৃঃ ১৯৩৫ গী ফেব্রুয়ারি তাং ৬তা নশাৰী চহি ৩৬ রোমতমক ডাইরিডৈদা ওফিসার কাটরদা ডাক্তর লমাবম কমল সিংহনা মরুপ মপাং, মরী মতা অমদি মহাক্না থোইদোক্না নুংশিনা লুনা নিংজবী ইমা মনিপুরী সাহিত্য লাইব্রেরীবু থাদোক্তুনা থ্রোমবোসিজ ওব ব্রেইন হায়বা লায়না অহুনা

ইথঙ খঙহৌদনা সংসার থাদোকখি । মহাক্না লৈখিদবা অসি মনিপুরী সাহিত্যগী মেনশিনবা ওয়ল্লোইদবা অমাওবা অমনি হায়না লৌবা য়াই ।

ডাক্তর লমাবম কমল সিংহ, ফুট মঙাগা মখায়রোম য়াংবা, কুচু মুনরং ভৌবা মীওইনি । মাগী মমিং অহু থম্বাল অশংবগুমই, তরু-তরুই, মথম্মোই শেংবগী মমি তাই হায়না মাবু মুম্না খঙহৌ উহৌবা মীওইশিংনা হায়নৈ । নীংথিনা ফজবা থবাক অমদি চেংলবা মখাংনা লৈতেংবা নীংথিরবা মুপাদা মুপা ওইবগী শবাননা লৈতংলবা চপচাবা নোংশা শবান হায়বহুমক্নি । মহাক্কি ৱা পঙনা ভাঙগন্দে, মীনা তথী তথীনা ভাংবা নত্রগা চৈবৱু নোকমি নোকমি তৌদুনা অতুম লৈথোকপা ঙম্মী । ডাক্তর ওইরবা মতমদা অহিং অথেংবা নত্রগা শুমিৎজুংবা মতমদা ফাওবা অনাবগী কৌররবদা অতুম মচৎলি, পোঙতুনা লৈথোক্কে । ক্রিগুম্বা মতমদা মীনা থীনা নওগা ফজনা হায়বা অসি মযামগী থনক তৌবা মীগী হৌনশানি, অদুবু মহাক্কি মীনা থীনা হায়বহু থোইনা খম্লে, মথবায় ভুডইজদনা লৈজহৌবা হায়বহুনা অতোপ্পা য়াফম অমনি । মনিপুরদা হোকী, ফুটবলনচিংবা মশাম্মশিং অসি মতম অদুগী জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্রশিংনা হৌদোকখিবনি হায়বা য়াই । ছাত্রশিংনা ড্রতী থারগা, পুং অমা রোম ছাত্র কেপতেন অমগী মখাদা হোকী নত্রগা ফুটবল মীচঙ থায়দোক্রগা শায়রম্মী । কমলস্থ ফুটবল অমদি হোকি শায়বদদি ফনা নীংথিনা হৈরম্মী, মনিপুরগী ফর্ষ্ট টিমদা তত্ত্বনা য়াওরম্মী । মতম অদুদা ফুটবল, হোকি অমদি জ্যমনাষ্টিক অসি স্কুলগী করিকলমদা কোমপলসরীনি । ছুতি লৈথোকপা য়ারমদে, ফাইন লৌরম্মী, অদুগা ছুতি লৌরবদি কাভ্রবস্থ য়ারম্মী ।

ঈশৈ নোংমাইদস্থ কাবক থরায় য়াওজবা কমলনি । ঈশৈ শকপদা মখোল য়াম্না তুংশি, খোলৈ খোন্দা মেংই হায়না হায়নৈ অদুবু মীয়াম মমাঙ থোক্কুনা শকপদি শকথিদে, অঙুগা মসি মতম অদুদা কাম্নদবা শিনফম ওইনস্থ থম্নরম্মী মরমদি মসিদগী ঈজহুৎ নত্রগা শৈশা ফংনরমদে ।

কমল ড্রামা য়েংবদি থবায় য়াওখি অদুবু ড্রামা য়াওবদি তৌখিদে অদুগা মহাক্না তোয়না তিন্নবা মীওইশিংদদি মুণ্ডাই-মুণ্ডাইরবা ফাগী ক্ষয়াদি মরক মরক্তা তৌরম্মী। নোংমা স্কুলদগী হল্লকপদা লমখাংদা লৈশাবী থন্না চংলম্বা থেংনবদা, নকশলক্লবা মতমদা মরুপশিং অদুদা হায়রম্মী— "ঐনা ঙসাই স্কুলদা থম্বাল মনম নম্মী হায়বদুদি অখাইদা পুম্নপ শাংলম্মেদনা লৈকংগী থম্বালশিং।" অদুমা তৌথোক্তুনা তোরকপা ফাগীদা মরুপ মপাংশিংনা নোকখি, অদুগা মহাক্কী ৱাহৈশিং অসিদা য়াম্না অর্থ লৈবা সাহিত্যিক ওইবা ভাবকী ঈচেল অমদি য়াওরি হায়বসি খঙবা ঙম্মী৮ মঙোন্দা তোপ তোম্বা ৱাহৈ ৱাতা হৈবগী গুন অমদি ইরোইত লোয়নদুনা লৈ। ফুটবল, হোকি শান্নরিঙৈদসু ওন্থোকপা ফাগীগসু তৌথোরকপা য়াওই— "তপ তারে হুমাইথোক নাম্থোকএ" অসিনদিংবা। মীনা তোরকপা ফাগীদসু মথরাই তানা অদুম হেক নোকথোকই। থম্মোয় শেংবা অমদি লোৌখুপ-লোকোয় লৈতবা মীশক্তি হায়বদি মাগী ৱাঙাং শঙাং অমদি তৌথোরকপা ফাগীনা শাক্কীনি।

তৌখিবা থবক্তা পুক্নীং চপ য়ুংখিদুনা অতৈ তৌগদবা থবক ফাওবা কাওথোকপগী মওং অমা কমলগী লৈ, মরম অদুনা করিগুম্বা মতমদা লাইব্রেরি পাবদগী স্কুল কাবা কাওথোরদুনা য়াম্না থেঙনা কাবসু য়াওই, অদুবু তৌগদবা অরুবা থবক্তা মোথ্লংনবা মীশক অমদি ওইখি-দে। মহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈদা মশামক্না তৌরম্বা অমদি হৌরক্লিবা নহারোলশিংদা লাইব্রেরি তম্বগী লমদা পীরম্বা পাউতাক অমদি— "পারিবা লাইব্রেরি য়াম্না মুম্না ভাব তানা পাগদবনি, পারবা মতুং অদুদা চাবা থকপা অমসুং তুমলমদাইদা মতু খন্দুনা লৈগদবনি।" করিগুম্বা মতমদসু ৱাখল্লগী মোত্রুং অমদা অদুম লৈথোক্লুনা মশা চমোং চমোং হুন্না ননগনি হায়বফাওবা কাওথোক্লুনা লৈবা য়াওরম্মী, মদুমক্না হেক অতম্নবা মীওই অমা ওইবক্কী ৱাদি নংলমদে।

মহাক্না ডাক্তর তম্লিরিবদা মাগী মরুপ অমনা পৈশা থরা পাংখি অদুবু মতম থরগী মতুংদা, মহাক্না থবক তৌরবা মতমদা মরুপ অদুনা মতোন্দনা পাংলম্বা অদুদগী চাং য়াম্না হেন্না পাংখি হায়নৈ। থুলং কমনগী য়া খোইনা খিদনা পীখিবা দানগী মশক্কি হায়না লৌবা য়াই। ডাক্তর ভৈগ্যগী মোত্ত, কমলনা মহাক্কী কবিতা অয়াম্বা (লৈপাক্লেংদা য়াওরিবা) মহাক্না ক্লাস আইট তম্বা মতমদা ইখিবা ওাক্তনি হায়না হায়রম্মী। মহাক্না ইবা শৈরেং পুম্নমক মরুপ মপাংশিংদা পাম্লুনা, থীহনা তাহল্লি অক-ফত্ত, অশোয়-অভাম নৈনৈ অমদি মমুৎতানা খৈরে। নোংমা মাগী মরুপ অমনা মতোন্দা হায়খি— "নংগী কবিতাশিংসি রাইম কয়া চাদ-বগুম তৌই, ময়েক মশিংসু পয়ারগী ছন্দসু চাম্নদে ননিং তমনা ই।" কমলনা খোইনা থম্বা তৌদনা থুমখি— "শৈরেংদি (কবিতা) রাখল ফজরগা লোইবে।" মহাক্না জেল অকস্তং পুলিস হোসপিতালগী ডাক্তর ওইনা লৈরিবে মতমদা এসাকোবিদিস লুপ্টোসাইদনা (তিল অশাংবী) নাবগী মবমদা ইংলিসতা এসে (রারেং) অমা ইরম্মী, মসু ইন্দিয়ান মেডিকোল গেজেত্তা য়াম্না হরাওনা ফোঙখি, অদুগা মেডিক্যেল সরকলদসু মহাকপু য়াম্না থাগংনখি। মতম অদুগী ইউরোপিয়ান সিভিল সরজন অমনা মহাক্কী এসে অদুগীদমক্তা খোইদোক হেন্দোক্না থাগৎখি হায়নৈ। করিগুম্বা অমা ইরকপদা মহাক্কী তোপ তোম্না মগুন অমা হেক্তা চোংথোরকই।

মহাক্কী থ্বাইদগী শীংথাবা য়ারবা "মাধবী" উপন্যাসতি মহাক্না ক্লাস নাইনগী ছাত্র ওইরিবৈদগী ইবা হৌখি অদুগা কোম্না লোইশিন-খিবনি হায়নৈ অদুবু কমলনা মাধবীগী বাহোদোক্তা অস্না ইরি— "পঙলবা গ্রন্থকার অসিনা মেডিকেল ছাত্র ওইরিবৈদা মাধবী কৌবা নভেল মচা অমতং ইজহৌই, থুদোং চাদবনা মহু হৌজিক ফাওবা

কোকদোকপা ওজকত্রি।" * কমলনদি মেডিকেল ছাত্র ওইরিঙৈ
ইথিবনি হায়রি অদুনু মহাক্না লুনা চানা থিজহৌবা ডাক্তর তৈন্যা
মহাক মশামক্না কমলনা ক্লাস মাইন তম্লীঙৈদা ইবা হৌখিবা পু
ঙহৌই হায়রম্মী। মরম অসিনা মাধবী অসি য়াৎনবদা কমলনা ক্লা
মাইন তম্বদগী হৌনা ইবা হৌরবা তাই অদুগনা কোন্না লোইশিন
ওইরম্বা তারে। 'মাধবী'গী হৌরকপা ৱারী মতাং অদু মশাদা চপচা
থোকখিবা মুঙংগী মুন্সি অদুগা অন্নানি হায়বা য়াই। মুঙংগী অচ
মুন্সি, লাইরিক লাইও তম্বগী মরমদা থোইনা পুক্নীং চংন্দবা অম
ইচম চম্না লেনবা মুন্সি মক্লেল অমদি লৌথুপ লোকোইনদবা চংন
কয়াগী মমি তাই। মরাম্ন অমদি লোইরমদাইগী মতাংদু মহাক্না শিন
অমদি ডিক্রুগরদা মহৈ তম্লিঙৈদা থেংনরকপা অমদি অনৌবা কয়া উক
তারবা কয়াগী মমিদু উপন্যাস অসিদা তাবা উবা ফংই। অংেংবমদি
উপন্যাস অসি কমলনা মহাক্কী তোপ তোপ্পা কলপাগী জগৎ অম
মনিপুরী সমাজদা স্বার্থত্যাগকী লম্জবা মতাংদা অমা পীরমবা শাগৎ
থিবা, মুংশি মুংওলনা মপুং ওইবা, পুক্নিং হুনা নীংথিরবা ৱারী অমনি

মহাক্না "ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা" হায়বা ৱারীমচা অমতমক ইরম্মী
ইচম চম্না ফজরবা সমাজিক ৱারী মচা অমনি। মহাক্কী কবিতা খম্
মহাক্না চপ চানা গ্যান তারবা মতুংদা ইবনি। খুদম ওইনা 'মাতৃ
তর্পন' হায়বা কবিতা অসিমক মহাক্না মেডিকেলগী অহুমশুবা চহী
ছাত্র ওইরিঙৈদা অপোকপী মমা লৈখিদবা মতমদা মমাবু নীংশিংদু
ইথিবনি। 'দেবযানি' হায়বা ড্রামা অমসু ইতুনা থনম্মী, কোংদোক্লমগ্রে
হৌজিক্কি লাইরিক অসি মচাম্নপানা লোইশিন্দুনা কোংদোক্লে
ড্রামা (নাটক) অসিদা মহাকপু লৌনবা য়াদবী মুপী লৌই হায়দু

---

* ডাঃ কমল—মাধবী—'ৱাহৌদোক'

সমাজদা ইহোকপা মতম অমদা মনিপুরী সমাজগী অথুবা মীওয়োং অমনু শীংনহনা ইরমনি। মহাক্কী প্রকৃতিগী মতম শৈশবদা ইরৈবাক -ইজাতিবু নক্তাকপা, থম্মোয়গী যুমবা কাচিনগী ইথক ইরুল ক্রমাং মরুমদা উমৌরবা অর্থ ফেরবা খোং মেংলবা বাহৈ-বাক্তা কয়াম লৈতেংহনা ইরবা কবিতাশিংদা কবিগী প্রতিভাগী মখি তাক্লিবা ময়েক শেংনা উবা ফংই। বাহৈ খুদিং, পরেং খুদিং পাম্বদা থম্মোয় হুবা, মহাক্কী খুৎইদা— জাতুপনগী শুমহৎয়াইনা অয়েংবা ভাবকশিং শুমহৎপগুম অপাবা খুদিংবু শুমহৎত্নদ মহাক্কী কাব্যগী জগৎ অত্রুম ওক্লা পুশিল্লী। মহাক্কী খুৎইদা মীগী থম্মোয়বু পেংহনবা অম অয়োনবা শক্তি অমা য়াওরি; মসিনি অইবা খুদিংনা পাম্লিবা, অহু অসিগুম্বা তাংলবা গুন অসিবু তরাই তরাই ফংবদি ওইথোক্কবনি। অহু ওইনমক সাহিত্যগী লম্ কয়াগী মরক্তা করিগুম্বা লম্ অমদা হায়রিব গুন (প্রতিভা) অসি ফংলবশিংদি সাহিত্য জগত্ত অমর ওইদুনা লৈহৌ রগনবনি। কুমলদি অথোংপা পুক্নীং অমেংবা থম্মোয় ওইবনা প্রকৃতি মহোৈশাগী ওইবা ফজবা শকলা ডাওজবমুক মুংশিবগী লমদন্থ পুমগু শুমহৎনা ডাওজখিবা থবাইনি।

মহাক্না নহা ওইরিঙৈদা ককচীংদা থবক অমগী চংপদা মশক মতে ফজবী মুপী অমা উকবদা পুমগুম শুমহৎখি হায়নৈ, তৌববদি মসি মথা ফাওবা থওদনা ডাওরুবনি। মাগী মরুপ অমনা খিগৎলুবদা মুপী অহু ময়ুম পাল্লবী মৌ অমনি হাযবা থওখি। মসিদা নক্ত মখোয়গী খুল মনাক, চজিংদন্থ মশক মতৌ ফজবী মুপী অমদা মতম থং ডাওজকনগী বারী লৈ, অহুবু অহুক হাক্না থাক যৌশিলুবদি নংলমদে অহুম্না নিংথিবা ফজবগী ডাওজবা থম্মোয় ওইবনা মহাক্কী খুৎইদা খো নৌথা, পুক্নীং হুবা ডগা বাহৈ বাতা কয়া শিজিন্নবা থেংনরিবা অসিনি [illegible]

পাকচাউরবা নিংখিবা কয়াগী মফমতুদা থোংবা পঞ্চম জুরবু ঙমজরবা কোকিলগী মেঙলবা খোজেল তাবদা কমম্বা থশ্মোয়না ঙাওজবা ঙমগনি, কজবা হায়বা অসিদি মতম চুম্বদা লুপাইনবগী মশাক্তি। অপাবা খুদিংগী থশ্মোয়বু করিগুম্বা মঙলানগী ভাইবঙ অমদা পুম্বা ওম্বগী খুদেই অসিমক কমলগী পোকপদগী লোয়নম্বরুবা গুননি (প্রতিভা) হায়বদা হায়রনবা খোক্লোই।

তমেংলোংদা লৈরিঙৈ (ডাক্তর ওইনা) মতম খরা অতুদা প্রকৃতিগী হাকথেংনবী মময়োম ওইবী, লোইবী চন্দ্ররাশিংগী পুক্লীং লৌথুপ লোকোই লৈতবী মতৌ অতুদা থশ্মোয় নৌবা, মুংশিবদা ঙাওজবা মুপা অসিগী থশ্মোয়বু জয় তৌবা ওম্বী লোইবী চম্মু নিঙোল য়াওরমোই হায়বসি চিংনমিংঙাই ওই। অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু কমলনা পামজন্না লুহোংহনা লৌখিব। নিঙোলদি মহাক্না ডিব্রুগঢ়দা ডাক্তর তম্লিঙৈদা, মতম অতুগী চংনবী অমদি থাজনবীদা পুক্লীং চঙনা লৈবা (ওরথো-ডোক্স) ওইরবা সমাজনা হন্থনা খল্লবী (নক্লবা মরি মতা থোকপা লৌন-হনা পোকপা মচা) কুমারী প্রভা কৌবী লাইবক চাওবী চম্মু অতুনি। মহাক্না প্রভাবু লৌবা মতম অসিদা ডিব্রুগঢ়দা লৈবা মৈতৈশিংনা মহাকপু (কমলবু) ইশ্মোক্লবা মনিপুরেশ্বর মহারাজ চূড়াচান্দ সিংহজীদা থাকংপা চিঠি অমা ইরকখি, অতুবু মতম অতুগী চাওখৎপগী গ্যান কংলবা, মখোনা লৈরবা, ল্যাইরিক লাইগু হৈবা নহারোল কয়ানা কম্না হোৎনহনা হায়জবদগী মহারাজনা লৌদি লৌথৎপিখি। মহারাজনা লৌথৎপিরবসু, মতম অতুগী মনিপুরী সমাজনদি মহাকপু নাকোইনন্না ইশ্মোকখি, অতুবু কমলগী পুক্লীংদা মতুনা থোইনা নীংবকায়বগী ওইরমদে। অরানবা লম্বীদা থাজনরিবা সমাজগী চংনবীবু দরকার লৈরবদি শেমদোক্লিংবগী রাখল ইহুল অমদি তক্তনা লৈখি। সমাজগী খুরবা মীৎয়েংদা মাবু মাংই, য়েংহৈদে হায়বা থাক য়োরবা মতম অদুদা নোংমা

কমলগী নহা ওইরিবা মরুপ (৺য়েংখোম ভৈগা সিংহ) না মীয়ামগী ৱাংনং-শররিবা, হঙ্গোয়বা মীৎয়েং অসি কোক্রবা মহাক্কী মুপী অদু থায়নখিনবা অন্নবা হায়খি ঃ "নহাক্কী অশিবা হবচাং অদু অমাংবা মুপী লৌই হায়দুনা পোৎলোম্ববীরবদি কমদৌনি ?" অদুবু কমলনা ইচং থৌনা নিঙাইবা লৈতনা খুম্লকখি— "ইবুংঙো মসি ঊয়াম্বনা অরানবনি নীংদে, করিগুম্বা অন্নানবা ওইহৃনা মীনা ঐগী হকচাংদু উবদগী পোৎলোয়দবদগী হল চঙলগা, ঐগী অশিবা হকচাংদু উবদগী মা থৈতনা। লৌনবা য়াদবী মুপী লৌবা তোক্লরবদি ফগনি।" কয়াদা থাক ৱাংব্রবা হুংশিবগীদমক বংথোকপা ওম্বা থম্মোয়নো, তমজনফনগী মশক'নি, হুংশিবগী জয়নি। কমলনা হুংশিবদা ৱাওজবনা, হুংশিবগী হৌফম লোয়ফম ওইবা প্রকৃতি দেবীগী মতম্বাক্ত মপুন্সি চুম্না পোথাবা ফংজখি প্রকৃতি দেবীনম্ভ লৌশিনখি।

মুপী নহাগী রাখলদা মতম চুম্লদা ৱাওজখিবা থম্মোয় ওইরবস্ত নহাক্কী লমচংতি তমজনফমনি। থম্মোয়গী হৌরক্লিবা হুংশি ঈহৌ অদুবু থাক রাংলবা সমাজগী অফ-ফত্তগী রাখলনা ফাথখি। মওং চাদবা থবক তৌদুনা মহাক্কী লমচত্ত অনকপা কালি ঠৈগ্রখবনী প্রমান অমত্ত ফংলমদে। থম্মোয়গী অশেংবা মতৌ অদুনা, মদোম ইচম চম্না ৱাওজবনি। মদুনা সমাজ থঙনা উনা কোংদোম্ল্রবা নত্তে, মরোমদোম ৱাওজবনি, হুংচু ই-জবনি।

কমলগী লমচংতি তমজনফমনি। নোং হাদবা রাঙাং শাম্বাংনা মীহুন খুদিংবু হুংশিবা মতৌ উংলি। ডাক্তর, মতম অদুদা ক্লাম্না তাঙনা ফংবগী মতিক ক্লাম্না পৈশা থোকপা মীনা, সমাজনা সম্মান তৌনবা থবক্লি। অদুম ওইনমক কমলদি, ডাক্তর অমনি হায়বগী চাওথোকপা, অপোঙবা মতৌ লৈখিদে। মহাক্না হেক ওম্বা মওংদা অক-ফম্ভ খিদনা, লাইয়ম ইনাকখুনবা থায়দনা সেবা তৌখি। মহাক মশাগী ওইবা থরকপু

লৈহৌরগনিগ- অনৌবা মনিপুরী সাহিত্যগী কবিতা অমদি উপন্যাসতা লমযানবা ওইরঙা নত্তনা ৱারিমচা অমদি নাটকতসু মহাক্কী দান লৈখি। সাহিত্য নৈনবা কাংবুনা মহাকপু কবিগী শক্তমদা উবত্ত নত্তনা নাটকার অমদি ৱারিমচা ইবগী শক্তমদসু উরম্মী, লোয়নননা মতুবু নৈনবা ঙাই। শয়া হায়রবদা, লমাবম কমল সিংহ অনৌবা মনিপুরী সাহিত্যগী লম-যানবনি হায়না লৌবা য়াই। কবিগুম্না মহাক্ক খরা কুইনা হিংলম্মা থোক্করবদি মনিপুরি সাহিত্যগী পুকৈ অসি অবাং অপা লৈতনা চোলম্বা য়াই। মহাক্ক "লৈ পরেং" (কবিতা) অমসুং "মাধবী" (উপন্যাস) হায়বা মমল নাইড্রবা লাইরিক অনিথক ফোংলম্মী। 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা' (ৱারিমচা) অমসুং 'দেবযানি' (নাটক) হায়বা লাইরিক অনিসু ইতুনা থমলম্মী। মনিপুরী সাহিত্যদা মহাক্কী দান থোইনা য়ামদ্রবসু, পীবম্লিবা খন অসিদি মমল নাইড্রবা মনিগুম মনিপুরী সাহিত্য জগত্তা চান্দনা লৈহৌরগনি। মহাক্কী মনিপুরী সাহিত্যদা পীবম্বা মমল নাইড্রবা দান অসি তৌবিমল খংবা উংপা ওইনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদনা কবি রত্ন" হায়বা উপাধি পীতুনা ইকাই খুম্নবা উংগ্রবা--মৈতৈ লৈনগী পাংথলবা মপারি লমাবম কমল সিংহনি।

ৱারেং-শৈরেং কয়া হাপ্লুনা মনিপুরী সাহিত্যবু মুংশিবা কোংদোকপা মহাক্কী কলমদগী মহাকাব্য নত্রগা খণ্ড কাব্যনক ইথোক্রমদ্রবস্তু মহাক্ক ইরম পুক্রিং হুরবা কবিতাশিং অসিনা মনিপুরী সাহিত্যগী প্রকৈগী মমল নাইদ্রেবা লল ওইরী। কবি অসিনা 'লৈ পরেং' হায়না মীং থোনবা কবিতা ১৮ না পুনশিনবা লাইরিক অমা ফোংদোকলমই। মহাক্কী কবিতাশিং অসি পাকবদা, ঈথক ঈপোম্মা থুমকহৎপা ওইজবনস্তু মঙ্গ দদি অর্থ চেন্নবা ঈচেল অমা লোয়নবা ঊবা ফংই। কবিতাশিং অসিদা শিজিন্নরিবা লোল মেঙনা ফজৈ অপাবগী থৌয়োয় শুমহৎহল্লি, থুকোং-দোক্কী নমুনাস্তু শা থানিডাই ওই। অরিবা যুগকী অরভবা মতম নীংশংহনবগা লোয়ননা অনৌবা যুগকী পাক চাওরবা মচু কয়াগী শক্তম-বুস্তু মরিক চুম্না য়েকপা ঙমই। মহাক্কা মনিপুরী সাহিত্যগী মন্দিরদা ডাম্ভুইরিবা লায়ররবী ঈমাগী ভনশমদা 'লৈ পরেং' হুনচহুনা ঈমাবু মোমোন মীনোকহল্লুনা সেবা তৌবা ঙৌথি। মহাক্কী কবিতাশিং অসি পাকরগা ঐথোয়না সংসারগী অবা মুচাই অসি হুহালং ওইবরস্তু কাউথোক্কনা অতাপ্পা মুংঙাইরবা মংলানগী সংসার অমদা লৈকবা যাই। কমলগী কলপনাগী জগৎ অসিদি থোইনা পডচাও চাওক্রবস্তু য়াম্না পুক্রিং হনিডাই ওইববা মখল মথেল কয়াগী লৈরাংনা চোননা তৌরনা নীং-থিববা লৈকোল অমগুম্বনি। মখল মথেলগী লৈরাংশিংনা লৈশাং তম্লিবা নীংথিজরবা লৈকোলসিদগী ভমকপা লৈনম্মা পুক্কি শুমহৎহল্লোইদবা কনা য়াওবগে? কবিগী কলপনাদি জগৎকী শব্দ ঊদবশিংদ তৌবা নত্তে, জগৎকী ওইবা পোৎলমশিংদনি। ইংরাজী কবি বার্ডস বার্দকী প্রকৃতিগী মতম্বাক্তা চঙলগা পুন্সিগী অবা অনা পুম্মক কোকচবা ওম্বগী ভাব অহু কবি কমলগীস্তু লৈ। সামেল কৈরা থক্তা নাইরা তাম লৈশাং তম্লিবী লৈরাং—

শক্তম লোক্‌না থম্লবা সংসারগী মায়া মাইথুম অসি লৌথোক্‌না অশেং অশেংবা শক্তম অত্থবু ফোংদোকপা পামখিবা কবিগী থম্মোয়নি। থম্মোয়গী অপেনবা শান্তি লৈত্রবা তাইবং অসিদা মীওইবা পুন্সিগী লুঁউত্তিগদবা মফম লৈতে মরম অত্থনা প্রকৃতি দেবীগী মফমদ থরাই হুকচাং পুম্নমক মপুং ফানা তিনশিননিংবগী অপাম্বা কবিনা উৎলি—

ইমাগী তম্পাক্তা তুম্বগুম
তুমজগে নংগী তম্পাক্তা।
শান্তিগী মশক ওইবা অমৃত
চুপচত্থনা হিংজগে য়াইবী থরাই।

(নিজর্জনতা)

প্রকৃতিগী রাখলদ লুপ্পলস্থ কবিগী থুপ্পবা থম্মোয়গী কাচিন্দ মরৈবাক লুংশিবগী শেংলবা রাখল অমস্থ থুপ্তনা য়াওরি। মীপুম খুদিংমক মরৈবাকপু লুংশিন্নবস্থ ইমা লৈবাক্কী মশক মুন্না খঙত্থনা থম্মোয়গী অচৌবা লুংশি রাখল ফোংদোক্লবা ভমজদ। অরাবা তানা থাংজবক্না মশকক ওইক্লবিবী ইমাগী মশেল মরাংনা উরিরা অরাবা শক্তম অত্থ উৎপগা লোয়ননা মচাশিংগী মফমদগী ইমানা পাম্নিবা মতেং অত্থবু কনিনা মদিক চুম্না ফোংদোক্লি—

থাপ্পা উরিবা চীংয়া তময়াস্নিদগী
উরে মশেল মরাং ইমাগী মুত্তিগুন,
তেংথাবগুম তারে 'ইমা লৈরি' হায়না—
খুং তিংথোক্তক্লমাল্লে লৈশু লোংগে হায়না।

(মাতৃ তর্পন)

অঙ্গম্না মরৈবাক লুংশিবগী অয়েবী কল্পনা তৌত্থনা কবিনা ফোংদোক্লি। ইমা লৈবাক্কী য়াইকনবগীদমক মথরাই কৎপবা মীওইশিংনা

থোদোক কয়া লোতনা লৈরি। রাখলগী মঙলান্দ লৈরিবা থোদোক-শিং অতুদা মশাগী লনাইতগী ওইবা মীংয়েং অমা পোক্কপা মতম অতুদা কবিগী কবিত্ব শক্তি লোয়নরকই। কক্ত-ফজরবা পুক্লিং হুরবা থম্মোয়বু শুমহৎপা ঙম্বা কবিতা কয়া ইরকই। অতুম্বা পুক্নিদা থোক্লিবা মথল কয়াগী থোদোক কয়া অসিবু কবিনা কলপনা শক্তিগা ইরোইনন। ফোংদোরকপা মতমদদি থম্মোয় কয়াবু শুমহৎনা অনৌবা কলপনাগী জগৎ অমদা মীপুম খুদিংবু পুহনা চংলি। কবি মশামক্কী অরাবা নত্রগা মুংঙাইবা মতাং কয়াদা অপাবশিংবুসু অরাবা নত্রগা মুংঙাইবা ঈপাক্ত হেক হেক তিলহল্লি। মসিনি কবিগী কলপনাগী শক্তি। কমলগী রাখল ফম্বাক মৈত্রবাক্কী কোরদগী থোইদোক হেন্দোক্ক লানখিদে। মহাক্কী কবিতা অয়াম্বদা মৈত্রবাক্কী য়াইফবনা পুম্নমক্কী যাইফবনি হায়বগী অচেৎপা মশি অমা তাই। লৈমদম অসিবু পৃথিবীগী মকুম অতৈদা শক্তাকপা ঙমদ্রিবা অসিগীদমক কবি কমল মুংনাখি। মরম অসিনা মহাক্কী আশাদি—

মৈতৈগী তম্পাক্তা হৌবা লৈরাং
থাক্কসনু সমুত্র রাংমদসু
শাৎলুসনু ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়দা
করিগী ঙম্মোক্ত 'লৈ পারেংনা' তংত্রবদি।
(মৈতৈ চনু)

অসুম্বা মথম্মোয়গী অপাম্বা অসিমক থবক ওইনা পাঙথোকপা হৌরম্নবসু অতেনবা পুন্সি ওইথিবনা। মপুং ফাবা লৈ পারেং অমা ওইহনবদি ঙমখিদে। বিধিগী তমথিরবা চৈথেংনা মনিপুরী সাহিত্যগী লাইবক লৈপ্লাবা য়ারবা তানজাবু অরা ঈপাক্তা লংথখি। অদুবু লেৎরবা পুন্সিদা মশাগী অপাম্বা অনিংবা থরদং ওইরবসু মপুংফানা ফোংদোক্লম্বা কবিনি। মনিপুরী সাহিত্যদা কমলগুম্বা কবি অমা ফংজবসি লাইবক

নি, লেমজনিঙাইনি। মহাক্কী মুংনাইজ্রবা মীংলেন মনিপুরী সাহিত্যগী ইহাসতা সনাগী কালিনা মুংনাইজ্রবা মযেক্কা ইংনা লৈহৌরগনি।

### (খ) প্রকৃতি কবি ওইনা: কমল—

কমল হংশেংনমক, প্রকৃতিগী ফজবা শক্তমশিংদা চংজখিবা কবি মনি। মহাক্কী খুৎইদা করিগুম্বা হীরম অমগী মপান্নোংগী ওইবা ওং য়েকপগা লোয়ননা মতুংদা য়াওরিবা মচঙ ওইবা মগুন অহুবসু শিন্দনা পুক্নি চনা ফজরবা শক্তম অমা ওইনা কাংলোক্লে। অপাবা শি দসু শংশংনা উহনবা উমহল্লি। মহাক্কী চন্নু লোকপা কবিতাশিং দসু মশাগী লোপ তোম্না শক্তম খরদি অতুমক য়াওবা লাখৈ—

নংম কুইনগী ভুংদা
লেংশিল্লকলে ইমা মৈতৈ চনু
মৈতৈ সহিত্য মন্দির মনুংদাঃ
য়েন্দাই থম্না লৈহাপ্পে।
কংলুসি ইমাগী খুয়াদা।”

(মৈতৈ চনু)

প্রকৃতিবু শীংথাহনা ইরকপা কমলগী কবিতাশিংবু মরু ওইনা শরুক অনি থোক্না থায়দোক্লা য়েংবা য়াই। অহানবা হৈবা প্রকৃতি কবিতাশিংগী শক্তমদা প্রকৃতিগী পোৎশকশিংবু চয়া য়েংজবা, শীংথাজবা মতুং শুমহৎচবা অমদি মতুংগী ফজবদা ঙাওজবগী মমি তাই অতুগা অনিশুবা শক্তমদদি প্রকৃতিগী শক্তমশিংদা সমাজগী লৌশিং চংবা হৌরকপগী মমি তাই। অহানবদা তোপ তোপ্পা লৈজরম্বা প্রকৃতিগী নীংথিজরবা শক্তমশিং অদু মখল মথেলনা থল্লবা মীওই পুন্সিগী চনম্নরবা থৌদোকশিংগা তোংশনরকপা হৌরকখি।

প্রকৃতিগী নীংথিবা শক্তম উরুবগা কবিগী থম্মোই পেৎচখি। ইচম চম্না পামেল উশাথক্ত লৈখাং তমজরবী পোমশাংনবী লৈহাওশিংনা হেক্কনি হায়বগী কিবনা লোংচহনা লৈবদু উরুবগা কবিগী থম্মোইদা ঈথক ইপোম্নরক্লা লৈরাং মাগী মফমদা নুংশি নীংথয়েং য়েংল্লুরি ---

> থরনা পোমশাংনবা
> য়েংজরি মুনা মুনা
> মরুমদা উনা পুংবা
> হেক্কনি হায়বগী কিবনা।
>
> (চীংয়া লৈহাও)

অসুম্না পামেল উশাথক্ত রাখল লমফৈ য়াওদনা মনিং লোনা শাৎচবী পোমশাংনবী লৈহাউশিংবু উরুবগা কনা লৈজদ্রবী নীংথিজরবী চন্নরাশিংগী শক্তমগুম লৈশি লৈথোন্দুনা ফুদোংলবা সনাগী মতোংগুম হুন্দ নাইনা পুক্নিং শুমহৎপা ঈথোরকই। কবিগুম্বা পোৎশক অমবু উরুবগা ফাওরকইবা থম্মোইগী শুমহৎনা শক্তম, ঈথিল অহুমক কবিতা ওইনা ফোংদোরকপা মতমদসু শীংশঙনা উহনবা তাবনি। কলাকার অমগীদমক্তদি কলপনাগা লোয়ননা হৈশিংনা ফোংদোকপা হায়বা মগুন অসিমদি চঙদবা য়াদে হায়না অমাওবা আলোচকশিংনা হায়রি।

প্রকৃতি দেবীগী শাগোয়না লৈনিংবা মছাকী রাখল অসি নোংচুপ-লোমগী কবি রার্ডস রাথ অমদি শেলিনচিংবগী রাখলগা চাউরাক্না য়ুম্লৈ হায়না লৌবা য়াই। রার্ডস রাথনা লোক্রংদা থেক্ক খোয়না তাপ্লা চেঙ্গরিবা নুরবা ঈচেলবু শীংথাহুনা ইরকপদা ঈচেলগা ঈরোইনবা ঈরাওখোল অত্তুমক অপাবশিংগী হৃংগী ওইবা নাকোংদা তাহনবা ওমী। মরম অহুনা মহাকপু 'পোইন্ট অফ ইয়ার' হায়না শীংথানৈ অমদি খণ্ডনরি। মতৌ অত্ত্তুম্না শেলিসু ঈচেল অত্তুগী শক্তম অত্তুমকপু অপাবশিংগী হৃংগী ওইবা মিত্তা শংশভনা শকপায়না উহনবা ওমা ইরম্মী অত্তুদগী মহাকপু 'পোইন্ট অফ আই' হায়না খণ্ডনরমী।

মতৌ অসুম্না ঐখোয়গী কবি কমলম্ভ লৈপাকলৈ কৌবী লৈরাংবু শীংথারকপদ ঐখোয়গী হৃংগী মিত্তা শংশংনা উবা ওমহল্লি—

নারক্ত শাংপী খোংনেম্বী, লমহাংদা শাংপী পাঙ্গনবী
কালেনগী লেন খাওলিবী, হৃংশিং থেংনরিব শক্তিবুগী
কনাগী পুকচেল খওবাগে, শককম য়েংহুনা মপালগী
মাগী নৌরবা মনানা ইওাগী নোং কল্লিদো
মাগী থোংলবা লৈনানা কল্লবা মালেম খিনগাইদো।
....... ....... ....... .......
....... ....... ....... .......

নিংত্রবীনি উপান্দা তাংগে কিদ্রবীনি নেংথংপগী
পামজারবী লৈপাকলৈনি, মথম্রভগী মখোনানা
হে পাখংশা' খোঁওইদবা তৌগম্ন পাঙ্গল শোনবীনি হায়হুনা।

(লৈপাকলৈ)

ঐখোয়গী সমাজদা মুজা ওইবীশিংবু পাঙ্গল শোনবী মীপাল তাং-খত্তনা লশক্রিক্ল হায়না থওইবীদে অমদি থাজধা থম্বীদে। অত্তুবু

লৈপাকলৈ কোৱী লৈবাংনা কাল্লেনগী য়াক্লবা শারবা মুংশাগী মৈলা অমদি রাকচীংগী ইংনবা উলেন থাংতুনা, তেম্পাক লৈতংঙাই মরক্ত অকাবা খাঙবতু উকরগা সমাজনা শঙতৈবাদ্রবী চন্দ্ররাশিংবু লৌগৎখি। লৈপাকলৈগুম্মা চন্দ্ররাশিংস্থ অকাঙ কববীনি, হায়রনা শাংখারি, কয়াদা রাংথ্রবা, ফজথ্রবা কবিগী রাখলগী মখিনো – মীওই পুন্সিবু প্রকৃতিগী পোৎলমশিংগা নকশিন্নরা করিঙবা মতঙনদনা অমত্ত ওইনা উবা চমখিবা কমলনি। সংসারগী অরা-সুঙাই, অক-ফক কলক য়েংথিবা পুন্নকপু কমলগী প্রকৃতিগী শক্তম থুদিংদা মংতাংচানা ফোংদোক্লি। "প্রকৃতিবু মীওইবগী পুন্সিগী মমি ওইনা লৌবা নত্রগা পুন্সিগী অশেং অশোংবা মমি তাবামিংশেল ওইনা লৌবা কমলগী থম্মোইনা ঘানিংদে, প্রকৃতি অমিমক পুন্সিমি হায়না লৌবা অসিমি কবিগী অপাম্বা।" *

মতাকী চীংথা লৈহাউ, খোঙগুমমরমলৈ, লৈপাকলৈ, খোইমু অমত্ত লৈ নচিংবা কবিতাশিংদ প্রবৃত্তিগী ইচম চম্। শক্তমদ এনো এনা উরবা কবিগী মিৎয়েং অত্তু– চন্দ্রনদী, নীরররজনীনচিংবা প্রকৃতি কবিতাশিং য়োরকপদদি হোংলকখি – য়েংনু য়েংলরা দৃশ্যশিংদা পুল্লবা থম্মোই অত্তু পেল্লকত্রে মরম অতুনা মতুং কুঞ্জিনা নংবা হৌরক্লে। পুন্সিগী অরা-সুঙাইগী মরমদা ইচম চম্না ঋরবা রাখন্ন অত্তু লোংবা তাখি। পুন্সিবু তবাই তরাইনা খন্দোকপা ঙম্লক্লে, মওং কাংথবক্লনা মতুংগী শক্তম কয়া মতুং কবিনা উবা হৌরকই—

নত্তে নখোঙদ চঙলবদি উবা মংগনি
শোঙলবা শা-ইকনা থম্লনা
নারক্লি তিংখং ক্লমৌ হৌবো
ঙিংথৌ হৌবা লৈতেম মাজবা লন থরংনি।

(চন্দ্রনদী)

* এঃ দীনমনি—সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার

অদুম্না সমাজগী মওং কায়থরক্নবা শক্তম কযাবু প্রকৃতিদা উবা ফৌনবনি, কবিগী থম্মোইদা প্রকৃতিগী নত্তশিংগা পুন্সিগী থৌদোকশিংগা যানুশিন্নবা হৌরকখি। প্রকৃতিদা সমাজগী লোনচং ফোংদোক্নবা মশাগী অশেংবা মশক মাংথরক্নবা সমাজগী নুকম মতমগী শক্তম অতুবু মরিক চুন্না য়েক্নবা থনম্না কবিগী অপাম্বনি। অদুগা কবিগী পুন্সিদা থোক-খিবা অপাম মুংশি অমদি নীংথমদবা থৌদোক কয়াম্না সমাজগী ওইবা ঈচেল অসিদা ইতিন্নবা তম্না হোৎনরকখি। তশেংবনমক্তা কবিগী লোইরমদাই পুন্সিদা থম্মোইগী থুখদা কাচিন্দনা থমগদবা থৌদোক কয়া খে কখিদবা নত্তে, মহাক্কী মায়থোংদা মুংনাওবা শক্তমগী মমি তাশ্র-কনি। লৈতাফম শওন্ত্রবা থম্মোইগী চৈনা-থাংবা বারবা মতমদা ত উন পুন্সি অসিদগী থাপ্পা চৎনিংবগী রাখল ফোংদোকখি -

"অহিংসিদা অসুক্কী মাতৃক চিন্নবা
অনুভাগ্পা চাকবা থম্মোইব ইংজন্নবা
নিদা কদাই, শান্তি কদাই, কদাই থাবল ?
খংলে অনাবনা ক্লেজন্নবদা
অবেম্বনি হিদাক তারেম্বনি সবা
মুক্তা মুক্তি মতমতনা হিংন্দ্রি আথোইবা।"

(নিবব বক্তনী)

অদুম্না প্রকৃতিদা কবিগী চাক্নবা থম্মোয়গী মমি ময়েক শেংনা উবা ফুম্নগী। অতুবু 'নিজজনতা' দদি প্রকৃতিগী মপানথোংগী শক্তম্না উন রাইমুক চিকথ্রবত্তু কবিগী থম্মোয়দদি নিংজমদবা রামৈগী মৈরি চাকপা হৌরকখি। শিগদদা মীওইবা পুন্সি ওইরবত্তু নোংম নোংমগী অরানগী চৈথেং পিরক্লিনা অসিদি কনাদা ফুমলগা, কনাদা হায়রগা কোকনি। অতুবু কবিনা মথম্ভ খনক্লে, সমাজবু শাওই, অদুগা সমাজগী শকায়েং মিংশেল ওইরিবা সাহিত্যরামদা ওনশিন্দুনা মুংনাংবা রাখল অতু শিং

শিংনা কোউদোকলি। থগোই অমসুং য়াথলগী লৈতাফম খঙজবা চৈনাখোলগী শক্তম ওইনা প্রকৃতিবু উরকই। অতুম শুইনমক প্রকৃতি ইমাগী মকমদগীদি থক লাপথোকখিদে, খোইনা হেমহুম নকশিন্নবা হোৎনরকই। প্রকৃতিগী পাক চাউরবা ইরোনসুংদা লুপচনুনা থগোয়গী শান্তি ফংননবা উপায় থিরকখি, মহুগীদমক মশামক প্রকৃতিদা তিনশিন জনিংলম্মী—

ইমাগী তম্পাক্তা তুম্বশুম
তুমজগে নংগী তম্পাক্তা
শান্তিগী মশক ওইরবা অমৃত
চুপতুনা হিংজগে য়াইবী থরাই
... ... ... ... ... ... ...
... ... ... ... ... ... ... ...
( লিক্লাগুম থয়াথক্ত পকপা
পুন্সিসে তয়াং তশোইবা
থম্মা খেঞ্জোং ঙমথবা মতমদা
তিঙ্জগে নঙগী পুক্নিং পুন্সিনদা।
)
(নির্জ্জনতা)

প্রকৃতিগী পোৎলমশিংদা তাইবংলিচংকী মুংপালগী শক্তম উবা ঙম্বা কবিগী মীৎয়েংনি। কবিগুরু কবিতা ইরকপদা প্রকৃতিগী শকফম খঙহৌনা মত্রগা খঙহৌদনা তত্তনা লোয়নরকই। মীওই পুন্সিবু প্রকৃতি লাইরেম্বীগী কয়াংশিংগা তিনশিন্নহনখি। মহাক্কী কবিতা অয়াম্বদি মরুওইনা প্রকৃতিগী বর্ন তৌবা ওইনা তৌই। মতম মতমগী ওইনা হোংলক্লিবা প্রকৃতিগী শক্তমদা তাইবংগী অরাপ্পাইগী শক্তম য়েকপা কবিগী পামজবনি। তশেংনমক কমলগী কবিতাশিংদি প্রকৃতিনা থৌ ইনশিন ওইদুনা ইবনি হায়বা য়াই। কবিগুরা প্রকৃতিগী বর্নশিং

অসি য়াওরম্বগুম্বদি কবিগী কবিতাশিং অসি মথক্তাই য়াওরবা হকচাংগী মতৌশুম, চয়ফম খংদনা মাঙলবা য়াই। নৈমম চেল্লমলোই, মগুন য়াওরমলোই। পুন্সিগী হিংলবগী লানফমদা ইচং থোনা লাক্লেংনরিবা মীওই পুন্সিনি, অকবা নত্রগা কক্তবা কল কংবা হায়বা অতুনা অতোপ্পা বাকম অমনি, অহুবু হোৎনবদি লেপ্পা য়াদে— প্রকৃতি লাইরেম্বীগী নশাইগোন্দা ইশাগী অরা-মুংঙাই পুম্নমক শিন্নতনা, মসিনি কলমগী অপাগা, মসিনি মহাক্কী পুন্সিগী লোংত্রবা মাদগ।

## (গ) সমাজ অমসুং সাহিত্যগী মমাং : কমল

কমলনা মহাক্কী কবিতা অমগা প্রকৃতিগী কযাংশিংদা শাদোং পইহনা ইরবসু— সমাজ অমসুং সাহিত্যবু চংশিনবগী বাখল হায়বা ফোংদোকপা কবিতাশু য়াওদনা নাদে। থম্মোইদা কাখরকপা বাখলগী ঈচেল (মঙাল) কয়া মজাহিগী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতি চাংথকনবা লাংলোংদা অকনবা ঈথিল পীরগা। মহা শতাব্দিগী তোনা সাহিত্য পামজবা মীওই অমা ওইনা হোৎকথি। মতমগী য়াওল মথুংইনা পোং খুদিংমক্কী অহোংবা নাইবা মহৌশানি। অরিবা মনিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী শক্তম্না অরঙবা মতাম উবা থংনাকথদু গরিবনিবাজ মহারাজগী মতমদা শান্তিদাস গোসাইগী থৌইনদিংগী ঙৈঙৈ মমল নাইত্রবা লম ওইরিবা মগুন চৈরবা লাইহরিক (পুথি) কয়া মৈ থাদোক্কনখি। মথুংগী মতম শিনবা ইওনা বঙালী লোল অমসুং সাহিত্যগা লোয়ননা অনৌবা ধর্মগা (গৌড়ীয়া

ধর্ম) ইরোইনন্না মৈতৈগী হায়া লৈজরম্বা সংস্কৃতিদা অচৌবা অহেংবা কয়া পুরক্লন্না য়ুমদাংবন্না বৈনাবগী ফিভমদা মশাগী কৈজরম্বা সমাজগী শক্তম অহু শাথিনা হোংহনখি। অদুম্বু মজাতিগী ফিভম শোড়বা শক্তম অসিদা করম্বা থম্মোইনা সুংহেকলোইদবা লৈবাগ, কমল মুণ্ডা-ইখিদে, মৈতৈগী অরিবা সাহিত্যবু নোহোনা নিংশিংলকখি। মতম মতক কুইনা মমশিন্দুনা থম্বীরম্বা ফিভম অসিদগী নাম্থোক্লন্না অনৌবা থৌনা, অনৌবা খোল্লাও অমা লাউবা পামখি অদুগা হৌবক্লিবা মীওই-শিংদা অমা শক্তম্মরবী মৈতৈ সাহিত্যবু অওম্বা সেবা তৌননবা হায়রি—

'ফদি করানা বুপ্তন্না
উক্কং মন্থংদা খুপ্তন্না
সোংখিগদগে চহী কুমজা কয়া ?
কাউগদগে করম্মা পুক্লিংগী অবাবা।
কদাইদা লৈগে ইমা।
অমুক্তা কোনশিনবিরখো নচাশিংবু।'

(থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য)

অদুম্বু লাইবক থিবদি মৈতৈ সাহিত্যবু সেবা তৌনিংবা কাওবুশিংমু করিগুম্বা লমথৈ অমদা লৈতুনা ইপোংপু মশক খণ্ডনবা হোৎননিংখিদে। সাহিত্যগী মচাক মথুম থম্মা লৈরবা মৈতৈ লৈবাকনি, মহৌশাগী ওইনা ফজরবা শক্তম কয়া, মকমসিদা থোকখিবা মুংশি মুংওলগী, অকল অথৌ কয়াগী শিংথাবা য়ারবা বারী শিংবুল কয়ানা ঐখোয়গী জাতিগী হৌরকা ইতিহাসপু ওসি কাওবা লৌহল্লি। ঐখোয়না ইশাগী লৈজরিবা লম অদি মশক খণ্ডনবা থিজন্দবনা, অতোপ্পা মীয়ানচাশিংনা ঐখোয়গী শক্তমবু তাক্লবা হোৎনরি। মীরমগী কাংবুনা ইরমবু চপ চানা মশক খণ্ডবা ওনক্তম থোক্তে, মখোয়না শেগ্নাম্না উবা অমদি য়েংবা মহৌশানি। কবিনা খনিংগীদমক মুণ্ডাইখিদে অমদি পেন্দবা কোংদোক্লি—

'মৈতৈ লৈকোলগী হৈনৌ ময়েল
খোম্বাং হেনগদবনি চুম্লবদি কোকিলনা
'থায়দা' 'থায়দা' খোংলে কাক্কা চুপ্পনা
তাহৈত্রে খোংবসি 'পহাড়ী' 'পহাড়ী' ।

(মৈতৈ কোকিল)

মশামক সাহিত্যবু ফুংশিজবতা মতনা অতোপ্পা মরোই মনা ওশিং-বুস্তু লৈথা তাক্করবা, মশাগী শক্তম মাংলরবা মৈতৈ সাহিত্যবু সেবা তৌমিন্নসি হায়না হৌরি। অনৌবা আশাগা লোয়ননা, মীরমগী সাহিত্যনা চাউখৎপা থাক্কা লৈগ্রবস্তু, ঐখোয়স্তু হোংমববু লেপত্রবদি লম্বা তৌবা ঙমদনিঙাই লৈতে। ঐখোয়গী লৈক্তরিবা মমল য়াম্লবা থায়নগী সাহিত্য পুক্কৈ অসিদগী অনৌবা খোনাগা লোয়ননা অমত্ত ওইবা লৌচিংদা নিংথিনা শেমজিন শাজিননা পুখোক্লদা মীনাংদা চোপ্পগী রাকন লৈরোই, অরেপ্পা থুডম ফংবা নম্না। মীগী থম্মোয় হুবা ঙম্লবা ফজরনা শক্তম কয়া অসিবু ফোংদোকনিংবগী অপাম্বা ফোংদোক্লজনা হায়রি—

'থাক্তসন্তু সমুদ্র পাংমদস্তু
শাগ্লংলুসন্তু ভারৎকী বিশ্ববিদ্যালয়দা'
করিগী ঙমলোইদগে লৈ পরেংনা ওত্রবদি।'

(মৈতৈ চনু)

অসিগুম্বা মশাগী অশেংবা মশক খঙনিংবগী রাখল অসিনা মরম ওইহনা মহাক্কী কবিতাশিংদা মৈতৈ সাহিত্যবু চাওখৎহল্লিংবগী ইথিল অমা তঙ্কনা য়াওরি। মসিনি ঐখোয়না তাম্লিবা জাতিগী মায় ওক্তগদবা লম্বী। লম্বী অসিমক, চেতনা অসিমক কমলনা ফংখি। মসিগী মতুং ইন্না মশাগী ওইজবা থাদোক্লন্না কক্সা হোৎনখি। সমাজগী মরক্ত অথুবা মীৎয়েং, অপাকপা রাখল চেনবা মীওই কয়ানা মরম ওইহনা

নিংবা কায়নিংঙাই ওইরবা নীতি নিয়ম কয়া লৈরি । ঐখোয়গী সমাজদ মীয়ামগী চৎনবী লোনচৎ কয়া মখিং তৌদনা চৎলকখি । ঐখোয়না মতুং থিংলুনবত্থু হোৎনদে, থিংলুবত্থু লৈত্তে মতমদা শামুনা তাশিনবগুম মতম ইশাং শান্দুনা লৈরি । অমুক্মা ঐখোয়গী লোল অমসুং সাহিত্য, লোয়নবা থৌরম ওইবা মাইকৈদা অনৌবা শাফু অমা কয়া পীরকপা অশিনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী ময়েক লানা লৈজরবা সমাজ অমসুং সংস্কৃতিবু শাথিনা হোৎহনখি । মপানগী শক্তম কয়া হোৎহনজবত্থু, চপ চানা পুংহোং হোৎহনখিবসু নত্তে, ঐখোয়গী তোপ তোপ্পা শক্তম অদু মাংহন্দনবা চপ চানা য়ারি । মতুংগীদমক্তা অরাবা কয়া থাংহনা, ওইজবা কয়া থা-দোকহনা সমাজগী অপুনবা শক্তম অমা পুরকপা ঙমবা হোৎনবা তাই । অকনবা লীচিং অশিনা মরম ওইদুনা মাঙলুরবা ইমাং অদু অমুক হন্না হংলবা মতমদা ঐখোয়না, ইমাগী মীৎয় পীরাং কংহন্দনা, লেমজনিংঙাই ওইরবা খুত্তমদা থম্বা ঙমগনি । মতুংগীদমক্তা ঐখোয়না করি তৌবা তাবগে হায়বত্থু, কবিনা ইরৈবাক মচাশিংদা হায়রি—

> ‘হে লৈবাকমচা মাতৃসেবক
> স্বার্থত্যাগকী শিংদুহিদাক
> থাবিয়্ম মনিপুরগী অকোয়বদা
> পুক্নিবা পাম্মবদি মৈতৈ চনুগী ।’
>
> (মৈতৈ চনু)

করিগুম্বা ঐখোয়না লীংজেল মাম্মবা ঙমজরবদি খুদোংথিবনা ঐখোয়গী সমাজবু লৈখা তাহনখিবা য়াই, মরম অদুনা ঐখোয়না অকক্ত ওইনা খুৎশমদুনা হোৎনবা দরকার ওই । অদুবু মতমগী কন্না ইচেলদা নখবা কয়াগী তাওথরকপা কাওশিংনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী সমাজগী তোপ তোপ্পা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী ইচেল অদু থিংথিদুনা ইচেলগী লৈদবগী খুদম কাওবা মাংথিবা য়াই । পৃথিবীগী ইতিহাসনা শাক্তিগী

প্রকৃতিগী চংনবীনি— ঙা মচাবু ঙা অচৌশনা চাংথোকপা, অকনবনা অচুম্বা শকপা অম্ব্রা মতমগী তমথিরবা ঈচেলনা। ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী ঈচেলদ ইথৈ পীতুনা ইতিনথিবা অসিমক য়াম্না লাইবক থীবনি, ইকায়নিঙাইহনি। ঐখোয়না ইতিহাসকী লমায় ফাল্লনা নৈথিরবা ইপা ইপুশিংনা ইমা লৈবাক্কীদমক তৌথিবা অচৌবা থবক কয়ানা খুদম ওইদুনা ইশাগী ইশক তাকচনবা হৌরক্লিবা মীয়োলশিংনা হোৎনবা তাবনি। অতোপ্পা মফম অমদ ইনমদম, ইরৈপাক অসিদগী চেন্না চুপাইবা, শান্তি লৈবা মফম লৈররোই।

“জননী : জন্ম ভুমিশ্চ স্বার্গদপি গরীয়সি”

ইমা অমসুং ইমা লৈবাক্ স্বর্গদগী হেল্লি, হায়বা সংস্কৃত শ্লোক অসি নিংশিংলকই। মরম অদুনা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌ কয়া ইচং থৌনা ইরৈবাক্কী মাইয়নবগীদমক তৌফম থেকপনি। মতুংদা থাখল হেনবা, পুকচেল পীবপনা মরম ওইদুনা লমগী যনতবু মচি হেন্না শাংনা উবা মীওইশিংনা মশাগী মশক খঙজদবদগী শেরাংবা লম্বীদা হেক হেক চংলি—

> “পোক্লফম লমদম থম্দা যন্না, হাপ্পনা থরাই খুনাক্ত
> লন তাননা চংনৈ থাদোংথিবা মকমদা।
> ইরৈবাক্কী মমুংদসু মিংচং মমল য়াম্লবা
> ফুমতুনা লৈরি লৈখুংদা তান্নসি শকহেনবা।”

(চন্দ্রনদী)

কবিনা ইরৈবাক্কী লৈজরিবা অরোনবা লন অসিবু তাম্নবা থাখল ফেংদোক্লনা ইরমদমগী থাখল থনবা ওজমতবা মীওইশিংবু ত্রাস্না কৌরি, অপুনবা থবক তৌমিন্নদুনা ইরমদমবু চাওখৎহনিংবগী থাখল ফোংদোক্লি।

কবিগী পুক্লিং হুকচাং মশাগী সাহিত্য, সংস্কৃতি অমসুং সমাজ চাও-খৎহন্নিংবগী রাথলদা পুমলুপ লুপখি। থগোয়গী থুপ্পবা কাচিন্দগী মশাগী অপাম্বা, অনিংবা কয়া পাওদম্মই। মহাক্কী খুৎইদা কন্নিগুম্বা পোৎ-শক অতুগী তশেং তশেংবা মুন্তি উৎনা, মতুগী শকপাম্নবা শক্তম অতু-তমক উৎলমদে। মচেক্না য়ৈন্নগা ময়াঙদা ফাওহনব খুৎইনি। সমাজগী তোঙানবা লম কয়াদা অশোয়বা, মতুবু অমুক হন্না করকখিগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা অমা তত্তুনা মাগী খুৎইদা য়াওরি। অতুগা করিগুম্বা অহোংবা পাম্বা মীওইবগী রাথল লালহৌগী ওইবা রাথলগী মৈরী অমনা মহাক্কী কবিতাশিংদ থরায় ওইনা লৈবা থেংনৈ। কনাগুম্বা অমগী লমজিং য়াওদনা কন্নিগুম্বা পামজবা থবক অমত্ত মায়পাক্না পাং-থোকপা ঙমকম থোক্তে। মরম অতুনা ঐখোয়গী সমাজগী ইচেলদা, সাহিত্যগী ঈচেলদা শাক্ক কল্লবা অনৌবা ঈনোৎ হাপ্পা ভারবদি, অচৌবা অহোংবা অমা পুরকপা পান্নবদি— অসিগুম্বা লুচিংবা খরা দরকার ওই। মখোয়গী পুকচেল চাওরবা লমজিং তঙাই ফদনা চংবা তাই। অদুগা মখোয়গী পুক্সিদি (মশাদি) তমজনফমগী মশক ওইরবা আর্দশ কয়ানা লৈতেংগনি। অসিগুম্বা লুচিংবা অসিগী মরমদা কবিনা শৈথারি—

'থাঙবা কনবগী হি অমত্তং তোংজহুনা
কলমগী মশক ওইবা নৌ অমত্তং পাইহুনা
কনানম্ভ মতেং পাঙবিদনা
চেংজেল করিস্ত য়াওদনা
ঈথিল ঈরৈ কল্লবা ভারতকী অচৌবা তুরেন্দ
হি হোনগৎখি হঙ্গৎনা অঙম্বা লোকচপ তম্না।

(কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমম)

কবিনা লুচিংবা অসিবু শকপান্নগা ফোংলমজ্রবসু ঐখোয়না থজিক্তং থম্নরবদি কবিগী কলপনাদগী থঙবা ঙমগনি ভারত জাতীয় পীতা মহাত্মা গান্ধী অমদি মহাক্কী আর্দশনা থল্লবা লংলবা তমজনিঙাই ওইরবা পুক্সিগী

ইতিহাস, ভারতবর্ষদা স্বাধিনতা পুরক্লবগী অকনবা লানফমদা মহাক্লা লৌথিনা থৌদাং। অদুগা কবিনা মহাক অদুতবু জাতিগী অমত্ত ভায়রবা লনজিংবা মীশক অমা ওইনা থাগৎলি, লোয়ননা মহাক্কী লমজিং মথাদা মীপুম খুদিংমক পুক্লিং অনি লোংদনা চৎনবগী অপান্না রাখল ফোংদোক্লি—

লম্বীচিংবা অথৌবা হি হোনবা মুপাসিতবু
'নংতনি মুপা' হায়বা থোকই থারনা লৈসিনা।
(কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা)

## (ঘ) নুংশিবদা ওাওজখিবা কবি : কমল

নুংশিবগী মপালনা ঐখোযনা হিংলি, নুংশিন্নবা য়াওদনা জগৎনা হিংবা ঙমদে। মসিগী তোঙান তোঙানবা শক্তিগী মন্নুংদা জীব পুম্নমক হিংলিবনি (লৈরিবনি)। নুংশিবা হায়বা অসি থম্মোয়গী থুম্নবা কাচিন্দগী হৌরকপা ঈথিলনি। মসিগী মখল মাখল কয়া লৈরবসু— শাবী শানোগী নুংশিবনা জগৎপু শেম্নবগী মচাক (মরম) ওইবনা খাইদগী অহেনবা থাক্তা থম্নরিবনি। সাহিত্যগী ইতিহাসতা যুগ কয়াগী কবিশিংনা নুংশিবগী মরমদা ইরম্বা অমর ওইরবা কবিতা কয়া, বারেং লাইরিক কয়া ইতুনা থনম্লে। অপাম্বদগী হৌরকপা নুংশিবা নত্তবা, থম্মোয়গী থুম্নবা কাচিন্দগী হৌরকপা ইথিন্দগী ওইথিবা নুংশিবা অতুনি অশেংবা নুংশিবা, মসিদা নাপল চংদে, মায়া চংদে, খুদিংমক মঙোন্দগী হৌথি, মঙোন্দ লোইখি।

কমলগী মুংশিনবদি অপাম্বদগী লাম্না লৈশ্রবা অত্থুঙ্বা মশুংশি অতুনি। মথোৎ কারকপদা ভায়রিবা শাবী-শানীশিংগী থম্মোইদা লৈজবা তথক তথক চমজরবা রাখলদা হায়ঙম তৌওমদবা থম্মোয়গী ইথিল কয়াম্বুক অতু উখি, নৌজরিবী মুজাগী চম্লবা থম্মোয়দা হৌরকপা মুংশিবগী মেঙলবা রাখল অতু ফোঙদোকসি হায়রবস্থু ঙমজদা— ফোং-দোক্লোই হায়রবস্থু লৈঙমদা, ইকাই হুক্নোই হায়না থাঙজরিবা মুংশি চৈনা অতুবু কবিগী নৌরবা কলপনাগী শক্তিনা ফোংদোকখিদে। মুজা-শিংগী থম্মোয়দা মতম পুম্না ফুমহুনা লৈজরবা অপোনবা রাখল অতুবু জগত্ত উহনখি, তাইবংদা পাওদমখি-

'খাংজেংবা! পোমশাংনবা হায়বসি
মতমনিংদা খুদোংথিরবা
থম্নবস্থু তৌজিকমক শাংসি
মপুং ফাদ্রি ইনম মুংশিবা
শাম্বহুনা লৈশি হায়রবস্থু
চনগনি অপোম্বা শীংদা।'

(খোইমু অমুং হৈল)

মথোৎ কারকপী মুজাশিংগী থম্মোয়গী শংলবা পাউরুংনি। মশাগী আশাবু ফোঙদোকপস্থু মঙমদা, ফোঙদ্রবস্থু লৈঙমদা- মুংগী ওইনা মুংশি চৈথেংনি, থম্মোয় খুদিং শুমহৎনবগী মশক্তি। মপুঙ ফাগংলরবা হক-চাংগী ইপোম্নবা কয়াৎশিংগা ইরোইননা রাখলগী মায়ওন, পুক্নিংগী পান্দম হোংলকপা মশিননি। অতুবু পুক্নিংগী ওইনা অমুক্ত থেংনক্রিবা, মহাও অতুবু থংনিংলুই, তংলুবস্থু মবিক্তে। কয়াদা লুপ্লবা মতাংনো, অস্তুম্না মথোৎ কারকপগী মতমদা রাখলগী অঙাওবা ঈপাক্লা তাওহুনা— চাবা থকপা মপুং ইফা ফাদবা, করিগুম্বা মন্দ্রংগী রাখলগী অমদা পংলৈদা মরৈবা হায়বসি তাইবঙগী লীচৎনি। থম্মোয়হুংগী অপাহহু ফোংদোকপস্থু

ওমজদা মদোম রানা থাংজবা হায়বসি ইনথৎলকপশিংগী মশিননি। কবি মশামকী পুন্সিদা অদগুম্বা দশা অসি মপুংফানা ফংখি— মতুগী ফলনা পুন্সিদা অনৌবা মথলগী মহাও অমা ফংলকপা অতুনা মপুং ফারবা কবিগী কলপনা শক্তিগা ইরোইননা পুক্নিং শুরবা কবিতা ওইনা থোরকই। মসিবু হাকথেংনকরবা থম্মোয় বয়ানা সাধারন ওইবা রাথলগী তোপ তোপ মওংদা তংবকপা ভ.বকী তাইবং অমদা তাওজুনা লৈরি। যন্ত্রগী মথোলদা মঙ চেল্লবা লৌল ফাওনা মকোক ফন্দুনা হুরাওনা জগোয় শাবগুম শক্তি লৈরবা মীওই কয়াস্থ লুংশিবগী মফমদদি ডাওনখিবা ডাক্তনি, ইতিহাসনা শাক্সিনি। 'লুংশিবগী' লেননা পান্নবদা তোপ তোপ্পা শক্তম অমা, রাথল অমা হোংলকপা ভাখি, হোংলকখি—

"পান্নবদ লুংশিবগী মন্থনা
মিং তাংগনি পাংনা পাংনা
না পংগনি তানা তানা
পংগনি লৌশিং থৌনা থৌনা।"

(বিশ্বপ্রেম)

অতুম্না লুংশিবগী মফমদা লৈবা পুনশুম শুগাইংপা শক্তি অতুবু কবিনা শৈথারি। অপাম মীহৌগা ইরোইনবা লনাইগী লুংশিবা রাথল অসিনা সাধারন মীওইশিংবু শুগাইংনা, ফাজিননা থম্মি, অতুবু পাক চাউরবা জগৎ অসিদা মওম মতমদা লুংশিবগী অচৌদা, অপাকপা নীংথেং য়াওরকপা নত্তে— কোঙ্গেংগী মখুংদা মুক্তা য়াওবগুম। বিশ্ব জগৎকী ওইবা পাক চাউরবা লুংশিবগী ঈপাক্তুদি কলক য়েংখিবা, অপাম মীহৌগী তোথায় তানিংবা রাথল অতু লৈত্রে। জগৎকী পোৎলমশিংবু চপ মান্ননা য়েংবা ওম্নবা থম্মোয় ওইবা তারকই। মতম অতুতুদ লোইবা থম্বা নাইত্রবা লুংডাইবগী ঈপাক অতু ফংবা ওমগনি, অতু ওইরবদি অপীকপা লনাইগী ওইবা রাথল থাদোক্লনা, জগৎপু লুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংবা তারকই—:

'শনরিক পরেং নুংশিবগী
হাক্তোক্লনা নুংশিবগী ডকশমদগী
যেক্লবদা শিনিবা ডুম্বা
প্রেমিক কোই মপাত্র অশেংবা।'

(শিল্প প্র.)

অদুম্বা ইশাগী হায়বমা ইযাদ বাওড্রবা মথলগী নুংশিবরোমদা, ডাওরম্বা রাখল অসিবু, নৈশল্লনপ। ডুম্বা মতমদা মহৈ য়াম্রবা নুংশি ওইরবা পুন্সি হায়বত্তু যংবা ডমগনি। তাইদং মায়াগী চৎনবিবা লৌশিনবা, ফংনিংবা, কন্নকপা, মীহৈবা কয়াগী ছুগী মশক ওইরবা বাখল অদুবু থাদোক্লনা— থাদোকপা, কৎথোকপা, চানবীবা নুংশিবগী অমগী মশক ওইরবা মেংলনা রাখলসু চেনবা তাই। ননাইগী ওইবা নুংশিবদি ইরাই লাইনা ফংবা যাবা সাধারনগীনি। অদুগা অকোনবগী নুংশিবা বিশ্বপ্রেম, অসিদি ইচম চম্না ফংবা যাদে, হেৎনবা চঙই, থম্মোই শেংদুনা সাধনা তৌবা দরকার ওই। যেক্লবা অমদি নুংশিববু চপ মান্না থন্দোকপা ডম্বগী থম্মোই চেনবা তাই। স্বার্থত্যাগকী বাংলবা মনা পুঙলবা পাম্বী কয়া সমাজগী যাইফনবগীদমক দরকার ওই। মহাত্মা কয়ানা জগৎকীদমক মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্লনা অঙ্কপা ত্যাগ কয়া তৌদুনা মপুন্সি লোনশি। (চিনগা খুংকা মাম্নবা জগৎ অসিদা অচুম্বা ব্রাভ্রংবা, অফবা থবক তৌবা হায়বসি ওরাই চরাইবা থুরক নত্তে। মায়াগী ঈপাকথক্তা থম্মাগী পুক্রিংথুম নৈদুনা মায়াগী ঈরিক পকহন্দবা ডম্বত্তা মহৈ য়াম্লবা বিশ্বপ্রেমী অমা ওইবা ডমগনি।) অসি-[illegible]বা পাক চাউরনা রাখলগী মমি অসি কমলগী থম্মোয়দা তাখি। স্বার্থত্যাগকী ঈরিক্ক চোকথরবা মৈতৈ সমাজদা য়েন্দুনা চোকথক্লবা হকচাংবু তেকথৎহন্নবা বিশ্বপ্রেমী 'মাধবী'গী অমজনিডাই ওইরবা চরিত্র মৈতৈ সাহিত্য নৈকোলদা পান্দোং ফানা থারম্মী।

কমলগী অহানবা ইবন্থা মুংশিবগী কবিতাশিংদি ইচম চম্বা তয়াঙ হৌবা মপানগী শক্তম উৎপা কবিতানা অয়াম্বনি। উন্নবা, থুংনবা চাক্কনা মুঙাইবা নত্তে, কায়নবদস্থু থম্মোয়গী ওইবা মুঙাইরবা মিলন অমা লৈরি। মুংশিবগী মফমদা থুংননাতনা ফংবা ঙমদ্রবা পাক-চাওরবা থম্মোয়গী থুপ্পবা কাচিন্দ থুপ্পনা লৈরিবা জগৎপু শুমহৎপা ঙম্বা মুঙাই-বগী শক্তম অমম্থু লৈরি। অঙোম নোংবাননা মজাইবেন্দা থাদোইবু তাইবংদা থংনশিদকনী অরা মৈচাক্লা চাত্রব। মহাক্কী থরায়না থাদোই মাতবু যুগ কয়া 'চি-থাদোই' কৌবী চেল্লা ওইহনা মফম খুদিং শিন্থ'না। "থাদোই ........ থাদোই"........... কৌহনা, থাদোইমাগা অমত্তু ওইহনা লৈরি।

কমলগী মুংশিবদি জগৎকী ওইবা পোৎলমশিংদা শাগৎপনি। অংগাম্বা কলপনাগী জগৎ অমদ নত্তে। মশামক্কী পুন্সিদা হকথেংনখিবা হৌনবা য়াদবা নুপী লৌরুবগী ফংলকপা— সমাজগী খাত্রবা মীৎয়েং অথি থাহে কয়া অহনা কবিগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম খাঙফম খঙদ্রবা চৈনা অমা ওইখি। অসিগুম্বা ওইজবা তানবা, অশেংবা শক্তম লৈত্রবা তাইবং অসিগী বাংমদা স্বর্গগী নন্দন কাননগী অরা অমা লৈত্রবা মফম অহুদা মুংশিজরবী মশানৌগা নুংশি নুংশি লৈজহনা থম্মোয়গী শান্তি ফংনিংবগী বাখল ফোংদোক্লি।

> 'মীওইবগী মপোক অসিদি
> পোকহৈদ্রে অতোনবা জাতি।
> সমাজদগী তাম্থোরকনি
> হায়হনা অমাংবা জাৎনি।
> বিচার লৈত্রবা জাতিগী
> মপোক্ক পোক্কনা লৈরাংগী
> শাংমিম্নসি লৈথোক অমত্তদ
> কাউনম্নসি চাম্লবী ইতা।'

(চির বিদায়)

কবিগী নিংঙমদবা মৈচাক অমি সমাজগী খুৎবা মিচং অসিনা থোংগাই ওইদুনা থোকহনখি। অদুম ওইনমক কবিগী আশাদি নিংহন্নবা তেম্বিদে ফগৎলকপগী অমদি চাউথৎলকপগী অনৌবা আশা কয়া মহাক্কী কবিতাগী মচি খুদিংদা তত্তনা য়াওবা থেংনৈ। মুংশিবগীদমক্ত সমাজগী খুৎবা কোর অমি লাম্থোক্ত্রবতদা অমাং অতা লৈত্রবা মুংশিবগী খুত্তম অদু ফংবা ঙমগনি হায়বসি কমলগী চেৎনা থাজবা বাখলনি।

## (৩) তোপ তোপ্পা কবি— কমল

কমলগী সাহিত্যদা লৈবা গুন অমি অতৈ অতৈ কবিশিংদগী তোপ তোপ্পা শক্তম অমনি। মহাক্কী লোন্দা-পুদা, কবিতাগী মন্নুংগী ভাব অমদি অনৌবা খুৎইনা মনিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মঙাল অমা পীরি। প্রকৃতিদা খুংফম ওইরবস্ত মহাক্কী কবিতাশিংদা পুক্লিগা কলপনাগা জমস্ত ওইনা পুনশিনাখবগী মতৌ অমি অতাংবনি। মহাক্কী বাখলদা ফত্তবর ফনকখিগনি, অরানবা মুংঙাইবকখিগনি হায়নলগী অচেৎপা থাজবা অমা লৈ। অনৌবা আশাগী মঙালনা সমাজগী মমলবা মকমশিংদা ঙালহায়ংবগী অপাম্বা অদু মহাক্কী কবিতাশিংদা ফোংদোক্লি।

আ নো ভদ্রা ঃ ক্রতবো যন্তু বিশ্বত ঃ ॥

**(Let noble thougths come to us from every side)**

**(Rigveda 1-89-1)**

ঋগবেদগী— "পুকচেল চাউবা রাখল কয়ানা ঐখোয়গী ইকমদা মাইকৈ খুদিংদগী লাকপা ওইসনু" হায়বা মগুন লৈরবা মৈরাং [illegible] পান্দমগুম কবি কমলগী কবিতাশিংদা মরৈবাকীদমক্ত অচৌবা খদেশ [illegible] হুংশিবগী লমদস্থ জগৎপু হুংশিবা ওম্বা বিশ্বপ্রেম, প্রকৃতিবু হুংশিবগী লমদস্থ অয়ৌবী থাক য়ৌনা মশামক প্রকৃতিদা পুমতিন তীনশিনানংবগী অরাংবা থাকী রাখলনা লৈতেংলবা কবিতাশিংনা সনানা কুদোংলবা মনিনা থাম্নবা লিক্লাংগুম মনিপুরী সাহিত্য মন্দিরদা ওান্দুনা লৈরি। মহাক্কী পুন্সিগী রাংলবা আর্দশদা থাজখিবা কবিনি, মীগী য়াইফবনা ঐগী অফবনি খনবা অচৌবা রাখলনি। মহাকী তেল্লবা পুন্সিস্থ অরাংবা রাখলগী ক্বিদম খরত ওইরবস্থ পাংথোকখিবা মক্ত্ৰবা থরাইনি।

হুংশিবগী লমদা মহাক্না পামজখিবদি— "হুংশিবা য়াওদবা অপাম্বা, অপাম্বা য়াওদবা হুংশিবা" অহু নত্তে "অপাম হুংশি অনিমক অপাম হুংশিগী হৌফম লোইফম ওইরিবা"— হুংশিবী মহাক অহুতগা থুংনজহুনা, পুন্সি চুম্না শান্তি ওইনা লৈমিন্জবা অসিনি। মশামকস্থ জাং তিমদবা, নোক্ত চাউবা সমাজগী থারবা নোক্ত মীথয়েং কয়া নাচুংদনা পুন্সি চুম্না পুন্সি লৈপুন শেমখিবা থরাইনি।

মহাকী কবিতশিংদা ক্রান্তিগী ওইবা রাখল মৈরি কয়া মকা কনা চাকপা থেংনৈ। সমাজবু থৌনা ফনা শিংনৈ, মৈতৈ সমাজবু ফহুম্নিংবনা হাকমনখিহুন।— "শিরুম নাকন্দা মৈতৈ.........." হায়বা য়ৌনা চৈখি। অহুম ওইনমক মশাগী সাহিত্যবুদি য়াম্না মক্ত ওইনা লৌরম্বী। সাহিত্যদা তারিবা সমাজগী মমি অসি ময়েক শেংহন্নবা কন্না হোৎনখি। সংস্কৃতিগী লমদস্থ মৈতৈগী থায়না লৈজরম্বা মীংচৎপু— "কুমহুনা লৈরি লৈন্নুংদা তাম্নৎসি শকহেনবা"; হায়না অনৌবা থৌনাগা লোয়ননা মাংলরবা মীংচৎপু অমুক হন্না কনবা হোৎনগফবনি হায়রি। লনাই হুংশিনবগী থাক্তগী অহুম রাংখৎলক্তনা য়েক্লবা অমদি হুংশিববু

চপ মান্নবা মীৎয়েংনা য়েংবা ঙক্কবা মুপাহুবু— "প্রেমিক কৌই মুপাহু অশেংবা" হায়না শীংথারি। ইজাতিগী য়াইফনবগীদমক্ত ওইজবা কয়া থাদোক্তনা থেংনবা তাই, মরম অদুনা কবিগী পাউজেলদি—

'হে লৈবাক মচা মাতং সেবক
স্বার্থত্যাগকী শিদহিদাক
থাবিয় মন্দিরগী অকোয়বদা
পুন্সিবা পাম্নদি মৈতৈ চনুগী।'

(মৈতৈ চনু)

কমলগী রাহে রাতা নেংই তনৌ তনৌই, পুক্রিং শুক্কংপা ঙম্না রাহেগী নাচোমনি। অথেংবা অহিংদা খোংবী চীংনুংগী চেকা ঙম্নাগী ইংলবা সুরগুন, তিংথৌ মতোন্দা পকপা অয়ুক্কী ওথক তথকপী লিক্ক— গুম অপাবা খুদিংগী থম্মোয়বু শুম্বাংলি, শান্তি পী। বাহেপরেং খুদিংমক মহৌশাগী লৈজরবা মওং মাল্লি, থুংশেন মান্দে। অদুবু মহাক্ক মহাক্কী কবিতাশিংদা বঙ্গালীগী রাহে মনিং তৌনা শিজিন্নরম্মী। কবিতাগী মনুংদা শিজিন্নবগী হেক্কোক্তনা মমিং ফাওবা বঙ্গলা রাহেনা থোল্লম্মী— 'বিশ্বপ্রেম' 'নীরব রজনী' 'অন্তীর স্মৃতি' 'নির্জনতা' অসিনচিংবা। অদুম ওইনমক কবিতাগী মনুংগী ভাব, শিজিন্নরিবা মীয়োল কয়া অদু তরাইথোক্তনা মহাক্কী রাহেশিংদা মন্ত্রগী মওংগুম থম্মোয় খুদিংবু শুক্কংপা ঙম্না শক্তি অমা য়াওরি। বঙ্গলা সাহিত্যগী লৈকোন্দ মনিং তৌনা শাম্নজরকপা কবিগী কবিতাশিংদা বঙ্গলা সাহিত্যগী (কবিতা) মনি তাবা উই। মতুমক্ত মশাগী তোপ তোপ্পা শকুম অদুবু মাংহনখিবদি নত্তে। মতুনা থোইনা হেন্নদুম মশাগী লৈজবা কবিগী প্রতিভা অদুবু য়াকাইহনন্দুনা, ময়েক শেংবা হেনগংলকখি। অতোপ্পা শকুম অমা উকরগা মতৌ তম্বগী মহত্ত, পুমতোং তোঙানবা অতোপ্পা শকুম অমা পুথোকপা। অসি প্রতিভা লৈবা কবিগী গুননি, (কমল) হায়রিবা গুন অসি

চেনখিবা কবিনি। কমলগী মীংয়েং থোইনা পাক চাউখিবা নত্তে। অতোপ্পা মংলাননগী তাইবং অমা কলপনাগী শক্তিনা শাগতুনা মচুত্তদা ওংপ্রজখিবা থরায়সু নত্তে। মহাক্কি প্রকৃতি দেবীগী মতম্মক্ক থম্মোয় পেম্মা পোথাজক্কনা — মৈত্রবাক্কী য়াইফ রাখল খনজবতনা মশিনজাং ওইখিবা কবিনি। চীংমা কোয়না পনশাবা, লুপানা মমুং কাবা লম, সনানা মফেল চনবা লম, লমদম অসিগী পুক্লিং চুরবা দৃশ্যশিং অসিবু হেংজরগা, থম্মোয় পেঙ্কবগা লোয়ননা মীনা খঙবীদনা লৈরম্বা ইরৈবাক্কী শক্তমশিং অসিবু জগৎ ফোংদোক্তনা উৎলম্বা অসি মহাক্কী পামজবনি।

কবি চাওবগী মংগৌগুম—

'লৈবাক অসিদ পোকচবা,
লৈবাক অসিদা চাউজবা
লৈবাক অসিদা শিজবা
মসিতনি পামজবা।'

হায়বা মরৈবাক মুংশিবগীদমক্ত নীংজখিবা লাইনিং অদুগুম, কবি কমলসু মরৈবাক্কী প্রকৃতিগী শক্তমশিংদ অমর ওইনা ইতিনশিন্দুনা হৃংন থানবা লৈত্রবা মরি অদু পামজখি—

"লিকাগুম থম্মাথক্ত পকপা
পুক্লিসে ওয়াং তশোইবা
থম্মা খেঙ্গোংনা ঙমথবা মতমদা
তিঙ্গাগে নংগী পুক্লিং পুথ্রিদা।"

কবিনা তিঙ্গনিংলিবসি অতোপ্পা লমদমগী প্রকৃতিদা নত্তে, মৈত্রবাক্কী প্রকৃতি দেবীদনি। মরৈবাক মুংশিবগী রাখলবু নাকোইননা ফোঙদোকপা অরাংবা থাক্কী ভাবসি। মশানা খোয়দাজবা হীরম কয়াদ পামজনা ফোঙদোক্লম্বা কবিতা কয়া ইরম্মী। হীরম খরদত্ত নৈশন্দনা ইরম্বা কবি নত্তে। মহাক্কী কবিতাশিংদি— শাবী শানৌগী মুংশিবা, মরৈবাক

মুংশিবগী বাখল, সাহিত্য সেবাগী বাখল, সংস্কৃতি য়োকখৎলিবগী বাখল অসিনচিংবা মখল য়াম্লবা হীরম কয়াগী মরমদা মল্লিক চুরা অকুতিগী মুম-কমদা শাগতুনা ইরবা ভাক্তনি।

মহাকী থাইদগী হেন্না ওকপা মগুনশি, মহাকী কবিতাশিংদা শিজিন্নরিবা থোং-নৌরবা, থুংশেম মাপ্রবা মন্ত্রগী মতৌওম্মা পুক্নিং হুরবা থোং মেংওলবা বাহি বাতাশিং অঙুনি। মন্ত্রনা শুম্বাৎলবা মীগুম মহাকী কবিতা পাংকবদা কবিতা অতুগী মনুংগী ভাব থোইনা খল্লদনা কাব্যগী অনৌবা ঙ্গলং অমদা হেক হেক পুহনা চংলি। মহাকী পুক্নিং কবিগী চপচাবা থোং নৌরবা বাখলগী তাংথক নাইদ্রবা ঈপোম অমনা মতম পুম্না কোইপু পুহনা চংখিবা থরাইনি। কমলগী যোং হাত্রবা ইচম চমজরবা থশোয়গী মমি মহাকী অমর ওইরবা কবিতাশিংগী পরেং খুদিংদা মরেক লানা য়েকহনা লৈরি। তশেংনমক কমল, মশাগী তোপ চে ঙ্গা কবিত্ব শক্তি লৈরবা কবিদা কবিনি। কবিগী থম্মোয়গী মাইকৈ পুদিংদগী অরাংবা থাকী বাখল কয়ানা লেপ্পা লৈতনা চংলক্লুনা, মহাকপু মনিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা কবি ওইহনখি।

## (চ) কমলগী শৈরেংগী–লোল, মওং অমসুং নমুনা

ডাক্তর কমলগী শৈরেংশিংগী মরমদা অনৌবা মীৎয়েং অমা য়েংবা তায়রবদি, মহাক্কী শৈরেং ইবগী মওং অদুদা য়েংবা তাই। শৈরেং হায়রবসি কন্না রাখল নত্রগা পুক্কীংগী ইচ্ছল অমদগী ঈবা নত্তে। পুক্কীংগী হৎক ইচ্ছল কয়া 'শব্দরূপস্থ থম্মোয়দা শৈরেং হৌনীংবগী রাখল কয়া পোক্লবস্থু, শৈরেং ইবা তায়রবদি লোল শীজিন্নবা হৈগ-দবনি। ডাক্তর কমলনা লোল শীজিন্নবগী মতাংদা চাংয়েং কয়া তৌরম্মী। মহাক্না কন্না শৈরেংগী লোল (পোক, চক দিক্রম) হায়না তোঙাম্না খল্লোক্লুনা শৈরেংগীদমক্কী অশেংবা লোল খরা থম্বিদু তৌখিদে। ইচম চম্না মপাম্না ঙাউনরিবা অমসুং খঙনরিবা ঐখোয়না নুমিৎ খুদিংগী জাইহাক শিংবা শীজিন্নরবা লোল অগিনা মপুং ওইনা মহাক্কী শৈরেং-শিংদা যাওবা উই। নীংখম্না হায়নরিবা খরদু মপুং ওইনা ফোঙ-দোক্লবা, মাইপাকপী কেন্না চম্বা, শক্তি লৈবা লোল অদু, এখোয়না অযুক নুমিদাংগী ইকয়খুম্না ঙাঙনরিবা লোল অদুনি হায়রবসি মহাক্না উখি। মরম অদুনা শৈরেংশিংবু পামবদা পালন্থনবা ঙম্বা অপাবশং লাংগা অতাবশিংনা পাক চেক কাউরবা য়োইদবা মওং অদু অপনবা য়াওদনা ইরাই লায়না ফোঙদোকপা লোল অদুকনা ওইগনি হায়রবসি কমলনা থাজখি।

কমলনা থাজখিবা অদুম্না মোংচং লৈমগী রোমান্টিক কবিশিংনসু থজখি। ময়াম্না রোমান্টিক কবি ওইনা লৌজরিবা ৱিলিয়ম ৱার্দস ৱার্দস্থ অসুম্না লোল শীজিন্নবগী মতাংদা য়াম্না অনৌবা মওং অমা পুথোক্লুনা হান্নগী নিযম কয়াগী মথাদা লৈরম্বা চংনবী কয়া থুগাইবা পাম্বা ৱিপ্লোবসংলি কবি অমা ওইনা থোয়কখি। ইংরাজী কবিতাদা লোন্দা চাউনা অদোংবা পুরকখিবা ১৯শুবা শতাব্দীগী থ্বাইদগী চাউবা বিপ্লোলুসমরি কবিদি ৱার্দস ৱার্দনি হায়জরিবনি। মহাক্ত নত্তনা, মতম

অহুগী অয়াম্বা রোমান্টিক কবিনি হায়না শীংথানরিবা অতৈ কবিশিংস্থ, লোল শী-জিন্নবগী মতাংদদি মনীং-তম্না, মখোয়না অপাম্বা, হায়নীংবা কয়া, অনৌবা মওংদা কোড়দোক্লবা হোংনরম্বা ডাক্তনি। ডাক্তর কমলস্থ রোমান্টিক কবি অমনি। মডোন্দা মণিপুরী সমাজদা হান্না লৈরম্বা চংনবী কয়াবু থুগায়নীংবা অমদি মীওইবগী হোংলক্লীবা অনৌবা সমাজ অমদা, মহাক্কী কল্পনাবা মনীং-তম্না শামবত্ত্ব পামখি।

কবিগুরুনা অন্তুম হায়জিনবনা কেমজিনখিত্বনা মরক-মরক্তা অশেম্বা মানবা মতাংস্থ য়াওরকই। অহুবু মখোয়হ্ শৈরেং মপুম অমগী মচেং ওইনা লৈখিবনি। খোইনা কায়বা লৈতে হায়না লৌবদি য়াই।

শাংলরে তামিল, শাংলরে তেলেগু
ভারতকী লৈকোলস্থং অসিদা
অথাপ্পা সমুদ্র মপান্দগী লাক্লনা।

(হৌজিককী মৈতৈ সাহিত্য)

তামিল অমস্থং তেলেগুবু সমুদ্র রাংমদগী লাকপা, ভারতকী মশাগী ওইবা লোল মত্তবগুম্না কবিনা উখি। অহুবু ইরিবা মতাং অসিদদি তামিল নত্রগা তেলেগুগী হৌরককমগী মরমদা মৈনবা শৈরেং নত্তে। ভারতীয় সাহিত্য জগত্ত লোল কয়ামা তিন্নরবা মতমদা মৈতৈলোন্দি য়াওশিনবা গুমত্রি, লোল অতৈগা চাংদম্নরুবদা ঐখোয়গী লোল অসি লায়রবা লোল ওইরি হায়মা নীংগুমদবগা লোয়মনা মৈতৈ মচাশিংবু মসিগী দায়িত্ব লৌগদবনি হায়মা ইবা শৈরেংনি।

কবিনা ইরি :–

থংলে ইমা নং মঙাইরে লাইরবা লৈমাং,
ভারতকী লৈকোম্নুংসিদা।
য়েংউ, ইমা অপঙবা নচাশিংনা
ঈশিং চাইদত্বনা মংগী মখোঙদা

লাকুখি পুখ্রী তৌবা মরুভূমিদা।
তায়রবী কাগদবগী মায়া মরিচীকা॥

(হৌজিক্কী মৈতৈ সাহিত্য)

অ:কোনবগী পয়েং অনিসিদা পীখিবা কবিগী ইমেজরি অসি মণিপুরগী মঙৌশাগী ওইবা কিজমগা চান্নবা য়াংলি। মণিপুরদা মরুভূমি লৈতে অদুবু মরুভূমি লৈতবা মণিপুরদা, মরুভূমিদা লৈতবা পুখ্রি তৌবা হায়বা মৈতৈ সমাজদা চৎনবা ইমেজরি অমগা পুনশিন্নদুনা য়াম্না কয়ুক তানা, তাবদদি নুংঙাইবা, অদুগা পুম্না মরি লৈনহন্নদদি য়াম্না লাপ্নবা ইমেজরি অনিথক নক্ষ্দা পুনশিন্নি। অদুবু শৈরেংগী চথংঙক্লিবা থিম অসিদদি য়াম্না কজবা চান্নহল্লি। অদুগা মরুভূমি অমসুং মায়া মরিচীকা অসি কবিনা য়াম্না পামজনা শীজিন্নবা ইমেজশিংনি হায়বা য়াই। মহাক্না মসি মণিপুরগী মীয়াম্না তশেংনা পুক্নীংদা কাওবা ঙমগদরা নত্রগা ঙম্নোইদরা হায়বদু থোইনা খল্লুবা তৌদনা লোম্না-পুদাগী নুংঙাইবা অমদি লোল অদুনা অনৌবা ফোঙদোক্লীংলিবা য়াথল অমা ফোঙদোক্লবা তৌখিবদুদা ইচম চম্না হেক্ত ইখিবা মাল্লি।

য়েংউ লৈবাকমচাশা। হিহোনবা মুপা'সে
হোল্লরে মরুভূমি কয়াগী মথক্তা,
মায়া মরিচীকাগা থেংনদুনা,

(কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা)

অমুকম্ভু কবিনা ইরি—

হিমালয়দগী চেন্থরকপা ব্রহ্মপুত্র ভুম্বেলনা,
চীং কয়া মরুভূমি কয়া তম্নাইনা লাম্থোক্লুনা
বঙ্গ সমুদ্রদা তাবগুম, — — — — — — —
... — ...... ... — ... — — — ... — —
কংহনবা ঙমদে ঈচেলদু মায়াগী মরুভূমিনা।

(কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা)

মথক্কী মতাংশিং অসিদা মরুভূমিবু অরাবা খুদোংথীবগা চাংদম্নরি। অহান্নবগী মরুভূমিদদা, মরুভূমিগী মশক্তুমক কবিনা কায়হন্দনা থম্নী অদুগা মহুদা মায়া-মরিচীকা তান্নহুনা পুখ্রি তৌনবা হোৎনক্কবা অশ্নৈদ্রা থৌদৌনি। অস্তুম্না ওইরম্নোইদবা থবক্ত পুক্নীং থিংজিনবগী মক্তত, ইমালোল চাওখৎনবা হোৎনকম থোকই হায়গনি। তৌবতবু ডাক্তর কমলনা মমালোল নুংশিবসি মহাক্কী শৈরেং কয়াদা মরীক চুয়া লেও-দোক্লগম্নু, মমালোল শীজিন্নবা যাবা মতাং কয়াদদি মহাক্না শক্নলা অমদি হিন্দুস্থান্নি লোল ওইনা শীজিন্নবনা হেন্না কক্নরবাই হনাথ। মসিমদি মহাক্কী অচৌবা অশোয়বনি হায়না লৌবা যাই। অদুমক্তু মতমদুগী মণিপুরী সমাজদা কন্না ইথিল চক্তলকখিবা গোবিন্দ। বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমদি মদুগা লোইনরকপা বঙ্গলা সাহিত্যগী থওনবা শাখু অমনা ওইহনখিবনি হায়না লৌবস্তু যাই। তশেংবমকস্তু মতম অদা মণিপুরী সাহিত্য হায়বসিমক মখোয়গী মতৌ তৌদুনা শাগৎনবা হেৎনখিবনি হায়দবা ওয়োই। 'ইমাবু খুরুমজবা' হায়বদগী — 'মাতৃ বন্দনা' হায়বনা হেন্না নুংশিবা মানবা, কক্নবা হেনবা অমদি শেংলবাই নীংবা মতমদুদা কমলনা, মৈতৈ সাহিত্য ইমাগী থৌগল তৌজনা বহু অস্তুম্না কোওদোকখি —

> কংখ্রবস্তু অমাঙবা ককচাংনা
>
> লৈহৌসনু পুক্নীংগী লৈরাংতু।
>
> শাংহৌসস্তু তঙ্গুপ তঙ্গুপনা
>
> মাতৃমন্দীরগী অকোয়বদা।
>
> (মৈতৈ চনু)

মতম কুইরবগী তুংদা 'ইমা মৈতৈ চনুনা' মৈতৈ সাহিত্য মন্দীরগ থুংদা লেওশিল্লকপদা, পুক্নীং লৈকোলগী লৈরাং হেক্কুনা, নীংজেল মমরগী লংনা লেংহুনা, থাজবা কনবগী য়েন্দায়দা হাপ্তুনা, ইমাগী

থুরাদা কংনুসি হায়খি। অসুম্না মৈতৈ সাহিত্য লাইব্রেরীবু কবিনা অভিনন্দন তৌখি। কবিনা হায়খি—

> লৈগী মন্দীর শাকসি ইমাগী,
> পামদে য়োংকী মন্দীর,
> মাঙগদবা কোহিলং কারগা;
> লুপকদবা মতমগী ঈচেল মনুংদা।
> পামদে চেকী মন্দীর,
> য়াংনা শারগা অমুকং,
> মন্দুনা লৈবা মতম কুইনা;
>
> (মৈতৈ চনু)

ঐখোয়না চেকী মন্দীর নত্রগা য়োংকী মন্দীর হায়রগা খঙবা, মতম কুইনা চংকদবা, লেঙদবা শক্তম ওইনা লৈহোৌগদবা, অকনবা অমম্বং অকবা শক্তম ওইনা লৌব: পাম্মী, অতুবু সাহিত্যগী মন্দীরদদি মতু য়াদে। মৈতৈ সাহিত্য চাউখংহনগে হায়রবদি অরেপ্পা শক্তম অমা হেক্ক পুথোকপনা ওইরোই। মরমদি মতমগী হোংলক্লিবা য়াওনগী মতুংইন্না অনৌবা, কক্রবা শক্তম কয়া সাহিত্যদদি হাপচিনবা তাই। মৈতৈ সাহিত্যদি হৌরকপদা ভাইরিবা, তান্নদগী য়াম্না মপুং ফাত্রিবা সাহিত্য ওইনা কবিনা উখি। মরম অতুনা অতোপ-অতোপ্পা সাহিত্যগী মপুং ফারবা পুক্কদগী লৌখোক্লুনা নত্রগা নমুনা লৌতুনা চাউখং-হনবা তাই লোয়ননা ঐখোয়গী অসিগুম্নবা মপুং ফারবা সংস্কৃতি অমদি সাহিত্য অতু পৃথিবী শীনবা থুংনা শন্দোকহনখিবা তাই। মরম অতুনা সাহিত্যদা 'মসিনা মরোইরে' হায়বা অরেপ্পা, হোংদোক-হোংজিন য়াররোইদবা নুংগী মন্দীর দরকার ওইদে। সাহিত্যগী মন্দীর শান-নবগীদমক্কদি কবিনা অসুম্না হায়রি—

কংগ্রগা চোংলকপা অমুক হন্না,
অঙুগুম্বা লৈগী চান্না,
মন্দীর য়ুম্বী য়ুংলুসি ;
চাউখংনবা মশা-মরোং,
মতম্না অশুম কুইরক্লগা।

(মৈতৈ চনু)

কুন্বী-কালেন নাইদনা শাংপা লৈরাং কয়ানা মন্দীরগী অকোয়বদা খাঙুনা, মতম চুপ্পদা লৈরাং কয়ানা তিন্দুনা শাংলবা মৈতৈ সাহিত্যগী লৈকোল অমা কবিনা শেম্নীংখি। মরম অঙুননি মহাক্না লৈচম পুম্নমক পংহাপ্পা হাপচিনবা য়াবা সাহিত্যগী অনৌবা শৈরেংগী মশক অমা ইতত্তুনা উংনবা হোংনরিবা, অঙুবু লোল শীজিন্নবদা পংহায়দা হায়বগী হৈনবী লৈবদগী কবিগুম্বা মতাংদা অর্থ হোংজনবসু য়াওদবা নত্তে হায়রবদি শৈরেংনা পীর'ম্নবা মপুং ওইবা অর্থদা অকায়বা পীবগুম থোকহল্ল।

মাতৃমন্দীরগী লৈনম মুংশিবা
ভপ্পা লিরি-লিরি শিংপা মুংশিংনা
হৃমখিসনু মৈতৈ লৈবাক খুদিংদা ;
তেকখংসনু শিরুম মাকুম্বা মৈতৈ।

(মৈতৈ চনু)

মতাং অসিদা, মণিপুর নত্তবা মৈতৈ লৈবাক কয়া য়ায়া লৈরিবগে হায়না হংবা তাব্রবদি কবিনা কম্নি খুমগনি নত্রগা কবিনা হায়নীংলিবসি 'মৈতৈ লৈবাক্কী মকম খুদিংদা' হায়ুগদবদা চিথহৌবরা হায়নসু খনবা য়াই। মৈতৈশিংবু মমালৈবাক্কী সেবাদা থওইদে হায়না খনবদগীম্না নত্রগা পাডাদে হায়না লৌবদগীম্না 'শিরুম মাকুম্বা মৈতৈ' হায়না ইরি। ওইত্রবা পাম্নবা মীওইবগী পুক্নিদা, ওইজবা থাদোকপা (স্বার্থত্যাগ) হায়বসি

য়াম্না তঙাইফদবা ওইনা কমলনা উখি। তশেংবদি ঐখোয়না কাও হেম্না ওইজবা পাম্নবা অমদি ইশাগীত্তা য়েংবা, ৱাখলনা মাঙওইনদ্রুনা ঙসিগী মৈতৈ সমাজনা শিক্লম নাক্লম ওইনা লৈবনি। ইশাগীত্তা ফনবগীদমক্তা থনবা ৱাখলনা ইশাগী মাঙনবা ওইরকই হায়বসি শোয়দ্রবনি। মরম অদুনা ঐখোয়না ঐখোয়গী সাহিত্য কুইনা পুন্সিহনগে হায়রবদি ঐখোয়না ওইজবা থর থাদোকপা তাই অদুননি কবিনা 'স্বার্থ-ত্যাগকী শিদ-হিদাক' মন্দীরগী অকোয়বদা থাবা পামম্রিবসি। মৈতৈ-থক্কুগী ওইবা, মৈতৈদগী তোরককম ওইবা অদুগা মৈতৈদগী ওইনা অদুম লৈলগদবা সাহিত্য অদুদি, চাউখৎপা ঙম্নরোইদবা, মন্দুনা মতম কুইনা লৈরবা নুংগী মন্দীরগুম্বনি। কবিনা পাম্লিবনা, মীরৈবাকী চেক্লা কয়াম্, মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলদা পোথারবদুনি; অদুগা মৈতৈগী তম্পাক্তা হৌবা লৈরাংশু. সমুদ্র ৱাংমা লাম্না থাক্কুবা অমদি শাংলুবা লোয়ননা ভারতকী বীশ্ববিদ্যালয় কয়াদা শন্দোক'খবা অদুনা ঐখোয়গী সাহিত্য চাউখৎপা ওইগনি হায়বসি কবিগী থাজগনি।

মৈতৈগী তম্পাক্তা হৌবা লৈরাং,<br>
থাক্কুসনু সমুদ্র ৱাংমদসু,<br>
শাংলুসনু ভারতকী বীশ্ববিত্তালয়দা;<br>
কবিগী ঙম্নোইদগে লৈ 'পরেংনা' তত্রবদি।

( মৈতৈ চনু )

তৌবতদি, মীতোন্দগী পুক্লগা ঐখোয়গী ইরল শাদুনা মীমাংদা উংপদি য়ারোই হায়বা ৱাখল অমসু কবিনা কম্না কাওখিবা মাল্লি। অদুনদি অতোপ্পা সাহিত্যাগী ফজবা শক্তম কয়া ঐখোয়না লৌশিন্দুনা, ঐখোয়গী সাহিত্যাগী পুক্কে থলহনবা হোৎনররবসু, ঐখোয়গী ওইবা তাঙলবা ফজরবা লন কয়াদি ঐখোয়না কবিগী থিকম থোক্কুবগে হায়বগী অপাম্বা কোংলম্মী—

পোক্লকম লমদম থাদোক্লুবা, হাপতুনা, থন্নাই খুবাক্তা,
লন তানবা চৎনৈ খুদোংথীব্রবা মকমদা।
ইরৈবাক্কী মনুংদগ্গী মিংচৎ মমল য়াম্রবা,
ফুমহুনা লৈরি লৈনুংদা, তাম্লুসি শকহেনবা।

(চন্দ্রনদি)

অদুবু মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলগী ককবা শক্তম অসি থাবিগদবা মতিক চাবা কবি লৈতে হায়বদুমদি কমলনা ময়েক শেংনা থাক্তখিবা ওইনা তৌই। মিরুম অদুনা মনাক্তা ইরৈবাক মচাশিংদা হন্ন হন্না ঐখোয়গী লৈবাক্কী মকবা ময়ামসি থাদুনা ইবীনবা অমদি মীরৈবাক্ত চত্তুনা মীগী লমদগী ঐখোয়গী লন তানবা চৎপা হৌনদে হায়বনি, অদুবু মতিক চাবা অইবা লৈতবনা ঐখোয়না অসুম শোথখিবদু কবিগীনো হায়বদু কবিনা খঙনবা হোংনৈ লোয়ননা মতিক চাবা মৈতৈ কবি অমা কমলনা পামখি—

লৈকোল কোকিলগী খোজেল তাস্রবা
তাজনীংবনা খোরাংনা ভাইজরিবা;
পঞ্চম স্বরনা খোংদুনা তাহল্লোবা
চত্তনবা মীরৈবাক্তা কোকিল থিবা।

(মৈতৈ কোকিল)

মীরৈবাক্কী কবিশিংবু ঐখোয়না নৈনকরিবা অমদি খঙনবা হোংনকরিবা অসি ঐখোয়গী মতিক চাবা কবিশিং লৈজদবননি হায়না কমলনা খল্লম্না তাই। অদু ওইরবদি, কবিগীদমক্ত মীরৈবাক্কী সাহিত্যদগী পুরগা ঐখোয়গী পুক্তে থলহন্নগদবনি হায়বা বাখল অদু (মৈতৈ চদু) করম্না পোক্লিবনো হায়বদু নৈনদুনা য়েংবা দরকার ওই। কমলগী বাখলদা ইশাগী ওইজবা থাদোকপা 'স্বার্থ-ত্যাগ' হায়বা অমদা কন্না থাজক্তে হায়বসিমদি চিংনমিংভাই লৈতে। অদুবু মমক মরক্তা

ঐখোয়গী অয়াংপা অমদি অশোয়বচু য়েংল্লুয়গা ঐখোয়গীদমক্ত; ঐখোয়না কবিগী লোংবকম খোক্তবগে হায়বা বাখল অমদা লাকপা মাল্লি। মচু স্বার্থত্যাগকা মরি লৈনহনবা তৌদনা মহাক্কা হেক হেক পনবা থেংলৈ, অদুবু স্বার্থত্যাগকী অয়াংবা ফিদম অচু তশেংনা কাউথোকপদি তৌয়মদে। মৈতৈ লৈকোলদা কোকিল পাইয়ক্তবদি মৈতৈগী অনেম্বা পুকচেল মতাসিনা ওইয়স্বা য়াই হায়বন্সু কমলনা থনখিবা মাল্লি।

কাইদোংকম য়া'দে—পুকচেল নেমই মিংতুনা,
পাইয়ক্লুবয়নে কোকিল হৌজিক ফাওবা ?
( মৈতৈ কোকিল )

ময়মদি কবিনা উয়িবা কোকিল অসি অচম্বা কোকিল নত্তে। ত'ইবচ শীন-থুংমা ফাওয়বা কালিদাস নত্রগা সেক্সপিয়ায়গুম্বা থাকী কবিনি। ময়ম অদুনান মহাক্কা মৈতৈগী অনেম্বা বাখল অমদি পুক-চেলগা', জগৎকী ওইবা য়াম্না পাক চাউনা লৈতৌয়গদবা কবিগী থম্মোয়গা খরা থেনয়বরা হায়না চিংনবা পোক্লিবচু।

কোকিল অমা খোংখি কুইগ্রনদা,
উজ্জ্ব য়নীগী উনাপুংবা উমংদা,
ইংলন্দুনা থমখি ভারতকী লৈকোল।
শুনহংখি পৃথিবী পুম্না মিয়বা খোজেম্না।
তাম্না অমস্সু খোংখি থাইনচৈদা,
মোংচুপকী সমুদ্র য়াংমগী চীংমুংদা;
চীংমুং কয়া সমুদ্র কয়া লানথোক্লুনা
ইঙ্গিল নিলহনখি মোংপোকী তোর্বান।

( মৈতৈ কোকিল )

অহুবু, অসিগুম্বা অরাংবা থাক্কী কবিশিংদি মৈতৈশিংগী ময়ক্ত লৈতয়বা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলগী কজবা কয়া অরেম্বদা মাঙখ্রে। অমরোমদা, মতিক নঙনা কবি শাবা ময়ক-ময়াগী মীওইশিংনা মৈতৈ সাহিত্যগী মীংথিবা মতিক-মগুণবু ময়েক শেংনা খঙহনবা ঙমদে।

মৈতৈ লৈকোলগী হৈজৌ ময়োল,
খোল্লাং হেনগদবনি চুল্লবদি কোকিলনা,
'খাইদা' 'খাইদা' খোংলে কাক্কা চুপ্তুনা
ভাইহন্ত্রে খোংবসি 'পাহাড়ী' 'পাহাড়ী'।

মখোয়না ইথোয়কপা অমদি ঙাওথোয়কপা থুদিংমক তানীংদবা পোক্লে, ময়াং কাক্কা কোকিল শাবদা য়েংনীংদবা পোকপগুম, অশেংবা কবি লাদ্রিবমখৈদি মীং-নাকোং মেনশিন্দুনা থাডনিংলে।

কোকিলগী খোঙ্গেল তান্দ্রিমখৈ,
কোকিলগী মশক উ'ত্রমখৈ,
মেনশিল্লগে নাকোংসি লৈথোম্মা;
তুশিল্লগে মিংসি য়েত্তুম্মা।

(মৈতৈ কোকিল)

অহুবু কোকিলদি লৈত্তবনিনা কবিনা হায়ম্বি—
ময়াং কাক্কা চাগ্রে উহৈ অরেম্বদা।

কোকিলগা কাক্কা খেন্নবসি কবিনা অম্মুম্মা হায়ম্বি—
কোকিলনা উ'হ উমলগা খোঁবোম থল্লা,
খোংলকই 'কুহু' 'কুহু' পুক্নীং হুনা;
কাক্কা মপুক থল্লগা অমুনবা উহৈনা,
হন্দোক্লমই অমাংবা মৈতৈ লৈকোন্দা।

(মৈতৈ কোকিল)

তশেংনা কবি মতুনা কবি শাবশিংবু কমলনা থম থেংনা শাউনিংবা পোকখিবরা হায়না থল্লি। মখোয়বু মহাক্না ময়াং-কাক্না চাংলয়্যবদ মতুনা, মৈতৈ সাহিত্য লৈকোম্দ অমাংবা ছন্দোক্রমহুনা মাংথোকপনি হায়না লৌই। কবিগী খুৎই অসিমক্তি, হৌজিকী মতমগী নহারোল কবি অমনা ইরবদি য়াম্না নৌবা থোক্কদবা, হায়-মীংবদা হায়বা, লোলগী অমদি শৈরেংগী অথোৎপা, অমেত্তবা য়াওরবা খুংই অমত্তি হায়না লৌগনি। অহুবু কমলনা মতম কয়াগী মমাংদা অন্তুম্না ইত্রে হায়বহ্ ঐ:থায়বা নীংশিংবা তাই, লোয়ননা ঐখোয়না হৌজিক লৌনরীবা অনৌবা মণিপুরী শৈরাংশিংদা মোডর্নীজমগী ইছল অমা পীহুনা, শৈরেংশিংবু শৈরেং মালহন্দবমথৈ পীজিন্নরীংবা রাকৈ-রাতা পীজিন্নরিবসিদ কমলনা হাম্বা হৌরা:ম্র হায়বদা হায়মগ্না থোক্লোই। শৈরেং মান্দবা লোন্দাদা কবিনা ইরি—

নোংজুথাগী অহিংদা নোংনা রা-রা চুত্ররদা,
তুই হোদোং কাওবা মপান থোক্নখিত্ররদং,
( কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা )

কবিনা অমুক ইরি—

অত্যাদা থোকপা নাপল চাউরবা,
থরানমিচাক্না তমাং তশোইবা,
মতিল শিংথরি থরো তম্না,
পুক্নীংদা উশিত্তবগা লোয়মনা।

( চির বিদায় )

অহুবু পাংয়ায়না শাংচবী কজরব থরোদা থরানমিচাক্না মতিল শিংথরিবসি শৈরেংগী অর্থদা মরী লৈনবা রাংলি। মতাং অসিদা কবিনা অহিংগী মতমগী দৃশ্য অহু থাবদা থরথিং হেক্তিনখিবা মাল্লি।

শরৎ ঋতুগী থাবল করবা অহিং অমগী কজবা কয়া থারকপদা, ওম্বোক্লা মাতৈ চাম্রম্রবা থবানমিচাক্লা থয়োদা মতিল শিংথবগী ইমেজরি অমা কবিনা হেক্তা হাপচিল্লুবগী রাগি। অহুবু মহাক্কী অতৈ ইমেজারি-শিংদদি তশেংবা পুক্কীং হুনা কজবা অহুগা চামবা ওাক্তনি—

উত্ত্রিবা চীংশাংদো অয়াম্প্রদা,
লৈচিম্না পানা কুপথিবদা,
তুম্বত্তম মিংথিরে চীংলাইনা,
অপাবা ফিঙৌনা কুপ্তুনা। ( চির বিদায় )

চীংলাইগী অশেংবা মশক ঐথোয় কনামত্তনা উনত্রি অহুবু কবিনা থাবল কবা অহিংদা, অয়াম্প্রদা চীংশাং পয়েংশিংনা তুমিম্না শাংবা শন্দোকখিবত্ত য়েংলুবগা অমদি চীং মাপোমশিংদা লৈচিম্না পানা পাইরিবত্থ উরুবগা চীংলায়মা ত্ন্না মানখিবগী রানি। মসিবা অপাবশিংদম্ম মহাক্ল ফাওত্রিবত্থ ফাওহনবা ত্তমগদরা হায়বত্থু থোয়না থল্লুবা মান্দে। মতাংসিদা কমলগী খুংইদা মেটাফিজিকেল কবিশিংগী মওং অমা উবা ফংই। মরী ইরৈ লৈনদবা, য়াম্না থাপ্নবা ইমেজশিং নমফুদা পুশিনত্তুনা ইনৌ নৌবা ইমেজরি অমা পীনবা হেক-হেক হোংনবসি ঐথোয়না মহাক্কী শৈরেংশিংগী মতাং কয়াদা উবা ফংই। অহুবু পুথোরক্লিবা মওং অহুদি মতাং-মতাংহুগদি চামবত্থ য়াওই, নোক-নীংবত্থ য়াওই, কজহম্নবা হোংনবদা হেক্তা হায়জিনখিবা মানবা মতাং কয়াত্থু য়াওই।

নংগী অশাউবা খোজেল তাবদা,
সমুদ্রগী ইরাউখোল নেমখিবা,
হাওনা চীংদা চেনখিবা,
(থায়নগী মৈতৈ সাহিত্য)

থাইনগী মৈতৈ সাহিত্যগী কজবতু হাওনা থওবা ওমদে হায়রি-বরা ? অদুবু অশাঙবা খোজেলহুদি সমুদ্রগী ঈরাউখোলদগীন্দু হেনগ্রে হায়বা মেতাফোর অসিবুদি চামদে হায়বা য়াদে, অদুবু মথা তাররিবা খোজেলদু তাবদা হাওনা চীংদা চেনখি হায়বসিগদি চুশিনহনবদা য়াবা থোকই। অদুবু কবিনা হায়নীংলিবদি, থাইনগী মৈতৈ সাহিত্যনা খাওশিল্লকপদা নীংঙমদবগা লোয়ননা অমুক্তদি হনবীরকখো হায়দুনা কৌজবনি।

নংগী মিরবা খোজেল তাবদা,

কোকিলনা মণিপুর থাদোকখিবা,
অচুম্বা সুংশিবা খোজেলনা,
অমুক্তদি খেমজিনখিখো নচাশিংবু।
কদাইদা চংগ্রে ইমা।
কাউগ্রবরনে নচাশিং লৈচৌরি হায়বা ?

( থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য )

মৈতৈ কোকিল হায়বা লৈশেংদা মণিপুরদা কোকিল লৈনবগী-দমক্ত কবিনা কোকিলবু পাইরক্লো হায়বা কৌশি। অদুবু মতাং অসিদা অরিবা মৈতৈ সাহিত্যগী কজবা অমদি সুংশিবা মরামদুনা মরম ওইদুনা কোকিলনা মণিপুর থাদোকখিবনি হায়নরু ইরি। অহানবগী কোকিলনা মশক নাইনা মৈতৈ কবিবু কোকিল ওইনা চাংদমরবখি। অকোনবগী কোকিলনা চুমগী সুংশিবা খোজেল অমবু চাংদমরবদা শীজিন্নরবনি। সুংশিবা খোজেল অদুমকখু সাহিত্যগী কজবা মরাম অদু উৎপগী য়াতনি। সাহিত্যনা থরার পাববী ইমা অমগী শক্তম ওইনা কবিনা নীংজরগা, ইমাগী সুংশিবা খোজেল অদুনা নচাশিংবু খেমজিনবিরখো অমদি লমজিংবিরখো হায়না কৌজবনি।

পাংগ্রবা নচাশিংনি খন্দুনা,
তুংগী আশা পুম্নমক থাদোক্নুনা;
চীংলোন মাপন্না কোম্নশিন্দুনা
য়োংকী পৌরোল লোম্লম্নরা ?
কদায়দা চংগে ইমা !
অমুক্তদি কোমশিনবিরখো নচাশিংবু ।

( থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য )

মণিপুরগী মহৌশাগী লৈরিবা কিজম মতাসিনা, ঐখোয়না অতোপ্পা মপাল লমগী সাহিত্যগা শকখঙ মায়খঙনহনা চাউখৎপগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনবসি খরা রানা খোঙনি হায়বসি কমলনা উখি। মপাল লৈবাক-শিংগা মণিপুরগা চথোক-চংশিন্দা লৈরিবা অপনবা মরাম অসিনা ঐখোয়সি য়োংকী পৌরোল লোনগ্রবা কৈতুমশঙদা থন্নজম থোক্লে। কিজম অসিদদি তুংগী আশা লৈত্রে অদুগা মসি পুম্নমক অসি ঐখোয়না পাঙদবদগী থোকপাম হাংশু কনিনা লৌই। অসিগুম্বা পাঙত্রবা নচাশিংবু পুক্নীং ফাজনবা রাইনা রারকপিরখো অমম্ুং থেমজিনবিরখো হায়না কৌরিবশিংদি রায়া রোমান্টিক ওইবা খুংইনি হায়না লৌবদা অঁকায়বা লৈতে।

পুক্নীংদা কাওরকপা থম্মোয়গী ইথিল অদু কোংদোরকপা মতমদা শীজিনরিবা লোলগী মওং অদু কমলনা মহাক্কী শৈরেংশিংদা চাং মায়না শীজিনবরা হায়বদু ঐখোয়না য়েংবা তাই। মপুং ওইনা য়েংবদা রোমান্টিক কবি ওইজরবসু মতাং মতাংগী ওইনা মহোন্দা থেংনবা অতোপ্পা মথলদা তাকপা রাবা শৈরেংগী শক্তমসু রাওদবা মন্তে। মহাক্কী শৈরেংশিংদা ব্লেঙ্ক ভর্স হায়বদি অমিত্রাক্ষর ছন্দ, তালগী খোইদোকপা অথিংবা রাওদবা মশানা তাক্লবা রাইহ রাজাশিংনা অদুম পঙশমদা শমখহনা পঙইদা ইবা খুংই অমদি ঐখোয়না মতম চুপ্পব

অতুম্মক থেংনৈ অতুগা লিরিক হায়বদি ঊৈশ ওইনা শকপন্নু য়াবা মমুনা অমদা ইবস্নু য়াওদবা নত্তে। পুন্নমক রোমান্টিক কবি ওইনা য়েংলকপদা দরকার নৈলবা ঙাক্তনি হায়না লৌরবস্নু য়াই। অতুবু লোলগী অনৌবা মশক অমাদি কমলনা তশেংনা তাকে হোংনরম্মী হায়না লৌবা য়াই। অতু নত্রগদি মহাক মতোমত্তা পুক্নীং থিংজিনবগী মহুত্ত, অনৌবা মহাক্না ফজৈ হায়না থনবা য়াহৈ বাতা থবা হাপচিল্লগা শৈরেং ইনবা হোংনরম্মী হায়না লৌবা তাই।

থমচেংকুম থম্বালগী মনুংদা,
শালগ্রামগুম নৈপরেং মনুংদা,
ঙাম্মোইরি থাইনগী কাঞ্চীপুর।

(কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মথাক)

শৈরেং অসিদা পল্লিবা কাঞ্চীপুর হায়বা মীং অসিমক্তি য়াম্না নৌ।রিবা মীং অমনি। মসিগী অশেংবা মমীংদি লংথবাল হায়বসিনি। অতুবু কবিনা কাঞ্চিপুর হায়বা মীং অসি য়াম্না ফজৈ, নুংশিজৈ হায়না থনবদগী থাইমদগী অতুম নৈররুবা মীং অমগুম পন্দুনা ইবনি অতুনদি মঙোন্দা থোইনা অচুম্না, চুমদবগী বা য়েংদনা হায়নীংবতু মাতৈ চাই থল্লবদি হেক্ত হায়বগী কৈনবী অমা নৈরি। মীয়াম্না হায়নবা "চীংনা কোয়না পনশাবা, হাওনা কোয়না পনঙাকপা" হায়নবতুগী মহুত্ত, কমলনা অম্মা ইরি —

চীংনা কোইনা ফিরুক থুমলিবা,
হাওনা কোইনা পনঙাকলিবা,

(কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মথাক)

অতুগা মঙোন্দা মৈতৈলোল নত্তবা অতোপ্পা বঙ্গলা নত্রগা সংস্কৃত, হিন্দীগুম্বা লোলনা হেন্না পামজবগী মওং অসিমদি ভত্তনা অহুম উবা ফংই। কবিগুম্বা মতাংদা বা হেন্না শীথিল্লীংবদগী মাতৈ চাদবা কয়াম্নু

য়াওদবা নত্তে। মৈরেবাক্কী সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনরিবা কবিনা, অতোপ্পগী লোল শীজিন্নরবসু য়াবা মতাংদা শীজিন্নরিনদি কয়িগীমো হায়না হংবা য়াই, অদুগা মৈতৈলোন্দা তশেংনা লৈজদবা ওইরগনা শীজিন্নরিবা মতাং অদুগা চাম্নবা হায়বদু য়েংবা তাই। কবিনা অদুমক ইরি—

> মীওইবা। বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা,
> প্রেম রাজ্যগী ফোটো নমদুনা,
> ঙমথৈ লেপকে থোরাংলিবোই।
>
> ( চির বিদায় )

কবিনা অমুকসু ইরি—

> মীওইবগী মরক্ত হৈ-শিংলবা,
> লৈবয়া ফোটোগ্রাফর অসিগুম্বা
> মাঙহন্দুনা ঐগী অস্তিত্বসি,
> ফোটো ওলহনবা ঙম্বা ইশা'সি।
>
> ( চির বিদায় )

মহাক্কী লৈরেংশিংগী মমিং কাওবা মৈতৈলোন্দা থোনবগী মতুংত, বঙ্গলা লোলদা ওইনা থোল্লম্মসু কয়া য়াওরি। খুদম ওইনা 'অভিনন্দন', 'নীরব রজনী', 'বীশ্বপ্রেম', 'চির বিদায়', 'মাতৃ তর্পণ', 'নির্জনতা', 'অতীতের স্মৃতি' অসিনচিংবা। মসিদা অতৈ মমিংশিং অসি মতমদুগী মণিপুরী সমাজদা অদুম শীজিন্নরবা অমদি থওনরবা লোল ওাক্তনি হায়রবসু 'অতীতের স্মৃতি' হায়বমচিংবা রাইশিংদি তশেংনা বঙ্গলা লোল হায়বদু পুমওই ওইগ্রবনা বঙ্গলা লোল থওদবা মীনদি অরাবা ওইরগনি। মসিনদি কমলগী মতম পুন্দগী ওইনা লৈহৌরগদবা অশোকবা অমনি।

কমলগী অতোপ্পা শিংথাবা য়াবা শৈরেংগী খুৎই অমদি বারী-য়াতাই শায়বদোমা তৌবা কয়া মরক ময়ক্ত য়াওরকপা অলিনি। অদুগা কবিতসিংবা মতাংদসু শৈরেংগী (কন্টেক্স) অদু য়ায়া ড্রামাটিক ওইরকপদগী মহাক্কী বাহৈ-য়াতা. লোল অমদি কোন্দোরকপগী মওং অদু ড্রামাটিক কবিতাগুম তৌরকপা য়াওই। থাক্নেশেংনা, অরাই-অথুম তৌহুনা ড্রামাগী দৃশ্য অমা ওইনা পাবা য়াবা শৈরেংগী মশক অমা 'খোইমু অমন্নুং লৈ' হায়বা অদুনা উবা ফংই। শৈরেংসিদা খোইমুনা অপোম্বা লৈ য়েংচুনা, লৈশাং তম্রো হায়না হোৎদোক্লি অদুগা লৈরাংনা পূক্লৌংগী,আশা থুং ত্রমথৈ শাংকনবা চৌংনচুনা লৈবগী, অরাই-অথুম তৌনবা বারী-য়াতাই ওইনা ইরকপা শৈরেং অদু, অনৌবা মথল অমা ওইনা। তংবদা অমন্নুং পাবদা লুপ্তাইহল্লি।

পোমশাংনবা লৈ— শাংসি কিয়ে পোমসি চিংনবে;
নুং অনিগী ময়ক্তা দা ওইবে।
পুক্লিংগী রাখল পুকনুংদা কংলে,
পুন্সিগী আশা পুন্সিনা তিনক্লে।
খোইমু— রাখল পুম্নমক থাদোক্লুনা
লুপ্দোক্লুনা ইকাই-ইকি
শাংলোনে লৈকা ফগ্না
অমুক অন্তনবদা চাউখৎপগী।
(খোইমু অমন্নুং লৈ)

খোইমুনা লৈরাংদা শাংলো হায়হুনা তকশিনবা অদুগা লৈরাংনা মথোং কারকপা মতমগী হৌনবা ইকাই খুংশি য়ামবা অমদি অরেপ্পা লৈতবা খোইমুগী পুকচেলবু চিংনবা কয়াদগী খোইমুগী বাহৈশিংবু থাজবা ওমদবহু মরেক শেংনা কোন্দোকই। অমরোমদা খোইমুনা লৈরাংগী ফজবহু শাত্রবদি অরেম্বদা মাঙপগনি হায়না তকশিনবহুক-

য়াম্না চুপ্পা রাকফ্নি হায়না লৈরাংবা থমবতুম্ন মীংথিনা কোঙদোকই। শৈরেংসিদা ড্রামাটিক ইমপেক্ত অমা থোইমু অমম্বং লৈগী রারী-রাতাইদগী ঐখোযম্না ফংবা ঙম্লবম্না হাযবতুদি, ড্রামাটিক কন্টেক্স অমা রাংপদগী ময়েক শেংনা হায়বা য়'ক্রে। কফিত্তম্বা কন্টেক্স অমা লৈরম্বা তারবদি শৈরেং অসি হেন্না মপুং ফারম্বা য়াই। করি মতাংদা, করম্বা ফিভমদা অমদি করম্বা মতমদা লৈরাং অমদি থোইমু রারী শারম্রিবনো হায়বহু কবিনা ফোঙদোক্লিবা রারী-রাতাই মতেক অসিদা মপুং ফান' উংপ' ঙমদবদগী শৈরেং'গী ফজবা হম্হল্ল হায়নবুদি লৌকম থ'ক্তে, মরমদি কবিনা মাস ড্রামা ওইনা ইথিবা নত্তবনিনা। মরম অদুনা ড্রামাটিক পোইন্ত্রি ওইবা যারোই। অদুমকপু চ'স্নবা ড্রামাটিক কন্টেক্স অমদা হাপ্লবদি হেন্না মপুং ফায়মগনি হায়বগী রাদি। সেক্সপিয়ারগী মেকবেত্ত লেডি মেকবেত শিরবা তুংদা নীংঙমদবগা লোয়নন্না হায়থিবা রাম্নোলশিংহু থাইদগী ফজরবা শৈরে'নি হায়না শীংথানরি' অদুবু মহু মেকবেত ড্রামাগী কন্টেক্সত' য়াউরমদহুনা তোঙানবা শৈরেং ওইনা লৈরম্লবদি মপুং ফাবা থরদি রাংলমগনি, শৈরেংগী ফজবহু হম্হুরমত্রবা ফাওবদা।

ইংরাজী কবি রোবার্ত ব্রাওনিংঙম, কবি কমলম্ন ড্রামাটিক মোনোলোগ ইবদা য়াম্না চঙখোম্ন' ইবা ঙম্নগী মশুগ অমা লৈ। মশা মথন্তগী রাথলদা অমদি পুক্নীংদা মথন্তনা বা ঙাঙজহুনা ইবা ঙম্বা, মহুনা অপাবশিং মত্রগা অতাবশিংদা মোনোলোগ অমত্তম উহনবা থুংই মওং অহু ঐখোয়না কমলগী শৈরেং থরদা মরেক শেংনা উবা ফংই। মহাক্কী 'নির্জ্জনতা' হায়বা শৈরেং, মীচিক মীরাওথোল তাত্রবা, অচিকপা উবং অমদা মুমিদাংরাইরমগী অঈংবা মুংশিং মরক্ত, অচিকপগী থোজেল অমা তাবত্তয়া কবিনা তাবা ফংবি—

''ভাও ব্রহ্মচারী ওসিদি,
কোংদোক্লগে রা পূক্লিংগী,
'অচিকপা' কৌই ইমিংদি,
মরেম্মরি লমদমসিগী।''

( নির্জ্জনতা )

পূক্লীং তপ্পা লাই নীংগে হায়তুনা সংসারগী অপাম মুংশি পুম্নমক থাদোক্লম্লগা, মীয়ামগী নিল-খোংবা মরক্তগী লাপ্পা চেল্লক্তুনা অচিকপা উমং মনুংদা চঞ্চলক্লিবা ব্রহ্মচারী অমদা প্রকৃতি লাইরেম্বীনা রা ভাগুলকপসি য়াম্না মতা চাই। মুংশিং শিংপদা উনা-রানা লেংবগী মখোল নত্তনা অতৈ খোঞ্জেল তাত্রবা মকমতুদা অচিকপা কৌবী লাইরেম্বীগী পূক্লীংগী রা ময়ামতু ড্রামাটিক ওইবা মোনোলোগ অমনি হায়দবা ওয়োই।

ইংলবা উমং ময়াইদা,
চিক্লবা চীংয়া তময়াদা,
শোংলবা নায়ক শীংলক্তা,
লৈকমরি লাইবক থীবীগী।

( নির্জ্জনতা )

মতৌ কয়ম্না মহৌশা লাইরেম্বীগা উমংগী তক্লবা কাচিন-কোয়া অমদি চিক্লবা চীংয়া-তময়া নায়ক শীংলক্ত লৈবী লাইবক থীবী ভূমী ওইম; ব্রহ্মচারীগী মকমদা অম্মুম্না হায়রক্লিবনো হায়বতু ঐখোয়না ড্রামাটিক মোনোলোগ ওইবা লৌরবদি থত্তবা ওমগনি। নত্রবদি শৈরেংগী নাতৈ রেংজুরবদি চায়বা রাংলি। কবিনা অমুকন্তু ইরি—

''অচৌবা চীংগী চীংদোন্দা
শায়কপী পাজল শোনবীগী।''

( নির্জ্জনতা )

করম্না পাঞ্জল শোন্নবীমা অচৌবা চীংগী চীংদোম্দা শামবা ঙমগদৌরিবনো, খনবদা য়ামা থোকই। অদুবু ড্রামাটিক ইফেক্ট অমা পীবদদি য়াম্না চামনা থোকই। মসি থৌদোক অচু হেম্না ড্রামাটাইজ তৌমবা হোৎনরকপনি।

ইতিহাস নিংথৌরেল খুদিংগী,
য়াম্নী অকম-অথৌশিংগী,
থাবল চোংবী শাবী-শানৌগী,
তাজনিংদে তাজনিংদে।

( মিঙ্কমতা )

থাবল চোংবী হায়বা শাবী-শানৌশিংগী মুত্তাইরবা কুইম্ন অমি, হৌরাওবা অমম্মং নিল-খোংবনা মপুং ওইরগা পাঙথোকপা থৌদোক ওইবনা অচিকপগদি চামদ্রে, অদুবু মুপী ওইনা শক্তম লাংলিবা অচিকপা লাইরেম্বীনা থাবলচোংবী পল্লক্লীবসিমকম্ব মহাক্না মুপী ওইরম্বদগীনি হায়নীংই। অদুগা শৈরেংগী চথরক্লিবা শম্নি' অদুদা য়েংলুরবদি থাবল চোংবী পুশিল্লকপসি নাতৈ চাবা য়াৎপা মাম্লি। অদুগা অরোইবগী পরেংদা তাজনীংদে হায়বা ৱাহৈসি অনিরক-হম্না হায়হনবা অসিনা ঐখোয়না অচিকপদা তারকপা খোঞ্জেল শোম্হাং য়ৈরকপঙুম্ব' খোকহনবা মতাং অসিনা য়াম্না চানবা ড্রামাটিক ইফেক্ট অমম্ব পীরি। অদুম্না অচিকপা লাইরেম্বীনা লৌরকপা বারী অরোইবা,পরেং খুদিংগী অনিরক হম-হম হায়হনা অপাবশিংদা অচিকপদা লাউরকপা খোঞ্জেলগী খোম্হাং ওইনা কাওহনবা য়াবা, নত্রগা হায়নীংশিবা 'পুক্নী'গী য়ারোল অচু হেম্না শামু পীশিনবঙুম্বা অমমি হায়না লৌবা য়ৈহি। কবিনা ইম্নি—

সমাজগী ইতিহাস,
মপুং কাদে মপুং কাদে।
খুলক্তা শাম্নবা মাম্নী,
মরিক চুমদে মরিক চুমদে।
ভেংথাড়না কপ্লতনা
থম্মোই শোক্তে থম্মোই শোক্তে।
তুমিন্না লৈবতনা
য়াদবা নত্তে য়াদবা নত্তে।

(নির্লজ্জতা)

অস্নুম্না ইরিবা মওং অসি শৈরেংগী শরুক খরদতনি, অদুগা লেম-চৌখিবা অতৈ শরুকশিংদদি অচিকপা লাইরেম্বীগী বাংমোলচু চুম্নগী শাউদম্নগী মওংদা চথম্নকথি অমস্থং য়াম্না হেন্না কোইদবা নত্রগা খংদ্রন-চাম্নবা কনাগুম্বগী মকমদা শাউ তম্না ওইনা হায়রকপস্থু য়াওই।

সুংশি হৈত্রবা মীহাংপা কযানা,
মীগী মকোক পুশিল্লক্কুনা,
লোংলরিবা ঐগী ইকমদা! —
তুজংইদকো খল্লুবদা।

(নিন্দুরক)

হাসরিবা য়াংশিং অদু, ড্রামাটিক কণ্টেন্ট অমা শীনুনা, কবিনা তুম্নাগুবী লাইরেম্বী পুপী অমনা হায়রকপা ওইনা ইরুমদ্রবা কবি মশামক্তা ইবা ওইনা পুখোরক্লবদি শৈরেংগী কজবা হৃৎশয়ামগনি, অদুগা অপাবশিংনস্থু থাজবা য়ানা থাক্কনি। কমলগী অতোপ্পা শৈরেং খরদস্থু য়াম্না দিস্কুপটিব ওইনা ইবগী মওং খরা উবা ফংই, অদুগা ড্রামাটিক ওইবা শক্তম কম্না শীংথিনা উৎপন্ন য়াওই। 'চির বিদায়' হায়বা শৈরেংদা থম্মোয় শোক্লবী কনাগুম্বী অমনা অচিকপা অহিংদা

তেনবাগী অক্লা পায়হুনা থোরকপহ্ন কবিনা য়াক্লা ড্রামাটিক ওইবা শক্তম অমা য়েকপা ঙম্মী। অচুগা অচিকপবু লাইরেম্বীগুম নত্রগা মুপীগী শক্তম ওইনা লৌবা কবিনা শৈরেংসিদসু মুপী অমা থোরকপহ্ন প্রকৃতিমকী শক্তম ওইনা লৌবা ঙমই।

চিক্লবা অহিংদা অসিগুম্না,
প্রকৃতিনা থোর'কুম মুর্ত্তি ওইনা
মুয়া অসে ইংনা থোরক্লে
হৈনৌ মখোং অমদা চ'শিনজ্রে।

( চির বিদায় )

শৈরেং অসি য়ায়া দিস্কৃপটিব ওইনা হৈবা শৈরেংনি। কমলনা মতাং মতাংগী ওইনা শৈরেং থরবা নেরেতিভ অমগুং দিস্কৃপটিব ওইনা ইরম্বগী মওংম্ভ লৈ। অচুবু মখোযহ্ন মীংমাংদা শক্তম লাক্কুনা শেংনা উহন্না ঙম্বা ( ড্রামাটিক টচ) অমা পীত্রবদি কজবা ওপ্লোই হায়বচুম্ভ মতাং মতাংগী ওইনা থনখিবা মাল্লি। অপাবশিংগী মীঙা শং-শঙনা উবা ঙমহনবা শক্তম কয়া ফোঙদোকপা মরিক চুম্বা য়াওই—

তপনা থাঙ্গংলহুনা অকলাহ্ন,
কোনশিল্লে থম্মোইদা তেনবাহ্ন।

( চির বিদায় )

হায়বা মথক্কী দিস্কৃপসন অসিদা ঙসাইগী অচিকপদা নাইতোম থোরক্কুনা, হৈনৌ মখোংলোমদা চঙলকখিবী মুপীহুনা মুংশিজরিবা তেনবাবু থাংনোক্রমদাইগী নুঙ'ইতগা মীংকুপ্ত্ নীংথিনা থঙহনবা ঙম্মী। কবিনা মথা তাম্না ইরি—

মিংতগী পি তম্বং তম্বং শিন্দহুনা,
হায়রকই তেনবাবু য়েংহুনা,—
থাইনরসিকো পাম্মুবী,

পাইখ্রোকো ইভা শকপি,
ওসি অহিংদগী হৌহুনা,
অপাম্বা উমং য়েংহুনা,
থাদোক্লমলো মুংশি লমদম।

(চির বিদায়)

অদুবু তেনবানা পাইখ্রগা নীংশি খুদম ওইনা মপোকসিগী কাউদনবা ফোটো অমত্তংদি শৃপীহুনা তেনবাদগী লোৎহৌবগা মিঙোলগী লুখুম কাদা য়ান্দুনা থেংকে হায়রুবদা তেনবানা ফোটোবা কবিস্থ কান্নরোই ভায়ন খুল্লকপহু হৌরকপদা লৈরম্লিবা য়াম্না রোমান্টিক ওইবা কারববগী থম্মোয় শোকপা শক্তম অদুগী চথরকপা পরিংদদি মেলোড্রামাতিক ওইরকই—

লৈবরা ফোটোগ্রাফর অসিগুম্বা,—
মাংহন্দুনা ঐগী অস্তিত্বসি,
ফোটো ওলহনবা ভম্বা ইশাংসি ?
মহু লৈরবদি, ঐগী হকচাংসি,
ওলহনবীরো ফোটোগী মশক।

(চির বিদায়)

অদুবু মসি ডাইলোগ ওইনা ইরম্বগী মহুত্তা ড্রামাটিক মোনোলোগ ওইনা ইরম্লবদি হেন্না কজরমগনি খল্লি। তেনবাগী পুক্নীংগী বা কয়াহু, মুপীসি য়াওহন্দনা ইরম্লবদি মত্রগা তেনবাগী বারোলশিংসি য়াওহন্দনা মুপীসিনা থম্মোয় শোক্না মহাক্নী বারোলশিংহু হায়রম্লবদি শৈরেংসি ড্রামাটিক মোনোলোগ ওইবা কজবা শৈরেং ওইরমগনি।

অতোপ্পা তায়োমবা শক্তমশিং উৎপা (ড্রামাটিক কন্ট্রাষ্ট) অমা য়াওবা শৈরেংদ 'কনাগুম্বা স্বদেশভক্ত অমদা' হায়বা শৈরেংহুনি হায়বা য়াই।

মতুদা দেশ ভক্তগা, ইচম চম্বা প্রজাশিংগা খেন্নবহ্ন করিনা অস্মুম্না কোংদোক্লি —

নিংথম খাদা উন্না প্রং-প্রং তাপ্রবদা
মুংশিংবা ময়া পান্দুনা চিক্তে তাল্লবদা,
নিংথম চাওরবা ভারতবাসীনা,
খাংনরি 'ত্রাহি' 'ত্রাহি' হায়রা,
কোং-কোং শাবা কৈজুপকী মক্রমদা লোক্তুনা,
হকচাং কায়াং অপুম্বা থগ্লি থুশচিন্দুনা
লুপ্নবা কৈজুপকী মুংশিবা খাদোক্লুনা
থৌনা ফবা লৈবাক মচা অসিনা
অইংবা তুরেন্দা চোংথরি
মরৈবাকপু মুংশিবা উংলি।

( কমাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা )

মংক্বী পন্দুপ অসিদা উংলিবা কয়াক্তি অসি যায়া মরিক চুম্বী অমস্তুং অপাংশিংগী থন্মোয়রদা খেন্নবহ্ন ফাওজনবা ভুম্মী। অতুং মসিম্তু নিস্কপটিব ওইনা ঈবা কবিগী থুংই মশুং অমনি। অদুগা মখ তু রকপা পন্দুপশিংদা কবিনা সিম্বোলিক ওইবা ইকেঙ্গু কয়া শীংজনরতুনা স্বদেশ ভক্তবু খাগংপা অমদি স্বদেশ ভক্ত অমনা হেংদম্লিবা অৱাবা কয়া অমস্তুং ঋৈথাম থিনগায়রবা কয়াহ্ন কবিস্থ নাচুংদবা, মরৈবাকপু মুংশিবগী রাথল অতুনা লমজিং ওইদুনা লায়না খেংনবা ভুম্মী কায়বহ্ন তাকই। অস্মুম্না জাতিগী লমজিংবা মিপা অমা ওইদ্রিবা মীশক অসিবু কবিনা অস্মুম্না খাগংলি—

খোইহি চেন্দে ঐগী লৈতোন্দা চিয়োন তৌনবা
প্রতিভা লৈতে ইশাদা প্রতিভাবু থাগৎনবা,
ইনাক খুন্দে ঐগী ইয়োল,
ইনাক খুনববু থাগৎনবা,
লম্বী চিংবা অথৌবা হিহোনবা সুপাসিতবু,
'নংতনি সুপা' হায়বা থোকই থারবা লৈসিনা।

( কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা )

ক বগী মশামক্তা থেংনরকপা অমদি থড়লকপা এক্সপরিয়েন্সতগী হায়রকপা মওং কয়াম্ভ মহাক্কী শৈরেংশিংদা ইতত্তুনা উবা ফংই। অসিগুম্বা মশাগী এক্সপরিয়েন্সশিং অসি অপাবশিংদস্থ ময়েক শেংনা থড়হনবা ঙমবা মতোন্দা ফাওবিবা ইথক ইহুলশিং অহুনা চান্নবা থোদোক রাথোক ওইবা কবিগুম্বা ফীভম অমা ; ঐখোয়না লায়না উবা অমদি থড়বা ঙম্বা মওংদা পুশিল্লক্রুনা ইরকপা অব্রাংবা থাক্কী শৈরেং খুংই অমনি হায়না ইলিয়ত অমদি পাউওথোয়না থল্লিবা মওংহুদা ইরকপস্থ যাওই। কবিনা কাঞ্চীপুরগী লৈহাও লৈয়েন পাম্বী অসিগী মরমদা অম্বুমা ইরি—

য়েংবীহৌ পুক্লিং চংনা !
শাংকাইবা লৈ'মগীদমক
অপোম্বা তরা মাংনখি ;
ফজবা মনা'মগীদমক,
মশা তম্না থুদেকপিল্লি।

( চৌংমা লৈহাও )

মতাংসিদা কবিনা ইচম চম্বা চৌংমাদা হৌবা মনম সুংশিন্নবা লৈহাও লৈয়েন পাম্বী অমবু শীংথাবদা, লৈহাওহুদগী ফংলকপা ফুংশিন্নবা মনম অহুনা মীওইবদা, মতম থরদগী ওইনা তুক্কংনৌ'ছাই

নত্তে। ডাইবঙপাল্দা হৌবা মরুকোক্লবা লৈহাও পাম্বৌগী ইমেজ অমগা শান্তিগী লৈকোল্দা, অমর ওইবা হৌরগদবা লৈহাও পাম্বৌগী ইমেজ অমগা অরিবা কবিনা মীওইবগী হিংলিংগী অথাবা পুক্নি অমদি শিন্নবা তুংদা পোপাবা কংগদবনি হায়বা রাখল (আইডিয়া) অদু উৎপনি। মসি পেসিমিষ্টিক ওইবা ফিলোসোফি অমনি অদুগা টৈক্নিক অসিমকপু, কদায় কাওবা মহৈ য়াল্লবগে হায়বদু অপাবশিংনা লৈরবা তাই। কমলনা মতম অদুদা লোংচুপকী সাহিত্যদা হৌরকখিবা সিম্বোলিজমগী ইহৌনৈনখিরমদবনু য়াই অদুগা ১৯ শুবা শতাব্দীগী লোই-রকপা অমদি ২০ শুবা শতাব্দীগী হৌরকপদা থোরকপা মথল-মথা অয়াম্বা সাহিত্যগী (শৈরেংগী) ট্রেন্দ কয়াদু কুপ্পা নৈনখিরমদবনু য়াই। অদুবু সাহিত্য হায়বসি, মসিনা মরোইরে হায়বা চপ চাবা অরেপ্পা মশক লৈতবনিনা, হায়নরিবা মওং পুম্নমক চাউরাকপা কীভম য়েংনরুগা চাং তম্নবা ডাক্তনি।

ইকরা পাউওওবা কবি থরনদি শৈরেং ইবসি ইনৌ নৌবা মওং অমদা, য়াম্না কুপ্না থল্লগা, হায়গদবা বাহৈ রাজাশিং অমদি কোড়দোক-কীংলিবা রাখল কয়াদু নিয়ম অমগী মথাদা হায়গদবনি হায়বা (ইমেজিস্ট পোইট্রি) শৈরেং মওং অমা হৌদোকপা পামখি। অদুগা মদুগী ইখিল অদু ইউরোপকী মশক মাইরবা কবি কয়াদগী মখি তাখি। অদুবু কমলনদি, শৈরেংদি অদুক লুনা ইগদবা নত্তে, অপাবশিংনা, লায়না থঙবা তম্নবা অমদি হায়নীংলিবা বাহৈ কয়াদু লৈশি-লৈথে,ন্দুনা কক্তনবা হোংনগদবনি হায়না থনখি —

> "কাব্য হাইনরিবা অসিসু
> উহৌবা, তাহৌবা, কল্পনানা কংবা
> হিরম থরদং লৈতেং হাপ্পুনা
> ইকবতনি পুক্নিং হনা।"
>
> (নির্জ্জনতা)

অদুবু শৈরেং খুদিংমক অদুম্না ইরাই লায়না ইবা য়াবদি নত্তে। উহৌবা, তাহৌবা অমসুং কল্পনানা কংবা হিরম থরদু চপ চাম্নবা

লোল অমখং কন্তহন্নবগীদমক্তা চপ চান্নবা লোলগী লৈতেং ইবাই লায়খা থিব কংলোই। অদুগা, কোকদোয়কপা মতমদস্থু, কবিনা মহাক্না থংগৎপদা অস্তুয়া ফংওই হায়বত্থু নত্রগা মহাক্না কল্পনা অহু অশান হাত্নবত্থু, অথন্নবা লংথাং পরুদা শক্তম লাক্তুনা অমম্ভং থুদম পীহুনা তাকপা তাই।

অহৌবদা হীরম অমদা য়ায়া পুক্নীং চঙবা ইয়কপা, অস্তুম চথরকপা পত্নিং অমা লোইরকপদা, অতোপ্পা নাকল অমদা খঙলৈ লৈথোক্তুনা লাননীত্নুগা তায়োন্নবা কাওবা য়াওনা লোইশনবা য়াওই কমলনাদ, অহানবগীতু অকোন্ন হায়নীংলিবা থব: হায়বা য়ানবগী-দমক্তা য়ায়া মরিক চুয়াইক্লবগী রানি মক ওইরিবদি অয়োক্তবদ মহাক্লা হায়নীংলিগনি খয়হাইন। মহাক্নী 'বিশ্ব প্রেম' হায়বা শৈরেংদা কবিনা নুংশিবগী শুধবু শৈথাহুনা য়ায়া ফজনা হৌরকপদা ইরি। নুংশিবগী মহ্না পামলদি মীৎ, নাকোং লৌশিং পুম্নমক পঙশিনগনি হায়না য়াম্ন থাজবিলাই ওইনা ইরি। নুংশিবহুদমক ভগনি। নুংশিবনা তৌথোরকপা ও থুখেকপ পুম্নমক নুংশিগনি। নুংশিবনা চৈরম্নম কাওবদা হীদাক ওপাবা চাবগুম্না, কেমহুম তেকথংকনি, হেন্না নুংঙাইগনি হায়।

অহুগা লোইরকপদা ইরি –

শনরিক পরেং নুংশিবগী,
হকোক্তুনা নুংশাবগী ওকশমনগী,
য়েক্লবদা শিরবা ফুমলবা,
প্রেমিক কোই নুপাহু অশেংবা। [বিশ্ব প্রেম]

হৌরকপদা ইরম্নিবা নুংশিবগী থম্মোয়বু পুনশুম শুমাংপা ওয়া থাইদগী কল্লবা অমদি মতিক মহাই লৈরবা, চেংলবা লীপুন অহু থমজনা নুংশিনরিবা শাবী শানৌ অনীগী মওংগুম য়েক্লবু নুংশিবা

ঙম্নবদি মতু অশেংবা মুংশিবগি হায়না কবিনা লৌই। মসিমক্তুং তাক্লবা হোৎনবদা মুংশি-মুংওলগী অঙকপা মগুণ কয়া কবিনা নীংথিনা ফোংদোকখি। মসিনা মরম ওইদুনা মহাক্না অকোনবদা হায়নীংলবা য়াকমসি হেন্না ময়েক শেংহল্লি অমস্তুং হেন্না মপাঙ্গল লৈহল্লি। অদুবু অহানবগী মুংশিবদি থম্মোয়দগী হৌরকপনি। মসিদা য়াথল লৌশিং অমদি মীওইবগী অক ফত্ত, অচুম-অরান খন্থনবা য়েসানল শক্তিনা কম্বস্তু তৌরুবা য়ারোই হায়বগী য়ানি। অদুননি লৌশিং শিংলম্বস্তু অদুম পঙশিল্লিবা অদুবু অকোনবগী যেক্লববু মুংশিগদৌরিবসিদি, থম্মোয়দগী হৌরক্কদবা নত্তে। যেক্লবস্তু মুংশিফম থোকই হায়বা অরাংবা ফিদম (আদর্শ অমনা লমজিংদুনা ঐখোয়না য়াম্না পুকচেল চাউথোকপগা লোয়ননা তাইবঙপানবু ইত্তোপ তোপ্পা মীংযেং অমদগী য়েংলকপদা, পোক্লক্কদবা নুং শবনি। মতুদা থম্মোয় শেংনা মুংশিবা তারবস্তু, মতুনা কোয়া লাকদগনি। মবমদি হৌরকপদা থম্মোয় য়াওনা মুংশিরম্লবদি য়েক্লবা হায়বদুস্তু লৈরমগোঁই। অদুগা কবিন পান্নিবস্তু অরাংবা ফিদম (আর্দশ) অদু উংপফাওবদনি য়েক্লববু মুংশিবা ওম্বা অরাংবা যিদম অদুবুনি মহাক্ন 'বিশ্ব প্রেম' হায়রিবসি অদুবু য়েক্লববু কয়ম্না মুংশিহৌ রিবনো, কবিগী মুংশিগদৌরিবনো হায়বনচিংবা সংসারগী মীওইবনা খঙনবা য়াবা, ফিংলিবা, অশেংবা তাইবঙপান্না চংনবা মীরোলদুদি কবিনা থওইরমগ্রে। অনিশুবা মভাংসিদনি, ঐখোয়বা কবি অসি মহাক্কী কল্পনাগী ওইবা তোঙানবা, মঙগী তাইবঙ অমদা লৈরবদৌনা তৌরকই হায়রিবসি। অতোপ্পা মহাক্কী 'নীরব রজনী' হায়বা শৈরেং অমদস্তু কবিনা থাবল ফবা অহিংগী দুগ্ধফেন য়াম্না মরিক চুম্না শিংথারি। অহিংগী মহৌশাগী ওইবা শক্তম থুদিংমক থরায় পানবগুম অমদি মখোল থোকপগুম শৈরেং অসিদা উংলি অদুগা উগল্লবা কবিগী মীংনা থাবল ফরবা অহিংগী থা, থরান্নিচাক্না লৈতেংলবা অত্তিয়াদা প্রকৃতিগী ঈংলবমুত্তি অদু অদুকী মতিক মরিক

চুম্না অমদি নীংথিনা শিংথাক্লে মহুদি কবিগী রাথম্না মপৌশা লাইরেম্বীনা ভাইবঙ শেম্বা মপুবু অঙোবা কিজোল শেত্তূনা ধুপ থাউমৈ থাহনা নৈরুক কত্তূনা য়াকাইরোল শক্কুনা অমদি পুক্নীং চঙনা মীশা পিরাং শিন্থনা খুরুমজবগুম উখি। অচৌকপহু কায়গ্রবদি অত্তক থরায় য়াওবা খুরুম্নবা লাইশোন অহু কায়থিবা ভাবে হায়না নিত্রা লাইরেম্বীনা তেংবানবগু শুম্নংগী দমক্তা (তুমহৈনবগীদমক্তা) তেন্দোংদগী তেল শক্তূনা য়েংহনা লৈখি হায়না কবিনা কল্পনা তৌরি। শম্না হায়রবদা থাবল "ফরব অহিং অসি থ্নাইদগী হেন্না চৌক্রবা অহিংঅম্না ওইনা কবিনা লোনীংলি অহুগা হায়রি।

> অহিংসিদা অত্তক্কী মতিক চিকলবা
> অংকাপ্পা চাক্রবা থম্মোইসিবু ঊংহন্নবা,
> নিত্রা কদাই শান্তি কদাই-কদাই থাবল"
>
> (নীরব রজনী)

অনুতাপ্পা চাক্রবা থম্মোয়দদি, তুম্বা য়াদে, নিত্র লাইরেম্বীনা ফনা শুন্নবম্ব, অসিগুম্বা মৈচাক ফংলবা থম্মোয়দা অচৌকপা অহিং ওইহনম্ব শান্তি ফংদে, অহুগা থাবল ফনা ফবা ওইরবম্ব থাবলগী মীংথল্লবম্ব যংবা তুমদ্রে। শৈরেংগী অহৌবদা য়ায়া চঙথোক্না কবিনা শাংনা থাবল ফবা অচৌকপা অহিংগী দৃশ্য ময়াম থাক্রবহু মতাংসিদা অসিথক্কুং হায়নবগীদমক্তা তৌখিবনি হায়বসি অপাবা খুদিংমক্তা থঙগনি। অত্তক্কী মতিক চৌক্রবা অহিংনি হায়বত্তু হেক কন্না হায়বা য়াবমথৌ হায়রগা, অম্মুক চৌক্রবদম্ব পোথাব ফংদ্রে, অনুতাপ্পা চাক্রবা থম্মোয়দদি হায়বহু ফোঙদোক্লবদি, হেন্না মহেক শেংগনি হায়বহুনি কবিনা উরিবসি। শৈরেংসিগী অরোইবদা অম্মুম্না হায়রি—

> থঙলে অনাবনা তেল জল্লক্রবদা
> অরেম্বনি হিদাক অরেম্বনি সেবা,
> মৃত্যুমুক্তি মতমতনা হিদাক্তি অখোইবা।
>
> (নীরব রজনী)

মসিদদি ইচম চম্না অকনব। অনাবা অমগী মরমদা কায়বদোয়া তৌরে অনুত প্না চাক্রবা থম্মোয়গী মৈচাক ফংলবা, অপাম লুংশি কাযৎরবা কনগুম্বগী মৈচাক্ক থাগুদ্রমা নাবা অদু ওইনা ইরে। লায়রেংবদা ওয়রোইদবা নত্রগা থাগুবদা রায়বা হকচাংগী অনাবনা হেক্তিল্লক্রবদি শিবা নত্তুনা উপায় লৈতে হায়বগুম্না অমথক হায়নীংবদোয়া তৌরে। অং ওইরবদি, ঙসাইগী মকোক্তা হায়প্রিবা, অফিংগী অচৌকপা থাবল অমাদ মক্তৌশাগী ফজবা পুম্নমক্তু মরী ইরে লৈনদবগুম্না, মহুনা কবিনা কোপ্তদোক্লৌংলিবা মপুং ওইবা রারোলহুদা থোইনা মতেং পীবা গুমদনগুম্ন থোক্লে অরে ইবগী মথক্তা পীরিবা পরেং অছমসিগী হেক মমাঙগী পরেংশিংদা পীরিবা অনুতাপ্না চাক্রবা থম্মোয়গা অজৈংবা কংদে হায়বহু ফাওবদি, শেরেংগী মকোক্তী দিস্তুপসনগা চামরি হায়না লৌবা য়াই। মরমদি মহুনা কন্ত্রাক্ট অমা ওইনা থম্নগা, কবিনা হায়নীংবহু ফাওদা হেন্না মহেক শেংনা হায়বা গুম্নী। অদুগা অরোইবগী পরেং অছমসিগা শঙ্খল্লগা পুন্না য়েংবা তাবগনা অনাওবু অনুতাপকী মৈচ কী অনাবনি হায়না অর্থ হন্না তাই।

তাইবঙপানবনু শেম্নীরিবা শকউদবা অমদি থগুবা গুমত্রবা শক্তি কযাক্তগা ঐখোয়না কায়দা শরি লৈমন্নিবগে হায়বহু ঐখোয়মা, মীংনা উগা মাকোংনা তাবা খুংনা শোকপা ওম্না, মহাও তংবা য়াবা, মরম মম্ন য়াবা অমদি ঐখোয়গী কাম্নাংশিংমা (কেন্স) ফাওবা চম্না অশেংবা তাইবঙপান অদুনি। অদুনু কবি কমলনা, মহাকী শৈরেংশিংদা ঐখোয়না থগুনরিবা তাইবঙপান অসিগীম্নু রাংমদা চংলুই। মহাক্তা, মহাকী কল্পনাগী শক্তিশিংদু মপুং ফাবা কোপ্তদোক্রবা হোংমবদা, ঐখোয়গী হকচাং কায়াংনা ফাওবা গুম্না অমহুং থঙনরিবা পুম্নমক্তু, খুংলায় অমম্বুং পাম্নে ওইনা শীজিম্ননবা হোংনৈ। মরম অদুননি, মহাকপু রোমান্টিক কবি অমনি হায়না লৌনরিবসি। অদুবু কমলদি কবি কবিগুম্না মভাংদা

মশামক্লন্থ্ খঙজদনা মঙোল্দা কাওব্রিবা বন্নাগী অকনবা শাক্তু অহ্নুনা য়ৈহুনা, ময়ায়া উনব্রিবা অশেংবা সংসার অসিগী বাংমদা লৈপ্রবা অমগুম্না তৌরকই অমস্তুং মহাক্কী কল্পনা অহু শক্তম লাকপা ঙম্লক্তে। কবিনা হায়মীংলিবহু মতমহুদা অসিগী হায়বনি হায়বসি, অপাবশিংনা অমুক হন্না কল্পনা তৌবা তায়কই। কবিনা ইরি—

কমানস্ত খংদবা পুক্লিংগী স্মৃতি,<br>
কনানস্ত যৌদবা লমদমহুদি,<br>
ভিন্নসন্ন কনামস্থ্ খংদনা,<br>
'মাংদবা' ওইসনু মতম লৈবা খিবিক্তা।

( মাতৃ তর্পণ )

অহুবু মহাক্না ভাবনা শাবা তাইনঙপান অমদা লৈবা ওল্লীবহু মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা অশেংবা তাইবঙপান অহুবু মুম্না য়েংবা অমস্তুং শঙবা ংম্নবা হোংনবদগীনি হায়বা তাই। ( কমলনা য়ায়া পূক্লীং চংমা অমদি নুংশিনা মহৌশাগী [ প্রকৃতি ] শক্তম কয়াবু য়েংখি। মহাক মমিং অমস্তুং মনা য়ায়া শিংবা কবনি। মহৌশাগী ফজবা ময়াম, চীং, পাং, তুরেল অমদি উমং-রাম'নচিংবদা মুম্না য়েংবা ঙম্বা অমদি মহুদগী খোরকপা খোঙ্গেলশিংহু মুম্না ত'বা ঙম্বা অমদি অদুগুম্বা খোঙ্গেল'শিংহু থরায় পানবা মখোল ওইনা লৌবা ংম্বা অমস্তুং আত্মাগী খোংম্নাক ওইনা পুখোক্লবা হোংনবা কবিনি। ইংল্লাণ্ডী কবি কীটস অমস্তুং রাউস রার্ড কুম্বা কবিশিংগা চাংদম্নবা যাবা কবিনি। অদুগা অদুগুম্বা মহৌশাগী ফজবা শক্তম অমাদ নী থবা খোঙ্গেল অহু মীওইবদা মতমচম্লদা পাওজেল অমা পীবগুম্না উবা ঙম্বা কবিনি। অদুগা মীওইববু য়ায়া নুংশিবা মানবা হায়বদি মীওইবগীদমক য়ায়া থনবা মতাংস্থ য়াওই। অদুনদি মহাক্কী শৈরেংগী থিওরি অসি প্রকৃতি অমদি মীওইবগী লৈনরিবা অচেৎপা মরী অহুদা অয়াম্ব মতমদা মুক্ষম ওইরগা শাগংপা মাগ্নি।)

—০—

# অহমশুবা শরুক

## (কমলগী মাধবী নৈনবা)

### (ক) মাধবীগী মীংথোল :—

ডাঃ কমলগী উপন্যাস 'মাধবী' গী মরমদা সাহিত্যগী লমদা নৈনবা হৌনদি থিজিনবা মীওই কয়ানা লোঙ্ঙান তোঙানবা মত কয়া পীনরি, পীনরকখিগনি। মনিপুরী সাহিত্যগী লৈকোলদা মশেক মঙাল চাওনা থাম্লিবা উপন্যাস অসিগী মগুন থোইনা থাগৎনবনা হেনগৎলোই, থোইনা ওন্থরবনম্ব হুত্তরোই, মাধবীদি 'মাধবী' ওইদুনা অদুম লৈরগনি। নহা চহুল ক্ষাং নিজাংশ যদনা মাধবী পাক্নবদা অনৌবা ইফুৎ অমা থম্মোয়দা হৌহনবা অদুদি নতনচুপ্পনা লেংহনা লৈহৌনগনি। কমলগী দাননি মনিপুরবা সাহিত্যগী মঙ্গলনি।

'মাধবী' উপন্যাসকী মু শিংবগী ঈরোল থংহোদনা মাধবীগী পুকচেল হোংবদা ঈরোঙ অনী ফাওলকখি। অহানবা ঈচেলনা লোইবা থম্বা নাইবা মীওইপোক্কী ওইবা মুংশি পন্থংদা ঈচেল থমখি অদুগা অনিশুবা ঈচেলনা লোইবা থম্বা নাইত্রবা ঈশ্বরগী (স্বর্গগী) ওইবা মুংশি ঈপাক্তা তিনখি। উরীরৈ অমদি বীরেন্দ্রসিংহগী থম্মোয় কয়ানা পামজনা খোয়দাজরবা মুংশি য়ারীনা অচানবা ঈচেলনি। মাধবী অমদি বীরেন্দ্রসিংহগী থম্মোয় কয়ানা লাপ্পা থাগত্রবা যাদদুনা থাগৎলবা মুংশি য়ারিনা অনিশুবা ঈচেলনি। উপন্যাস অসিদা ঈচেল অনীমক থম্বাংননা চেল্লবহ

মাধবীগী মুংশি ঈচেলদি নৈমুং ঈচেল ফালগু গঙ্গাগুন ঈংগাফংদা চেল্লি অদুগা উরীরৈগী মুংশি ঈচেলদি মন্দাকিনি গঙ্গাগু। তাইবং খংনা ঈরাং খোলগা লোয়ননা চেল্লি। মহুং অনৌবা মপানগী তোঙান চেংদানবা শক্তমশিংনি। (থাজনবগী মচুংই ), দুর্গগী ওইবা মমুংচু ইদা ঈশাগী হায়বসি দরকার নৈত্তে অদুগা মচুগী ওইবা মমুংঙাইদনা ঈশাগী ক নাসিনা খাইদগী হেন্না মরু ওই। মধবানা মশাগী ওইবা মুংশি পম্মু অদুবু তুংওইনদুনা ময়ানগী সেবাগীদমক্তা মপুনসি কথোকপা পানখি, মশানৌ ধীরেনবু রাখল অসিনা লমজিং ওইদুনা তরাইনা থাদোকখি ৷ অদুগা ঈশ্বরগী মফমদা মহাক্না পামজবা পাক্লম অদু ফংজনবা পাক্লম পীনবীয়ু হায়না নিজখি —"হে দয়াময় হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবী পুক্নিংগী পাঙ্গল শোল্লবী অন্ধবিশ্বাসকী কায়ম্মা য়োমদুনা পোল্লগী অবস্থা সমাজগী মচুংদা স্বার্থত্যাগকী মহাল খজিত্তং উংনবা পাঙ্গল পীবিয়ু।" জগৎকা ওইবা মমুংশি অসি ফংননবা মশাগী ধীরেনগী রাখল থাদোকপা তাখি মাধবী থৌনা ফনা থাদোকখি। অদুগা উরীরৈগী মুংশি শক্তমাক চুম্বগী চৎনরিবা মুংশি লম্বাদ লমাইগী পম্বং অদু ফংননবা গম থেংনা কথোকপনি। ধীরেনগীদমক্তা মহাক হিংখি, থরায়না পোথা ওইদুনা ধীরেনবু ফংননবা ঈশ্বরগী মফমদা নিজখি ঃ —

"পোক্লিয়রগা নৈগী তাবা
শাংচগে নোংখাক অমদা
পোক্লিয়রগা উচেকী নংখ্রক
তোংমিয়জগে উশা খুদংদা
হৌমিংরগা পাম্বী ওইনা
য়েংচগে উরী ওইদুনা।"

ধীরেনবু ফংজবদি হিংবগী করিস্থ কায়দে হায়না উরীরৈনা খল্লি। উপন্যাসকী 'উমংদ উরীরৈ' হায়বা মতাংদা, মতম কুইনা মশুলাংগীদমক্তা

অরা কোঙ্গাই নংলগী অমদি খাংজরক্লবী উরীরৈ, বীরেননা মহাকপু
নিংশিংবিদনা রাজেন্দ্র কবিরাজগী মচানুপীগা। লুহে ংলগনি তাবদা রাস-
মণ্ডলগী ঈয়াইদা মথন্ত মাংজখিনবা থৌরাংখি -

"ইমা ইপাগা খাইনরবা নিংজরিদা লাইনা চানবিক্লবা ঐগী পাপ
চেনবা হকচাং অসি পুত্থনা তাইবংপানদা পানবগী করি কাম্নগনি, হে
গু সমগুল! নংগী ইংলবা গর্ভদা চোংথত্থনা ঐগী চ'ক্লবা থম্মোয় অসিগী
মৈচাক মুৎলগে।"

অসুম্মা নুংশিবগীদমক কয়াদা লময়োনা ক'থোক্লবা থম্মোয়নো ?
অন ইগী ওইবা নুংশিবগীদমক্ত উরীরৈগী ক'থকপা অত্থগা নয়ামগী
ওইস নুংশিবগীদমক্ত মাধবীগী ক'থোকপা - বথোক্লবা থম্মোয় অনীগী
থোংনৌ থাগংনিঙাইনি, জগৎনা তমজনকমনি। হৌরম খুদিংদা লময়োবা
ঢায়না অসি খাইদগী নরুওইবা মায় পাক্লবগী মচাকনি।

উপন্যাস অসিগী তাংকক ২৬কী মমুংদা তাংকক ৬ খক্তদা মাধবীগী
ননদা পাম্নি। উরীরৈবুনা লেমহৌবা তাংকক্না পাম্নি, মাগী মরমদা মপুঙ
ওইবা থৌদোক কয়া য়াওরি। খত্থবু মাধবীগী থৌজাল, মত্তেং য়াও-
নমত্থনাদি উরীরৈনি খাওডম্মা লৌইবম্বা যাই চ মাধবীগী অরাংব, স্বার্থ-
ত্যাগকী রাখলগী লমক্তনা উপন্যাস অসিগী য়াংলেন শরু ওইত্থনা লৈরি।
উরীরৈগী নুংশি লীলাদি মথক তথক্লবা হকচাংগী কয়াৎকা পাংথক্লি।
শম্না ত'যবদা উপন্যাস অসিগী হকচাংনা উরীরৈনি অত্থগা থবায়না
মাধবীনি।

উপন্যাস অসিগী হৌবদগী লৌইবা ফাওনা ঈপোম হৌনা চেত্তরিবা
নুংশি ঈচেলদা নায়ক বীরেন্দ্রসিংহ অমদি নায়িকা উরীরৈ অনীনা লাইজ
লেমলৈগী পাংথকনম; বীরেন্দ্রনা লাইজ ওই, উরীরৈনা লাইজ য়াও-
দনা লৈওমদবী লৈরৈ ওইত্থনা নুংশি ঈপাক জম্না চেত্থরি। হৈবোক
চীংগী লৈকোল অমদগী কৌরগা খুদোংখিরবা উরক-রারক কয়া ফাওত্থনা

তাংথক নাইদনা চেন্থরকপা ঈচেলগুম-উরীরৈনা, অঙকপা লুহোংবদা নৈপরে মথুত্তা পায়তুনা মফম খঙহৌদনা পামজবা বীরেন্দ্রগী ওকশমদা হুকচতুনা মুংশি ঈপাক্তা ঈক্কিনজখি। প্রেমিক প্রেমিকা অনী বাক্কনী কামিন্নৈ, অন্নাবা কয়া, খুদোংথিবা কয়া মায়োক য়ামিন্নখি। মীনা নীংখনা অমা লাইনা তম্মনা অমা থোকহনিংদবা কয়া থোক্লকপা অঙকপা নত্তে। বীরেন্দ্রসিংহ লংফৈদা লাইরিক তম্বা চংখিতুনা উরীরৈবু মপাং শেংনরবী ওানু থাঙ্গোংগুম মীনোক চাউরবা সনাজদা মথন্তা নাইতোম থম্বীরম্নে। ফত্তবা রাখলতনা সমজিং ওইরবা ভুবনগী অপাম লাংগী কলক মীংয়েংদা উরীরৈ তাখি। বীরেন্দ্রবু মথম্মোয়দা লাচ্চতুনা অরা কোঙ্গাই খাঙজবী মমা-মপা, মযুম-মকৈ থাদোক্লনা নোর্জানবী মুজা অমনা খাঙবদা ওমফদ্রব রারবা চৈনা কয়া খাঙখিবী উরীরৈনি। ফত্রবা ভুবনগী শরোদগী নাম্থোক্লনা মতা মাধবীগী মীংয়েং মখাদা ওংদা চাবা মচেৎ তুম্বা মচেৎ কয়া খাঙতুনা মুপী ওইবীগী ওইনজবী, থোং নোজবী রাখল-লীচং থাদোক্লনা মথম্মোয়দা অহিং মুংথিল নাইদনা লাচ্চারবা প্রেমদেবতা বীরেন্দ্রসিংহবু কায়নথদা ফংজখি। উরীরৈ মগ কাবগুম পেজ্জখি, মহাক্কী হোংনজমল মহৈ য়ানখি। উরীরৈগী নিংজবা পান্দম অমগীদমক তৌখিবা ত্যাগ অসি অতাংবনি নীবমলেনগী থাইদগী অম্বাংবা থাক্তা নৈকম থোক্লবা মুশিবগীদমক্তা তৌখিবা অবা মুংচাউগী পাগনি হায়না লোৌবা য়াই। তমজনফমান, থাগৎনিংতাইনি।

ইকাংলক্রবা ঈচেলগী শক্ষম্নবিবী মাধবীগী মুংশি ঈমায মশানৌ ধীরেন্দ্রসিংহগী মুংশি বাখল থাদোক্লনা জগৎকী সেবা তৌনিংলকপা মতাংদগী হৌখি। মতা উবীরৈগী অবা অনা কয়াদা তেংবাং পীতুনা মুংশি পঙ্কংনহনখি। অত্তুমকপু মশামক্তি ওইনদি নহা ওইরিবী মুজাগী থম্মোয়দা ধীরেনগী মুংশি মমি অহানবামক্তদা তারম্নবম্ভ খঙহৌদনা থম্মোয়দা কম্নিগুম্বা থৌইনশিন অমনা জগৎকী ওইবা অপাকপা রাখল অমা

লাক্কনা, শাবী-শানৌগী পুক্সিং হুরবা শংবাব্রবা অজিত্বা য়েংকোয়দা ইথোঙ-খুম্না লাক্লবা অমুবা নোং পুবা লৈচিননা পুমকুপ কুপশিনখি থইজ ওইথক্কি রাথলনা মপুং ওইনরবা য়ারবা জগৎ অসিদা অনৌবা অমৃত ইস্রিক য়েন্নবা পামজখি। (নুংশিবগী লৌনম তৌবা নত্তে—লাক্কশিনবনিং জয় তৌবনি।) বীরেনবু তুগইনবা থগতুনা ঈমেংদা ফিজেং চাকচা হোংহুনা সমাজগী য়াইফ য়াথল খন্দনা পুন্সি লেনবা হৌথি। ধীরেনবু মহাক্না নিঙশিংলকপদি থম্মোয়গী থুম্নবা কাচিনগী অশোনবা মীকুক থরদতনি— মহুমক্না অচেংপা বাশক অড়ুম থুগাইবা ওনখিবদি নত্তে। অরোইবা মতাংদা ধীরেনগী লুহোংবগী পাউ শাবদা নুংনাঙবা মায়থোংগা লোয়ননা লৈ পরেং লেংলম্লবস্তু, মহাক্কী স্বার্থত্যাগকী লৌচিং অতুনা কনখিবনা পামক্তব পন্থং তান্না ধীরেনবু থাদোক্কনা মদোম চংচনবা থোরাংখি —চংচখি। অঙকপা থোদোকনিং নৈত্রবাক্কি ইতিহাসতা অমুক্ত থোকখি— দ্রিবা মওংনিং কয়াদা পাক-চাউরবা কবিগী বলপনানো অনৌবা য়েথেলনি অনৌবা দানমনি।)

'মাধবী' উপন্যাসকী চরিত্রশিংগী মনুংদা উরীরৈগী চরিত্রনা থাইদগী হেন্না পাক চাওই। য়ারীগী মপুং ওইবা থোদোক য়াথোক খুদিংমক উরীরৈগী মরমদা ওইনা অতুগা, অতৈ চরিত্রশিংনা মহাক্কী মতেং পাংবা ওইনা তৌই। বীরেন্দ্রসিংহগী চরিত্র থোইনা মরু ওইবা নত্তে চুমতগী তনৌরীবী মুঙ্গা অসিগী হকচিনবা মুংশি চাওয়েংগী মুংশি পুঙবা ওইজ-বগী য়াতনি। বীরেনগী মফমদগী উরীরৈদা করম্বা শীংথানিংঙাই ওইবা দান পীথিবগে—লাইমে চাকপগী মতাংদা, মহাক নংলমদ্রবস্থ কনাগুম্বা অঙবা মী অমনস্থু কল্লমগদবা উরীরৈনি, মসি নত্তবা অতৈ করি লৈরি। অসুম্না বীরেন্দ্রসিংহ, শশী, ভুবন, নবীন, থম্বাল অসিনচিংবা চরিত্রশিংসু মচেৎ উরীরৈগীনা মপুং ওইবী উরীরৈ নমহুনা মিংথোল ওইনিঙাই করি লৈ। উরীরৈগী তুরারিংবা বীরেন মুংশিবা মনুংগী মশক করিনা তাকই?

মাধবীগী লিস্থপ্রবা ধীরেন মুংশিবা মন্নুংশিনা। উরীরৈগী মুংশিবিরে হৈং মুংশিবিদ্রে হৈ ঐদি নঙবু মুংশিদবা ওয়জদে হায়বা ধীরেন মুংশিবা মন্নুংশিনীমচু করিনা লোকই ? মাধবীনা নঙনা মুংশিরে থম্মোয় লাম্থোকনি মুংশিরে থঙদনদি লাম্থোকপা ঙম্লোই হায়বা ধীরেন মুংশিবা মন্নুংশিনা মাধবী উরীরৈগী তায়োম্নবা শককনি। মাধবীনা উরীরে নমহুনা মিংথোল ওইহনিঙঙাই করি হৈ।"

সাহিত্যকার অসিনা মাধবীগী মিংথোল শোয়বগী চর্চা মখা তানা তৌরি— "মাগী খোঙজেনা হুরন অনী চিংলকপদা অমনদি ঈখোঙ রাংনা ঈপাল ফনা হৌরকপনা মুংশি ঈপাক পনথুংনগদবা উরে অদুগা অমনদি ঈখোল নেমবা ঈচেল শোননা হৌরকপনা লম্খাঙদা ঈতং ঈথম্নগদবা ঊ, অশোনবা ঈচেল মঙোন্দা স্বার্থত্যাগকী ঈনোং অমা হাপ নৌনা ঈপাল ফুগংহনগে, হুরন পাক্না চাউনা শাংনা চেলহনগে থৌরাংবদা শোয়বনি।" মুংশি লীলাবু মপুং ফাহন্নবা শেম্বা চরিত্র ঙাক্তনি হায়না লৌবা য়াই। চরিত্রদস্ত নত্তনা থোৗদোক রাথোক অমদি রারীগী পরিংদা য়েংলবস্থ অদু মঙাই উরীরৈগী মরমদা ঙাংনবা শোম্নবা নত্তনা কনাগী মরমদা মরিক চুম্না য়েকলমদে। তুংশেংনমক উপন্যাস অসি মপুংদা য়েংবা তারবদি নায়িকা প্রধান উপন্যাস অমনি, শৃঙ্গার রসনা লেপ্তুবা ঈচেল ওইনা কাচিন কোয়া থুংনা চেল্লবা।

উপন্যাসকারনা করিগীদমক্তা থাইদগী মরুওইনা শেম্লিবী চরিত্রা উরীরৈদা রারীগী মীংথোল পীরমজিবনো ? করম্বা রাথলনা লমজ্জীং ওইদুনা মতেং পাংবগী শক্তম লৌরিবী মাধবীদা উপন্যাসকী মীংথোল পীরম্লিবনো ? থম্মনিংঙাই ওই, নৈননিংঙাই মশক্নি। হীরম অসিগী মরমদা নৈনরিবা মনিপুরী সাহিত্যগী সমালোক থরগী মত য়েংবা দরকার ওই। মরন অদুনা মখোয়গী তোঙান তোঙানবা মত থম্ব মখাদা পীজরি —

সাহিত্যকার অশাংবম মীনকেতন সিংহগী মত মতুং ইন্না মাধবীগী মীংথোলগী মরমদা অস্নুমা হায় —

'মাধবী উরীরৈগী তেংবাংবীনি। তেংবাংবী মাধবী মথক্কি রাফম অসিদগী সাহিত্যকার অসিগী মত মতুংইন্না 'মাধবী' থোনবগী মতুং 'উরীরৈ' খোনগদবনি হায়বা ফোংদোক্লি। উপন্যাসকারগী চেকশিল-হৌদবা মিকুপপু (রাখলবু) নিন্দা তৌরি।

অদুগা অমুক কনাগুম্না থরগী মত মতুংইঃ। উপন্যাস অসিগী মীংথোলগী মরমদা অস্নুমা মত পীরি —মফম নত্রগা শরুক্তা য়ামজত্রবস্তু থারীদা অনৌ অনৌনা থুনীং থেক পুশিল্লকুনা রারী মপুং ওইনা থারীগী কত অনিবু লৈতুনা পুখিবগী রাফমস্তু লৈতে। রারীগী য়াংলেন শরু ওইনা হৌদগীনা পোনলাই ফাওবদা পুদুনা চংপগী মরু ওইবা রাফমস্তু উরে। অদুনা নায়কা ওইনা লৌরুবা য়াদে। মাদি মপুং ওইরিবা উরীরৈগী তেংবাংবী অমা ওইনা মতাইদা তোপ্পা লৈজবনি। উরীরৈবু কনখি মা লৈরমত্রবদি উরীরৈগী পুন্সি লৈরমলরোইদবনি হায়না তৌররবস্তু লৌমননা থোকই। মরুপগী মথাই কনবনা রারী মপুংগী মফম মুনবা য়ারোই। অদুনা মরুপীনা মরু ওইবা পাত্র ওইনা থম্মবা উপন্যাস অসিগী নায়িকাদি উরীরৈনি মাধবী ওইফম থোক্তে। য়াম্নবদা মাধবীদি তেংবাংনবা পাত্র ওইনা লৈবা তাবনি। অসিগুম্বা তেংবাংবা পাত্র অমগী মমিংদা উপন্যাসকী মীংথোল ওইবদি চরাম্মা ওক্লিংঙাই ওইদে। পাত্রদা থোনবমক থারবনি উরীরৈদা থোল্লগা কৈ মাধবী লৌশিনগে হায়রবস্তু অকারবা থাইনা লৈবা নত্তে — "উরীরৈ-মাধবী" হায়না থোল্লগা য়াই ............। অসিনচিংবা মথল মথেলগী তোঙান তোঙানবা মত কয়া মাধবীগী মীংথোলগী মরমদা পীনরি। মপুং ওইনা মথোয়গী মত, উপন্যাসকারনা উপন্যাস অসিগী মমিং 'মাধবী' থোলস্না

অসি পামফাম্ববগী মওংদা উবা ফংই। 'উরীরৈ' নত্রগা 'উরীরৈ মাধবী' হায়না খোম্লিংবগী মত লৈ হায়না লৌবা তাই।

অদুবু ঐখোয়না খল্লিংবদি কমুলগী মাধবী করম্বা পান্দম অমগী-দমক্ত ইরম্লিবনো হায়বসিনি। জগৎ সংসার অসিদা করিগুম্বা পান্দম খর ফংননবা মখল মখা অয়াম্বা পাম্বৈ শিজিন্নবা য়াই। উপায়শিং অসিগী মরুওইবা খোইদোক হেন্দোকনা লৈরবস্থ মদু পাম্লিবা পান্দম অদু ফংননবগীদমক্তনি। শ্রীকৃষ্ণনা করিগীদমক্তা অরা-অনানা থম্লবা মহাভারতকী লাম্জাও শোরুহন্দুনা জীব কয়াগী থব্রায় মাংহন্দুনা নপা-মচা য়াম্লহন্দুনা অরাজকি থৌদোক অসি থোকহনবা পামখিবনো? মসিগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুনদা অস্রম্মা হায়খি :—

যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত॥
অভ্যুত্থানম ধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম॥ ৭॥
(শ্রীমদভগবদ গীতা; চতুর্থ অধ্যায়)

(অর্থ — হে ভারত! ধর্মনা ময়েং হেক হেক তারকপা অমদি অধর্মনা চাওখৎলপা মতম অদুদা ঐনা ইশাবু শেমজহনা থোরকই॥ ৭॥

অস্রম্মা শ্রীকৃষ্ণনা অধর্মগী শক্তম লৌরিবা কৌরব অমদি মখোয়গী মতেং পাংবশিংবু ধর্মগী শক্তম লৌরিবা পাণ্ডবশিংগী মতেং পাংহনা মরু ফংনা মাঙহল্লম্মি। পাক চাউরবা মহাকাব অসিগী পান্দমদি অধর্ম্মবু মাংহল্লগা ধর্ম্মবু কনবা হায়বা অসিনি। অচুম্বগী জয়নি। মরম অসিনা মহাভারতকী থ্বাইগী মরু ওইবা চরিত্র ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণগী মমিং লৌহনা 'শ্রীকৃষ্ণ লীলা' হায়রনদনা 'মহাভারত' হায়না খোলম্লিবা অসি অচৌবা পান্দম অদুগী মরমদনি। পান্দম অদু ফংননবগীদমক্তা তোঙান তোঙানব চরিত্রগী শক্তম শেম্বা সাহিত্যগী বিধানি, চৎনবীনি।

মরম অসিনা কমলনা উপন্যাস [illegible]দা বিশ্বপ্রেমগী মমকম ওইরিবী মশাগী ওইজবা থাদোক্লবী মাধবীগী মতি[illegible] [illegible] [illegible] [illegible]ক চাউবগে হায়বহু ময়েক শেংনা উৎননবগীদমক্তা ললাইগী [illegible] [illegible] নুংওলগী ললায়োবী উরীরৈগী চরিত্র অসি শেমখিবনি। মুমিং [illegible]শকুম লংলবী মাধবীগী শক্তম অসি তশেং তশেং উৎননবগীদমক্ত ইং[illegible] [illegible]লবী মেরাগী পুনিমাগুম্বী উরীরৈগী শক্তম য়েকখিবনি। অদুগা পা[illegible]জবা পান্দম অমগীদমক শেম-খিব। মাধবীগী চরিত্রবু হেন্না মীনুংশি [illegible]কখি, মশাগী ওইজবা থাদোক্লবী নুজা অসিবু উপন্যাসকারনা সমাজদা খ[illegible]জনমু হায়বগী ম[illegible]ওম —

'ধন্যনি মাধবী নংগী থৌরাং [illegible] চাম্মানিপালগী মতৌগুম্না [illegible]লনা নংগী থম্মোয় মনুংদা অজগী [illegible]তৌগুম্না বল্লবা পুকচেল অসি [illegible]লাংলিবোই।'

কয়াদ ফজন্নবা, কয়াম থম্মোয় শুগহুৎনিংড়াই ওইববা রাখলনো? অসিগুম্বা জগৎকি ওক্তবা পাক চাউরব। স্বার্থত্যাগকী রাখল অসিনি কমলনা সমাজদা উৎনিংলিবদি। [illegible] তসিদা চেন্নিবা ঈচেলমু অসিনি — কমলগী অপাম্বদি মাধবী[illegible] [illegible] [illegible] সমাজদা থংহন্দুনা [illegible]জনযম ওইরবা শক্তম অমা [illegible] [illegible]সিনি। তশেংনমক কমলগী নিংজবা মহৈ য়ানখি হায়ম। লৌবা [illegible] [illegible] অসিনা উপন্যাসকা-রগী অপাম্বা পান্দম অমগী মতুংইন্না [illegible] 'মাধবী' হায়বা মীংথোল অসিমক মতিক চায় হায়না খল্লি। [illegible] মনিং অমা থোলম্ব তার বদি মাধবী হায়বদা কাউবা ওমদনা থম্মোয়বু শুগহুৎনা থম্মিনা শুগংহয়ই অসিমক [illegible]ওননদবা রাই।

* * *

অসুম্বা মশামক বীরেনগী মকমদা কথোকখি, মশাগী ওইবা অতোপ্পা অমা থাকহৌবা লৈতনা থাদোক্লবা থম্মোয়নি। নুংশিবগীদমক্তা অথাকপা লৈতনা থাদোক্লবা উবীরেনি। অদুবু লাইবক থীবনা মশাবী বীরেন্দ্রনা মীরৈবাক্তা মহৈ তম্না চংশ্রবদা উরীরৈগী থম্মোয়দা হায়নিংঙাই লৈতনা অবানগী চৈথেং কয়া লাক্লনা মশামক লেপচবা ওমখিদে। অদুবু বীরেনবু অমুক হন্না উজবা ফংলকখিগনি হু মুবগী অল্লাদা উরীরে হিংখি। বীরেননা নংথৈফেদা চংশ্রনা মতুংদা নুংশি মৈচাক্লা ওাওরবী থৈরীবি চাদ-থল্লনা অবা কোপায মায়োক্লদুনা মপুন্সি লেপ্পখি। বীরেননা লংথৈ চংলমদাইদা হায়রসগী নতু ইম্মা থেংলবা অহিংগী মতমদা পুক্নি মপালগী লৈহাও পাম্বীদা শকথাদবী চৈক্লানা থোংবা তাবদা অকি অথঙ লৈতনা কোকিল ফাগনি হায়না খোরকই। কোকিল ফামবগী চমক্লা লৈহাও পাম্পা কাখিবা অমদি খোংকুম নান্তদুনা চিশিংদা তাদুনা ইরাক্খিবা পুন্নমক বীরেনগী নুংশি রাখলদা কথোকখ্রবা মশাগী অত্তা অমা অকিম্পাখং থাদোক্লবা থম্মোয় ওইবনা খুংনি।

'লৌথংপা'গী মতাংদা ভুবনগী কাবুনা মপু লৌথদুনা উমংদা পুশিন্দুনা ঞ্জান তাহল্লবা মতুংদা ভুবনদ লৈই হায়বা যাম্রবদি হিঙনা মটম খোক্কনি হায়বনচিংবা অদিবা যংরম পাঙাং কয়া তারবদা উরীরৈনা হায়খি —

"হরানবা! নবুংঙো অমা লৈরি হায়বা খঙনা খঙনা করিগীদমক ত্রেবু কারিবা? শিগদুনি হায়বা কিদুনা ত্রেগী পুকচেল চেংগনি থনবা শারিব্রা? ..........' অসুম্মা গত্তি লৈতরা মতমদা ফাওবা বীরেনগীদমক্তা শিবা কিথিদবা প্রেমিকা অমনি হায়বত্তু ময়েক শেংনা উবা ফংই। মরাইলক ফবদগী মাধবীনা মহাকপু কনবিখি। উমংদা মতম থরু ভুবনগী কৈনিংচিত্তগী নাম্থোক্লবা লৈখি। অসুম্মা বীরেন মশুংলাংগীদমক্তা চাদ থক্কনা উমঙদা লৈদুনা নুংশিরবী মনা অমদি সমাজগী কায়না

মৈশা অদুবু অদুম মথাঙখি। বীরেনগী মুংশি রাখলদা অঙাওবীগী পান্দমগুম লোল থোক্লবী লৈহাও লৈরেন পাম্বীদা পিরাংগা ঈরোয়নবা হংজখি—

"হে লৈহাও লৈরেন পাম্বী নঙদি অরাংবা উপালনি, পাম্মুববু উ লাকপ্রা ?"

অসিদসু নত্তনা রাসমন্দলদা মথংলেনগী অরাবা ফোঙদোক্লই। শ্রীমতি রাধিকানা তায়োনগী ময়মদা লৈত্তনমু মথাইদি শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা লৈখিবনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা অরাবা মৈচাক কয়া ওয়-থোইনা থাওজখি। চাদ থক্তনা মবুংঙোবু নিংজবগী মনাক মমৈথংদা উপায় লৈত্রবা ভক্তনা খুদুম চল্লবা শ্রীকৃষ্ণমক্ত শ্রীমতি রাধিকাগী মফমদ —"দেহি পদ পল্লব মুদারম্" হায়বা য়েনা হায়জরবখি। কয়াদা বাংগ্রবা ভক্তিনো ? প্রভু ভক্তিশীলমক্তা উরীরৈনা বীরেনবু মুংশিজবগীদমক্তা থাওজখিবা অরা মৈশা অসি শ্রীমতি রাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা থাওজখিবা অরা-মৈশা কয়া অদুদগী করিমত্তা হৃষ্টরোই হাযনা লৌবা য়াই। অমরোমদা হায়রগা শ্রীমতি রাধিকানা শ্রীকৃষ্ণবু ফংলবত্ত য়াই ফংদ্রবসু য়াই অদুমকপু মহাক মশামক্তি মবুংঙোগী চরন্দা থগাই হকচাং ভুনা কংচরবনি হায়বা থাক অসি য়েনা মুংশিখিবনি অমদি মতুগীদমক্ত মশাংগী ইকায়-ইকি অরা-অনা পুম্নমক অথাকপা লৈত্তনা থাদোকচখিবনি। অদুগা উরীরৈগীনা থাদোকপগী চাংদা শ্রীমতি রাধিকাদগী শয়া মফে অমত্তা তাবা লৈখিত্রবসু, মহাক্কি পান্দমদি বীরেননি—বীরেন ফংদবা যাদে, বীরেন থুংনদবা য়াদে; বীরেনবু ফংত্রবদি মহাক হিংনগী কারবা লৈতে, মহাক্কি পুন্সি বীরেনগীনি, মহ কী পুম্নমক বীরেনগী পুমওই ওইশিনক্রবনি।

উরীরৈ, বীরেনগীদমক্তা পুম্নমক থাংবা ঙমই। মম। শিবগী পাও তাবদা মহাক য়াম্না নুংঙাইখিদে। অদুম ওইনমক মহাক হিংখি, অদুবু বীরেননা

অতোপ্পা মগুং মমাঙবী অমগা লুহোংগ্রগনি হায়বগী পাও ফংলবদা মহাক হিংবগী আশা লৈত্রে, রাসমণ্ডলগী ইরোংংনা মথ্বাই থাদোক্লে থৌরাংখি—। মহাক্কি মথ্বাইগা বীরেনগা চাংদঃবদা মহাক্কি মথ্বাইনা নেম্বনা হায়বদি মহাক্কি মথ্বাইদগী বীরেনবু থংশিবনা হেন্না লুম্বনা মতোমতা শিজগে হায়না খনখি —

"......... নিংজরিবা লাইনা চানবিস্রবদা ঐগী পাপ চেন্নবা হকচাং অসি পুন্না তাইবংপান্দগী কনি কান্নগনি। হে রাসমণ্ডল নওগী ইংলবা পীঙলা তোংথত্তুনা ঐগী চাক্লবা থম্মোথ অসি নৈচাক মৎহল্লগে।" "হন্দক্কি মপোক্তদি মাগী খুযা ফংত্রে, হযেংমক্কি মপোক্তা ফংজগে।" অচুম্বা মাগী আশানা বীরেন ফংগনি থাজবদা মতোমতা শিজগে থৌরাংই, মরমদি মহাক্কা বীরেন ন্নওনা অতৈ অমা সংবারদা ঈব ওমখিদে। বীরেননা মহাক্কি থম্বাইনি। মহাক্কপু অমুক্তং ফংজরকখিগনি হায়বগী আশাতনা উরীরৈনা জগৎকী অবা-অনা পুম্নমক খাংতুনা লৈবা ডমখিবনি। অতুনা উরীরৈগী মফমদা থংশিবগীদমক্তা মপাগী ওইব। রাখল পুমথা থাদোকপা ওবগী চাউরবা মগুন অমা লোতলা। নৈ হায়না তৌবদা অকায়বা লৈত্তে।

'অঙকপা লুহোংবা' গী মতাংদ বীরেনগী লুহোংবদু যেংনিংবদগী উরীরৈ লুহোংফমদা লাকখি। নাবেনগী লুহোংবা অসিদং উজরগা মহাক শিরবদু পেজগনি হায়না থনগা লাকপনি। বীরেনগী মফমদা লোইরং শীংথোঙ ওইত্তুনতা লাক্লবা তুবননা হন্দক অমুকন্থ বীরেনগা লুহোংগদৌরিবী রাজেন কবিরাজগী মচাম্নপী তত্তুবু চেন্দনা বীরেনবু চোপহন্নবা অমদি লুহোংবা থুগাইনবা শিনখি, মতাং অসিদা কৈন্য লৈত্র-বদা বীরেন অমদি মহাক্কি শাগৈ মাতৈ পুম্নমক ইকায়বা নংথি। তাক্তা অতুমক্তদা উরীরৈনা মুপীমচা ওইবাগী ইকায ইকি পুম্নমক থাদোক্তনা বারেননা ইকায়বা নংত্তুনা মীয়াম মমাঙদা চোপকদবগী শক্তক মহাক

মশানা ইকায়বা নংবনা হেন্না কৈ হায়বা খন্দুনা বীরেনগী ইকায়বা ডাক্ত-নবগীদমক মাওপ মচি অমদগী খোরক্কনা বীরেনগী ওকশমদা লৈ হুকখিং মশিমক উন্নীরৈগী থাদোকপগী লারবা থুদম অমনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। উপন্যাসকারনা 'তুরেলগুম ঈচেল অনী লোংদবীনি' হায়বা অসিনা উবীনৈগী পুকচেল অনী লোংদবীনি হায়বা তাক্লি। উন্নী-রৈনা নুংশিবগীদমক্তা থাদোকপা মথাদোক অসি উপন্যাস অসিগী থেং-খাং কয়াদা উবা ফংই। বীরেনদু থুংনবোইদবা লৈরবদি কামজ্রবা হকচাং অসি লাম্মৈনা চাকখিবনা হেন্না কৈ, ঈশিং ফংদনা শিবনা হেন্না কৈ, রাসমণ্ডল পুখ্রিদা লুপ্তনা শিজখিবনা হেন্না কৈ হায়না খঙ্গরিবী নুংশিবগী লমদা লমহৌবী উন্নীরৈগী শক্তননি।

কমলগী 'মাধবী' উপন্যাসতা য়াওবিবী 'মাধবী' হায়বী অসি মশাগী ওই জবা কযাবু তুংওইন্না থনয়গা মপুন্সি লোমজগ্রবী মুজা অমনি। উপন্যাস অসিদা উপন্যাসকারনা মাধবীগী চবিত্র অসি মওং অনি থোক্লা যেক্লি। অহানবা খুংযেক্তা নুংশিবগী লমদা তত্তাও তত্তাওবা মুজা ওইবগী অথোং অনেং ফাওবা মশাগী মচিং মশাননা মশামক্কি তুংগী পুন্সিদা নিংতমদবা মৈচাক থাংখিবী মাধবীনি। অনীশুবা খুৎয়েক্তনা নুংশিবদা ডাওথোকপা তমঙ্গবা থশ্মোয গত 'মাধবীগী পুকচেল হোংবদা' করিগুম্বা থশ্মো-য়গী থৌইনশিন অমনা জুগুপ নুংশিবগী রাখল অমদা মোংহাত্রবা ঈচেল তপ্নবা ফালগু গঙ্গাগী ঈচেনগুম নুংশিবা অমবু থাদোক্তনা নুংশিবা হাযবতুনক ওইগদবগা লেত্তখ্রবী মাধবীনি।

চৌংয়া লৈকোলদা শনাগুম্বা অমগী মফমদা মথশ্মোই কথোকক্লে হায়না মতা উন্নীরৈদা নাপদীনা হায়রি — "ইতা উন্নীরৈ ঐগী হকচাং অসিদি মী অমগী মফমদা কথোকক্লে, মরম অসিনা ইনিং তৌনা চথোক-পা ঙমক্রে, ঙসিদগী হৌনা ঐগা উনবা ফংলরোই, করিগুম্বা অরাবা তারবা মতমদা উনসি।"

অসুম্না মহাক্কি মফমদসু নুংশিবগী রাখল চপ চানা লৈবা উই । নুংশিনা নুংশিদ শাশিন্নহনা ধীরেন্দ্রসিংহগী থম্মোয়গী অশেংবমক খঙলগা মথম্মোয় লাম্মোকে খনবী মাধবীনি । মাধবীনা নুংশিবদা কয়া থাজন-বগী মতৌ অসি 'ধীরেন্দ্রসিংহগী অঙকপা' মতাংদাদ চপ চানা ফোংদো-কখি । ধীরেন্দ্রসিংহনা মুজাগী থম্মোয়বু অবেপ্পা মশক খঙদোক্লবা পাংথোক্তবা হোন্দোক্লকবা হি অদু হোন্দনা ইচম চম্না নুংশি ওইনজ-বহুবু মাধবীনা মচিং মশোন নাইবীগী মতাঙুম হিথক্তগী ঈশিংদা ফন চোংথখিহ্না — "অরেপ্পা বাদি হয়েংমুক্ক নপোক্তা খঙহজরগে" হায়রম্মগা চেনখি । অসুম্না মাধবীগী তপ্পাও তপ্পাওবা নুংশিবদা থোইনা নুনা খম্নবা ওপ্পুদবা অদুগা খনদবসু চয়দবা থম্মোয় নুংদা চাক্তনা লৈজবা মনুংশি অদু 'মাধবীগী পুকচেল চেংবা' হায়বা মতাংদদি চপ চানা অনৌবা মায়ওন অমদা ওন্নকখি । জগংকী অগা নুংঙাই অমদি অপাম নুংশিগী মরমদা খল্লগা উরুবগা মাধবীনা মথম্মোয়দা খল্লকই —

"নুংশিবা হায়বা অসিদি অপোপ্পা সংসার অমনি ...... খংলং নুংশিবা হায়বা অসি পোৎশক অমত্তা তংদুনা লৈবদি, মখুম থুমজিন্দনা উপুগী মমুৎদা ফাজিনবগুম্না য়াম্না অরাপগী মশক্কি । ........ অরাবা অসি কোক্লবগীদমক হৈরবাক চীংগী লোকনুং অমদা লাই নিংহনা লৈরে । অদুগা লোয়ন লোয়ননা খুদোংথিবদা ওরবা লম্বী চৎপা মীওইশিংবু মতং পাংগে ।"

অসিগুম্না অনৌবা রাখলগী খোঙথাং অসিদা নত্তনা মাধবীগী থম্মোয়দা অচৌবা জগংকী ওইবা অনৌবা রাখল অমসু থোমজিল্লকখি । লনাই ওইজবা থিবগী রাখলত্তনা লমজিং ওইনরবা তাইবং অসিদা ঐথোয়না অনৌবা অচৌবা রাখলগী মখাদা ইশাগী ওইজবা থাদেং তুনা বিশ্বপ্রেম য়েন্থোকপা ঙমগদবদি জগৎ অসিদা শান্তি লৈবা ঙমগনি ।

মতুগীদমক্ত যুগ কয়া কয়াদা ঈশ্বরগী শায়োন ওইরবা চাউরবা মহাত্মা কয়া কয়া পোক্তনা পুজল্লরবা জগৎপু কন্দুনা অচৌবা অনৌবা রাখল হেক হেক লেনখিরমগী। মাধবীগী অহুগুম্বা মহাপুরুষশিংগী মকু্বা থম্মোয় অহুগুম্বা থম্মোয় অমা পীবিনবা তাইবং পানবা মপুদা হায়জরি—

"তাইবং পানবদা মীওইনা পোক্নগা পুক থম্না চাতুনা। কন্নবা হিয়োল শেংস্নুনা থম্নই হিংবদি করিসু কারদে, মীগী উপকার তৌবা গুণবদি অথোইবনি, অথোইবা থবক অসি তানগে হায়রবদি স্বার্থত্যাগ তৌগদবনি ইকাইবা থাদোক্নবনি, মীনা যেংথীবা কিরোইদবনি ........ হে দয়াময়! হকচাংগী পাঙ্গল পোন্নবী, পুক্কিংগী পাঙ্গল পোন্নবী—, অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্বা য়োমজিনা পেক্রুরবী ঐ ডোন্দা অন্ধবিশ্বাসনা কুণ্ডনা থম্নবা অমম্বা সমাজগী মনুংদা স্বার্থত্যাগকী মঙাল খজিক্কং উৎনবা পাঙ্গল পীবিযু।"

কয়াদা থাক বাংখ্রবা মাধবীগী মশাগী ওইজবা থাদোকপা উপ্নগী রাথলনো? মশাগী ওইজবা থাদোকপদগী ফংগদবা মশাগী কান্নবা হীরম অমত্তা য়াওহ্রবা মথলগী পুথাদোক্কি। অম্মুম্বা মাধবীনা অসিগুম্বা রাখল অসিগী মতুংইন্না মন্নুম থাদোক্তনা লৈঙাং শংবা কিশেৎনা চাককা থুনগতা চাক্কুনা অভকপা পুন্সি মরেল অমদা শুব্রবা উমংদা মথন্তা পুন্সি লেলকখি। চাওথংপগী গ্যান ফংজিনী মাধবীগুম্বী খুদং চম্মা অমগীদমক্তদি অরায়বা থবক নত্তে। থম্মোযগী থুপ্নবা কাচিন্দা শক্তথিবা অচেৎপা রাশক ওইবনা মযা ঈপাক অসিদু থাদোকপা ডমখিনি। ডাক্তুশিংগী মথুঙগী কাশীবাসী কয়াগী অরাবা কন্নবা মাধবীনা নারিবী মুজাগী শুমংলাং ওইবমগদবী শমলাংবু তঙ্কা তফাহন্দুনা হিয়াং অথৌবগী শক্তম লৌখি। শুমংনিংডাই ওইরবা মুজাগী নিংথিরবা হকচাং কন্নাংখশিং অমদি মায়থোংবু অকিবগী শক্তমদা ওস্থোক্তনা

শুম্মংপগী মহৎত্তা অকিবা পোকহনশি। মতা উরীরৈগী হুংশি লম্বীদা থেংনবা খুদোংথিবা কয়া মতেং পাংদিহুনা পম্থংনহনখি।

উপন্যাসকারনা পাঙ্গল শোনবীগী মপোক্তা পোম্লবী মাধবীগী অসি-গুম্বা অরাংবা মথলগী ত্যাগ অসিগী মমক সমাজদা ফোংনা—

"ধন্যনি মাধবী নংগী থৌরাং" হায়বা যৌনা থাগৎখি। সমাজনস্থু মসিমক থম্মোয় পেম্না যানিংখি।

মাধবীগী মুশী ওইবীগী খোংলন পুক্কিংদা কল্লবা রাশক অমনা লংলবা পম্থং অমা ফংননবা হোৎনল্লবপা খোংফমদা তাংইদগী ওইবা মায়াগী চৈথেং অসিনা হেক হেক য়ৈথায়বা পীনক্তবা নাম্ভু। সমাজগী য়াইফনবগীদমক্তা মশাগী হায়বা মচেং অমত্তা থনখিদ্রবা মাধবীনি। অতেবু অয়াবদি—মসিনি মায়া, মসিনি জগৎ, মতম হৈইনা কায়নম্রবা ধীরেনবু উবমক্তদা থম্মোয়দা নৌংহৌংনা চাংহৌ অমা লাংলখি তহুনা মরম ওইহুনা—হৈরোক লাইরেম্বী শাহন চকচা ফীজেৎ হেং লবী মাধবীনা

"......নীংথিনা শাংকাহনদ মখা হৈক্কা অহ্ যেন্দ ই থম্না হেকে। যেন্দাইদগী লৈ অমমম লৌথহনা পাক লংবা হৌবগ্র। অদুগা লৈ পারেং অহ্ য়েংহুনা অরেম্বা লৈ পারেংশিংদা, ঐনা হুকনিংবা মীগী মহুকশমদা হুকপা ফংদ্রেকো" হায়হুনা মসিংগী তারকপা পিংনা লৈ পারেং অহ্ পুমচোৎ চোৎহনগ্রিবা অসি করিগীনো? মসিবু ওইবা য়াম্রা, স্বার্থত্যাগকী লংলবা খুদম উৎকদোরিবী থম্মোয় চেংলবী অমগী লৈফম থোকপা মগুনল? চুম্মি চিংননিংডাইগী মশকক্কি, মশাগী অশোনববু কুপ্পনা ত্যাগীনী ওইনা তৌশিন্নহুনা মুংশি মৈচাক সমাজলম্তা খাওনা দমগ্রহুনা মী উত্রবা উমংদা লোৎলম্লিবরা? অদুবু মশাগী মথুং চল্লনা ধীরেন্দ্রাসংহনা মখাংনা থেংনা লাক্লনা কাওবদা মাধবীনা করিগীদমক্তা মশাগী পরিচয় তাকখিদবগে—

"খঙ্গনি মাধবী নংগী থোরাং" মশাগী ওইজবা হানবতনা মিশিঙ্গাং ওইনরবা জগৎ অসিদা মাধবীগুম্বী সমাজগীদমক্তা মপুন্সি কথোকপা ঙম্বী মীশক তঙাই ফদনা দরকার ওই ।

(ঙ) 'মাধবীগী' নুংশিবা অমসুং মথেল থরাং :—

উপন্যাস অসিদা উরীরৈবুগী মপাং নৈতনা লমচৌবী নুংশিবগী থাক অমদি মাধবীগী লোনাই নুংশিবগী মাখলদগী মথাক্তা নুংশিবরোমদা লাক্লাথিত্তুনা লংথ ত্যাগকা উরোৎ খিন্দনা বারবা জগদ্‌ বিশ্বপ্রেম য়েনক চঙবা রাখলগী শক্রম কবা থেকপদা নত্তনা উপন্যাস অসিগী অতোপ্পা চরিত্রশিংগী মবক্তা ইচম চম্বা নুংশিবগী শক্তম থরংনা উৎলিরি : বীরেন্দ্র সিংহগী মচন থম্বালসনাবু মাগী মকপ শশীনা নুংশিখি । বাকনী লাই খুঙম্বা চৎপদা শশী অমসুং থম্বালসনা বীরেন্দ্রসিংহগা লমখাংদা ক্লায়নখি তত্ত্ববু শাবী শানৌ অনিমক থম্মোয়দা নুংনাঙবা ফাওনখিদে । উরীরৈবু লমখাংদা থেংনত্তুনা খুদোংথিবা কয়া থেংনরবগী অত্তুংদা চীংথাংদা কুম-থবক্তবা মতমদা বীরেননা শশীগী মফমদগী মচনথ্রুপী থম্বালসনাবু থকায়দা লৈবনগাদগে হায়বনা মথায় বানা জুংলমী । বীরেনগী রা তাবদা শশীনা মরোই তৌনা হায়রকই —

'করিগুম্বা লাইগী নোংদম্বা নচন্‌ পুত্তুনা চৎলম্বা ঙ্গাংবু মত্তু লম্বাদা থেংনররদি নহাক কুয়ামুকু নুংঙাইগনি' মত্তু তাবনা বীরেননা থুমকই —

"হরাওমনখিত্তুনা ইচম ফাওবা নঙোন্না কথোকপা ঙমগনি ।" অদুম্বা শশী অমদি থম্বালসনাগী নুংশি মরি অদু তাঙ্গানা য়াদত্তুদা নাকোইনা উংপা তাখি । বীরেনগীদমক্তা রাজত্রবা শশীনা উরীরৈবু ঈশিংদগী লৌথংনবা হোৎনবদা মশামকথ ইমাকখি । মরাল লৈজত্রবা শশীব

ফম্রবা ভুবনগী কাংবুনা হুরানবগী 'ফিজেৎ শেংচিনবিহুনা থম্বিরাদগী দাকুগা লাক্লা উরীরৈ মাঙথিবগী মরাল পীশিন্দুনা অরাক্ম তাখি, কৈশুমশংদা লৈবা তাখি। অদুবু অচুম্বগী জয়নি, অফবগী মঙ্গলনি। বীরেন্না মহাক্কী লুহোংবা মতমদা মতাও শশীবু নিঙশিংলকখি। উরীরৈনা শশীগী মরাল লৈতে হায়বা প্রমান পীরবগী মতুংদা কৈশুম-শংদগী থাদোকখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী ছোনা মাগীদমক অরা েংবাং কয়া তৌজরকবা মরূপ শশীগী মফমদা বীরেননা করিনা লমন শিংগনি? নহা ওইবগী থম্মোয় ঈথিল, শশী অমদি মচনম্বুপী থম্বালসন। অনী মুংশিনৈ হায়বসি বীরেন খঙবা নত্তে খঙই। মবম অদুনা বীরেননা শশীগী মফমদা—

"মরুপকী অরামলগীদমক মনা ওইনা ঐগী ইচনুপী অসি কংলবনি।"

হায়দুনা থম্বালসনাবু শশীগী মফমদা কন্যাদান কংথ। কয়াদ-মুংশিনব্রবা মরূপনো। অদুবু হায়না শাবী শানৌ অনীগী থম্মোয়খং-নদনদি মসি পাক ওইথোকপা য়ারম্লোই। উপন্যাসকারনা মশা খরদা পল্লবসু থম্মোয় অনীগী মুংশি শক্তম তশেংনা থংই। মবম অদুনা শশীনসু কৈশুমশংদগী হেক থোরকপগা মশানা পামজবা মনা অমা ফজনা অদুগুৈ বারুনী লাই খুরুম্বা চংপদা হায়নখিবা রা অদু নিংশিংলক্লনা 'বাক্সবংশ হায়বা অসি হায়নগ্রবা রা কয়া শোয়গন্দরোইবে" হায়দুনা নাবেনবু থাগংচখি। অসুম্না শশী থম্বালসনাসু উরীরৈ বীরেনগী মতৌশুম্না মুংশি পম্মনখি। মুংশিবগীদমক কথোক্রবা চাং খম্নবগী রাদনি, মুংশিবগী মগুন্দি খেন্নবা লৈতে। থম্মোয়গী ওইসা রাকননি।

উপন্যাস অসিদা মপা মম। ওইবশিংগ মচা মশু ওইবশিংগা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মুংশিনবা মরী কয়াসু উবা ফংই। বীরেনগী মপা

ইবুংঙো সনখ্বানা খুঙ্গংগী ইচম চম্বা পাখং অমা ওইরম্বা য়াদা মচাবু অক-নবা চৈরাক পীদুনা কুপ্পা শেম্লজবদগী মচাবু অচংবা মী অমা ওইহনবা ঙমখি। মুংশি রাখলনা ঙাওদুনা মশাগী লাইরিক লাইশু পাবগী মতম মুংশি মুংওসগী লাইরিক শাবা, মুংশি কবিতা ইবরোমদা মায় ওনশিল্লখা বীরেননি। বীরেনগী লমচত্তা নোংম নোংমগী মথোদা পুক্নিং চংলক্কবা মাঙনিংঙাই ওইবা লম্ভিরোমদা চংশিল্লকপা অসি সনখ্বানা খঙখি, মপুক্নিং মুংঙাইখিদে। মচাবু নীরৈবাক্তা থাদুনা মহৈ তমহল্লগে হায়না লেপখি। লাইগী নোংদম হায়বত্তুনি, নোংমা বীরেননা উরীরৈদা পীননবা চিঠি অমা ইবা লাক্করিঙেদা মপাবুংনা চংলকুনা হংলম্মি— "করি লাইরিক ইরি?" খুদক্তা খংবোই করিবোই ইপা পাখংনা বীরেননা খুমখি— "ঐগী মরূপ অমা কলিকতাগী প্রেসিডেন্সি কলেজদা তম্মি মঙোন্দা চিঠি অমত্তা ইগে তৌরিবনি।" সনখ্বানা অচেংবা তাঙ্গা ঙাইরকপা কুইর-বনি, ঙসি মতাং চানা ফংলবা তাঙ্গা অসি নাক্লোকহনখিদে, পন্থবা তৌদনা হায়খি—

"য়াম্না ফরে প্রেসিডেন্সি কলেজদা নঙগী মরূপ লৈ হায়বা, নংসু তয়েংমক কলিকতাদা চংলো, ফম অদুদা লাইরিক তম্বা তারে, থৌরাং পুম্নমক লোইরো।"

অসুম্না মুংশি উপাক্সা তাঙরম্নগদবা বীরেনবু নমদুনা মী ওইদবা য়াদে হায়দুনা লংকৈদা থাখি। করিগুম্বা বীরেনবু অসুম্না থম্বা তারবদি উরীরৈ থুংনশিবদি য়াই হায়ববু, খুঙ্গংগী ইচম চম্বা মীশক ওইদুনা লৈরমগনি। অদুবু সনখ্বানা মচাবু উপায় অমা তৌদুনা ইচম চম্বা মী অমা ওইরমগদবদগী কনবা ঙমখি। উপন্যাসকারনা উংনিংলবসু অসিগুম্বা তমজনক্কম ওইবা, মচা মশুগীদমক য়াইফনবা থবাই য়াওনা হোৎরিবা মপাগী শক্তম অসিনি। খুঙ্গংগী ইচম চম্বা মহৈ মশিংগী মতাল উমজবা সমাজ অদুদা লৈদুনসু মচাবু মীওইননবা কন্না শেম্নখিবা সনখ্বানি। মহৈ

মশিং তম্বগী কাম্নবা; জ্ঞানগী তফবা মগুন অত্তু মচা মশুশিংদা চেলহনবা ওম্নবগীদমক্তা হোৎনরিবা মপাশিংগী মহৎশিনবনি। মচানা মহৈ তম্মিঙৈ মতমদন্থ শাংলবা চহি মঙাবোম অদু ময়ুমদা থোকহল্লনদে। খুৎবা সমাজ্জ অসিদা সনথ্লানা মী ওইপ্রিবা কাওবা লাকহন্মিংলমদে। অচেৎপা অশা অমগা লোয়ননা মচাবু নাউযোকখিবা সনখ্লানি। মহৈ মশিং মতিক চানা তম্বা লোয়রবা মতুংদা বীরেন্দ্রসিংহ ময়ুমদা হৌরক্র। নাংক চাবা মচাগী মতিক চাবী মমৌ যিবা হৌরক্লে—মতম অদুগী মীনা সনগান লৌনরিবা রাজেন্দ্র কবিরাজগী মচা নুপীগা হায়নহনা লুহোংনবা শিনখি। অদুবু লাইবক থীবদগী ফত্রবা ভুগননা লুহোংবা নুমিত্তা কন্যা ফাঙনা পুখিবদগী, ইকায় ফিককখি। নুংশিবগী মযাইনা কনমনখিহনা মাবু হন্দোকপিরম্বসু, বীরেন্দ্রগী লুহোংবা অদুদং উজরগা শিজ্জখ্রবসু পেঞ্জবে হায়দুনা লুহোংবা য়েংবা লাকচবী উরীরৈনা ইকায় ফিকক্লদুনা তিংচক মাইওক্কদুনা লৈনরিঙৈ ওাঙ্গা অদুমক্তদা বীরেন্দ্রগী ইজ্জৎ ঙাকপা ওইনা ববমালা হুকখি। মতম কুইনা নিংজরকপা লাইনিং মতে যানখি। মচাবু উরীরৈনা অদু য়ৌনা নুংশিজ্জবম্বা অমদি সমাজগী মমাংদা পুমশি শিরবা মচাবু কনবিবা অদুগীদমক্তা উরীরৈবু মথাম্মোযদা খাগৎখি, মমৌ অমা ওইনা তরাম তরাম লৌশিনবিখি। শিত্রে হায়না নিংনবপা উরী রৈগী মপা নবীন অমসুং মমা থপালসু মচাগী ফনবা নব অমা ফংজদা হরাওজখি। অহল মশেলসু ঙাইশেল ওইনবগী কোম্নহনা নুংশিজরবা মচা মমৌগী মঙ্গলগীদমক ঈশ্বরদা খুকমজখি। অসুম্না মচাগীদমক্তা মতম পুম্নমক্তা য়াইফনবা খনখিবা বীরেনগী মপাবুং সনখ্লানি, ওনজনফম ওইরব অতাংবা মপানি।

অমরোমদা, মচাগীদমক্তা অবা অনং কয়া থাংজখিবী থপ্পল, মদোম শাংচবী উরীরৈবু নুংশিমনখিবদগী মতাং চানা ঙারকপা ওমজখিত্রবী মমানি। নশাবা বীরেনবু উমজনিংবদগী বাকনী লাই খুকম্বা চৎনিংলিবা

মচাবু ফজে হায়বা খঙলবা ভুবন্দা চিংন চিংননা শিন্নহনা মচাগী নিঙবা থুংজনবা খনখি—

"ভুবন হায়বা মুপামচা অসি মহৌশানা লমচৎ কয়া ফজদে মাগী মথুন্তা করম তৌনা ইচা শিন্নশিবা। অমরোমদা লাইখুকম্বা চৎনিংবনা ইচাগী মিত্তা পি শিন্থরিবা অসি করম্মা য়েংহনা লৈসিবা।"

অস্তুম্না মচাগী পামজবা অশা অদু থুংজনবা ভুবনগী মফমদা শিন্নখি। মচাগী অরাববু য়েংবা ঙমজদবী মনানি।

বীরেননা লংফৈদা চৎপ্রবদা থাইন-মৈচাক্তা ঙাওরবী উরীরৈ চাফম থকফম খঙদনা অনাবগুম্নবী মচাগী অরাবা মৈচাক খংজদবা থম্বালন চাক চামিন্নবা কৌশিল্লি। অদুবু উরীরৈনা চাক ঈশিং ইচা চাদবা অদুদা মপরাই বাজহনা, মচাগী চাবা য়ান্নবা অহাও অখুর্য়াচংবা পাবনি। উরীরৈনা "হকচাং ঙমদে" হায়রবদা মপা মমা অনীনক্তা মাগী নাকল অমমমদা ফমহনা হুমাই হুমহনা সেবা তৌখি। করিদা মুংশিনা নাওয়োকপ্রবনো?

কাঞ্চীগী ইনাকখুনবা ধনঞ্জয়না মচাগী মমৌ ওইনমবগীদমক্তা উরীরৈবু হায়বা লাক্লম্মি। থোইচৎ রাংচৎনবা মাগী মতৌ অদুদা মচাবু পাখিদে। অদুগী মলোমনা ধনঞ্জয়না উরীরৈগী ইমুং মমুংবু ভুম্না মাংহন্নবা মগম মকৈ নৈ থাখি অদুবু মরাইবক ফবদগী মমা মচা অমদি মপাবুংগী থরাইদি হিংহৌই। উরীরৈগী আপোকপা নবীন, অনঙবগী চৈনা খাঙবা ঙমদহনা লংফৈদা শেল তানবা চৎখি অদুবু লাইবক থীবদি চহী ও লোমগী মতুংদা শিরে হায়বগী টেলিগ্রাম লাকখি। মচাগী বাহৌগীদমক্তা অরাবা কয়া ন সবী মপুরোইবা কায়নরগী থম্বাল মচাগী আশাহনা হিলি। বীরেনগী বাশকনা ঙাওরবী উরীরৈনা থেংনবা অহিংদা পারেল (লেংলে) ঙশাথক্তা খাউলিবী শকখঙদবী চেক্লাবু বীরেনমক্লি শন্দুনা

ফাগদবগী ইমুংদগী থোকপ্রবা তুংদা ভুবনগী থুংগুনা উরীরৈবু থিবা শেগায়রবা খাংপোকশং অতুগী মমুংদা চংলকখি। চিন্তাগী পোংলুমনা নল্লবী থম্বালদা "নচা কদায়দা লোৎপ্রবগে" হায়ত্তুনা ফুবা হৌরকখি। তমখিনা ফুবা হৌরক্লবদা থম্বালনা হায়জরম্মি—

"নখোয়গী খুয়াদা হন্না হন্না খুরুমজগে, ইমুং মমুংগী অপাম্বা পোং চৈ মথৈ লোইনা' পুবিখো। ঐগী উরীরৈতদি নখোয়না কনবীয়ু।"

অতৈ অথন লৈতনা মচাবু পিয়ু হায়ত্তুনা মথরায থাকপমথৈ ফুর-ক্লবা কাওবদা তমখিরবা চৈনা অতু থাংত্তুনা থম্বালনা হায়রকই—

"নখোয়না ঐবু হাংক্কে হায়রবসু হাংলু উরীরৈতদি মাংহনবীগনু।"

অস্তুমা মীনুংশি থংত্রবা হুরানবশিং অতুগী মীনুংশি হৈত্রবা চৈক্ তত্তুবু চিংকুপ অমত্ত নিংশিংদনা—মচা উরীরৈতবু কনবীনবা হায়জখি।

ঃপুরোইবা কাযনবগী অবা মৈচাক মুত্রিবা থম্বালগী মফমদগী অয়ুক্কি নুমিৎ এই, নুমিদাংগী থাজ ওইত্তুনা লৈজরম্মি হুশিজরবী মচা উরীরৈবুসু শংলিখি। পাঙ্গল শোল্লবী, চংজফম লৈত্রবী পাক চাউরবা তাইবংপাল অসিদা মাগী মীচংনি হায়বা কনাসু লৈত্রবী থম্বালগী অৱাবা বনানা খঙবিগনি। চাদ থক্কবনা নোংম নোংমগী শোক্কিল্লক্লবা থম্বালগী মফমদা নাধৌগী মীওই অমত্তা ভুবন মপাগী য়াথং মতুংইন্না চংনখিগে। শেষ মলন্দা মীরৈবাক্তা শিত্রে হান্নবা লোনপ্রবা মপুরোইবা নবীনবু উন্নখি। চাদা থক্কবনা শোনবগী শনথৈ লৈত্রবী থম্বালনা মহাক্কী অৱাবগী বাৱী শয়া লি বদা, অশাওবগী মৈরিনা লুতোন কাপ্রবা নবীননা মখোয়গী ইমুংবু অৱাবা তাহল্লিবা ভুবন মপাবু মতিকচাবা লমন খুন্নবা রাশকখি। রাশক অতু তাবদা মথরায় রাজরবী মীনুংশি চাওরবী থম্বালনা মপুরেইবু বারবা স্বরদা খামজিনজখি—

'রুক্মিণীগী রাশুক অত্তুক কনবা শবংগে ? ঈশ্বর লৈরিবমক্তদা করিগী মীশা মীগী লমন খুবগে ? ভাকপিয়ু কনবীষগা মান্নবা অথোয়বা ধর্ম্ম অমা লৈত্রবনি ।'

অংম্মা মীগী ফত্নবা বাখল খনলা ডগজদ্রবী থম্বাল গুমিং শিংবুন কযানি চাদখক্তলগী মশা অত্তু খাংবা ভমজদতুনা মপুরোইবগী মতম্বাক্ত পুন্সিগী অরে ইবা যাছিপ তানখি । অত্তুবু অঙকপনিং ধর্ম্ম কায়জদবী থম্মায শেংবী থম্বালবু ঈশ্বরনা খোজানবিখি । মপুরোইবনা মহাক্কী হুকচাং অত্তু শন্দুক মথক্তা হাপকংলগা মৈ চুরম্বগা চংশ্রবা মতুংদা নোং চুবক্ননা মৈনা মশা অত্তু চাকপা ভমখিদে । লাইগী নোংদমদগী রাজেন্দ্র কলিবাজনা অঙ্গম চংথাব্রবদা শন্দুক মথক্তা লেংলিবা হুকচাং অত্তু উবদগী নিংথিনা থাংথতুনা মযুমদা পুবক্ননা লায়েংলবা মতুংদা ধর্ম্ম কাগজদবী থম্বাল অনৌবা নপোক অমা ফংজখি ।

অঙকপা হৃহোংনদা উবীরৈনা —

"এগী ইবুংঙইখা, ইমা ভপা অনক্তা লৈত্রবনিনা দান কৎপিনবা লৈত্র ।" হায়তুনা নখুবা নুংঙাইতনা কপ্পনা লৈরবদা মতম কুইনা পানক্কবা মপা নবীন অংদি নমা থম্বালবু অমুক হন্না ফংজতুনা নুংঙাই ঈপাক্তা তাওজগি । মংগীদমক্ত পুন্সী অগাবা শরুক কয়া হুকথেংন-নরবী থম্বাল মচা উরীরৈবু ফংজবদা নত্তো রাজকুমার বীরেন্দ্র সিংহবু মচগী বর ওইনা ফংজখি ।

মাধবীনা মতা উরীরৈদা পিখিবা মতেং শিংথানিংঙাইনি । চীংয়াগী লৈকোলদা উরীরৈ অমদি বীরেনগী নুংশি শৈছোদা মাধবীনা তেংবাংখি । বীরেনগী মফমদ ইচং খোনা —

"ইতা উরীরৈ নঙনা হয়েং বাক্নী খুক্তদা পুবিনবা লৈতে রাবদি নঙগী পুক্নিং খঙবীতুনা মহাদেবনা ঙুগী মুত্তি ওইনা কাওখিররে খুকম-জতুনা নংনা নীংবা নীজরে ।"

অসুম্মা উরীরৈগী থম্মোয়দা ফেংঙমদনা লৈরিনা মুংশি য়াখল অদুবু কোংদোকপিখি। মাধবীনা মাং য়াম্নবিবগী ইকায় খীবগী উরীরৈনা বীরেনবু থম্মোয়দা লাকহনা থমজবে ছায়বা যৌনা কোংদোকপা ঙমখি।

"শক্তিবুদা শাংপা লৈহান্দি হৌচপা লৈহাও নত্তে, পুক্রিংগী লৈহাওনি, য়েন্দাইদা হাপজ্রবসু থম্মোয়দা ণম্বা যাই।"

মাধবীনা মৈথৌ পীবদগী উবীবৈ থোবা হেল্লকখি, ইকায় ইকি খঙলকখিদে। অসুম্মা মাধবীনা নংগী মুংশি পম্নং যৌননবা মতেং পাংগে ছায়না খনখি। মুংশি মৈচাক্লা ঙাওববী উবীবৈবু, অপাম ঈথৌ লাংলবা ভুবনগী শরৌ লাংদা থুডুনা উমংদা পুবকখি। উপাই লৈত্রবী শক্তি অমোমনা চোংজবা নত্তনা করি তৌবা ঙমগনি। অদুবু উপায় লৈত্রবী উরীরৈবু কমনবা ভৈরবীগী মশক মাল্লবী মুপা অমনা মশম মনা ইফা ফারজুনা থাংশাং অমা মতেংবান্দা ছায়গংলজুনা 'ঙসিদি লৈনম্মু হায়না মায়কৈ অদোমদা পাইশিনব্রে।' ভৈরবীগী শক্তম লৌবিবা মুপী অসি কনাসু নত্তে, মাধবীন। মাধবীনা উবারৈবু উম দা লৈহন্দুনা ভুবনগী কৈনিংচিত্তগী নাম্থো কহনখি। অসুম্মা মরূপ অমগী মফমদা মরূপ অমনা পাংকম থোকপা মতেং অদু মাধবীনা চপ চানা পাংখি। বীরেননা মহাকপু মীরাইবীজুনা অতোপ্পা মবাইনক ফবা ঙমগা নুংহাংখিগদৌরে তাবদা উবীরৈগী থম্মোয়দ থাংফম খঙদবা চেনা অমা ফাওখি। হিংবগী অশা লৈত্রবী উরীবৈনা ঈনায চোল্লবা রাসমণ্ডলগী ঈরোম্ননংদা মথৱাই থাবগে ছায়না থৌরাংখি। অদুবু মাধবীনা মতাবু কনবিনবা লাওরকখি —

"ইতা ইবেম্মা! থম্বাল হেক্তুনা সুর্য্য পুজা তৌগে থৌরাংবদা নশামক থম্বাল ওইহনা অকুবা ঈশিংদা তাউথ্রবোইরে। ইতা ইরাৱবে। কনা কনা লৈবগে ইতাগী মথৱাই কনবিয়ু, ইতাবু লৌথৎপিয়ু।"

মতা চারুহন্না বীরেন্দ্রসিংহনা হুমিদাংবাই চীংয়া তময়াগী ফজবা য়েংবা থোরকপদা মাধবীগী খোল্লাও অহু ভাবদা ঈশিংদা চোংথহনা উরীরৈবু রুনখি, মতম কুইনা উন্নরুরবা শাবী শানৌ অনিগী থম্মোয় ইনৌ নৌহনখি। কয়া চাউরবা মাধবীগী মতেংনো? মহাক নৈরমতুরবদি মুংশি ঈয়ায়দা ইরারুরবী উরীরৈগী পুন্সি লনথাংদা মাংখিরম্বা য়াই। মসিনি মুংশিবা মরুপ অমগী মফমদা মুংশিবা মরুপ অমনা পীবা য়াবা অচৌবা মতেং।

শশি কাঙ্কিগী ইচম চম্না নৈরুবা খুনং পাখং অমনি। মহাক্কা মহাক্কি মরুপ বীরেনগীদমক্তা অরাবা কয়া থাউহনা মরুপ অমগী চপ চাবা মগুন ঙাকখি। অহানবমক্তদা শশীনা হৌহনা কাঙ্কীগী পাখং খরা বারেনবু বারুনী খুরুম্বা চংলুসি হায়হনা থেম্না লাকখি। বীরেনবু থেম্বা য়াশিল্লক্তবদা শশীনা হায়খি—

"নংদি হুমিৎচুম্না 'পরিক্ষা' তৌগনি হায়হনতা মরৈ মীনা কোয় য়াওদে, হরাওকুম্মে তৌই য়াওদে, পরিক্ষাস্তু তৌনি, লাইস্থ খুরুমগনি, মীনা কোয়বস্তু য়াওগনি, নংবু ভাইবং পানবগী হরাও কুম্মে ইউ উদনা নৈরাংগুম্বা নপুন্সি অহু অরেম্বদা নৈনম চনখ্রনি হায়বনি।"

অস্তুম্না লাইরিক লাইস্তু তমজতুরবস্তু মী অমা ওইনা সমাজগা নৈনগদবা মরি অহু শশীনা বীরেন্দা তাকখি। চঙবা য়াররোই শন্দনা বীরেননা "ফরে ঐস্তু লাই খুরুম্বা চংপা তারে, হৌজিক্তি চাক চারুরগে থাইস্তু হল্লো হ'চিং চংলমদাইদা ঐবু হৌরকউ" হায়হনা উচিন নাচিম্না শশীগী মথুন্তগী নাম্তোকহৌই।

'চীংয়াগী নৈকোল' দা শশীনা, মথন্তা প্রকৃতিগী ফজবা কয়া য়েংহনা নৈরিবা বীরেনবু পুম্নলাং লাংলহনা হায়রে—

"করি শল্লি নথস্তা অপাম মুংশি থুংনদবা করম্বা নৈরে, অচিকপদা কনাবু ঙাইরিবগে?"

মথোক কারকপা থম্মোয়গী অয়োনবা মুংশি লীপুন অকুনা বীরেনবু পুক্লমায়ো হায়দুনা বীরেনবু লক্লরি। বীরেনবু কাক্ষী লৈহা ও লৈবেন হেক্রসি হায়দুনা পুরকখি। লাইগী লোংদমনা, তাইবং চমুরা অনিথক কুম্ববন্দা শুক্লদুনা বীরেন্দ্রসিংহ পুমডাও ডাওদুনা লৈরে। মুংশিবগী লমদা অমুক্তা খোঙদাগ্রিবা থম্মোয় ওইবনা 'উরীরৈ - মাধবী' কৌবী তাইবং লৈরাং অনিগী মফমদা মুংশি পাওখুম অমত্তা পিবা ঙমখিদে। উথক্লো লৈম্রিবা শশীনা বীরেনগী অশোনবা মতৌ অছু উবদা লাওথনকখি —

"হৌদোং লপোইবা? হোয় পুনিগে হেক্রা হায়য়ুনে কয়িগী ব্বারেম ঙাংদুনা লৈরিগে।" মুংশি লাংদা থুঙ্গাদ্রিবা বীরেনগী অশোনবা মীওমদবা মতৌ অছুবু শশীনা থাদোকহনখি।

উরীরৈগী মরমগীদনক্তা ভুবনগী কাংবুনা বীরেনবু বাকনী নুমক্কপনা হাৎকদবগী থৌরাংখি। থদক অতুমক্তদা শশী চোংথোরক্তুনা বীরেনবু কনখি। মচনমুপী মাঙখিবগী ব্বাবা বীরেনবু, মুপাগী কিজেং শেংহনা মনাক্তা লৈম্রিনী মচন মুপী থম্বালমনাবু উহন্দুনা অরাবা কোকহনখি। মীরৈবাক্তা মহৈ তম্বা চংগ্রবা বীরেননা উরীরৈবু শশীদা শিন্নরমি। মুংশি ব্বাখলদা ডাওরবী উরীরৈনা অহিংদা উচেক কাগ হোং কাপা খোঙকম নাম্বদুনা ঈশিংদা তাখি। শশীসু উরীরৈনা তৌরিবা মতৌ অছু য়েংলম্বদগী উরীরৈবু লৌখৎনবা ঈশিংদা চোংথখি। পাক চাউরবা ইরেপ কুংগ্রবা পুখ্রি অহদা মী অমবু মী অমনা কয়া কুইনা পুগা ডমগনি। অছুবু মরুপকী থবায় ওইরিবী উরীরৈতবু হিংহৌরবদি থন্দুনা শিরবমু শিগ্রগে উরীরৈতদি থাদোক্লগ্রোই, থন্দুনা থক থাদোকখিদে। অছুবু মথোয় অনীমক জ্ঞান মাংদুনা পাক্লবা ইপাক্তা তাওদুনা লৈখি। ভুবনগী কাংবুনা ঈশিংদগী লৌথদুনা উরীরৈবু উমংদা পুশিনখ্রে অতুগা শশীবুনা ভুবনবগী কিজেং শেংচিনবীদুনা পুখ্রি মপান্দা থম্বীরক্লে। শশীবু উরীরৈ মাক্লব নগ্রপা হাংপগী দায়ত ওইহন্দুনা কৈওমশংদা, মীহাংপগী মরক্তা অমনি

হায়না চিংনহুনা মীহাৎপা মী পুথোকপা ভমদ্রিবা ফাওবা থমখি। অদুম্না মুংশিজরবা মরুপকীদমক্তা অরাবা দশা কয়া নংখিবা শশীনি।

তুকমনা বীরেনবু উরীরৈগী রাখল থাদোক্লবা উপায় কয়া থিখি। শশীগী মীং শাশিন্নহুনা উরীরৈবু শশীদা লুহোংলে, ঐরীরৈগী রাখল থাদোক্লো হায়হুনা চিঠি ইখি। বীরেননা মহুমক অচুম্বা ওইনা থাজখি উরীরৈবু রারৌখি, শশীবুনা মরুপ হাৎপা বিশ্বাসঘাতক অমগুম থনখি। মতুগী মলোমনা লংফৈদগী খোরক্লনা মতমদসু বীরেননা উরীরৈ অমদি শশীবু থোইনা নিংশিংলুদে। অতুবু অঙকপা লুহোংবদা উরীরৈনা শশীগী মরাল করি অমত্তা লৈতে হায়না শাক্ষী পীরবদা শশীবু বন্দীশ-ঙদগী থাদোকখি। মতুংদা মহাকিদমক্তা শশীনা অরাবা কয়া খাঙখিবা অমদি মহাক্কি মহুং শিন্দুনা উরীরৈবু শেন্নহুনা লৈরম্বা অতুগীদমক্তা ঙমখে লেতনা বীরেনগী থম্মোয়না পেঙখি। মরম অতুনা বীরেননা—

"মকপকী অরামজগীদমক মনা ওইনা ঐগী ইচন মুপী অসি কংলবনি" হায়হুনা মচন মুপাবু শশীদা কৈন্যা দান কক্লনা মরুপ অমনা ওইবগী চপ-চাবা লমনশিংখি।

অদুম্না মরুপ অমগী মফমদা মরুপ অমনা লৈফম থোকপা প্রেম অহু চপচানা বীরেন অমদি শশীগী মরক্তা লৈনখি। বীরেন অমসুং উরীরৈগী মুংশি পংথংদা শশীগী চাউরবা মতেং অমা য়াওখিদবা নত্তে।

* * *

লাঙলগী। মতম খরা মহাও তত্ত্বা ওইনা তমহনরমবস্তু মহৈগী কাম্বা শাইনা খঙনদবনা খাওতন্থা তোকহন্নবনা অয়াম্বনি। মতম অতুগী সমাজদ মীশিং য়ামনদন, হিন্নবগী লানফমদা থোইনা অরাবা থুঙ্গাংচাদবা লৈনরমদবা, খরনা শু-নোম্মগা পুঁৱৈদা লৈবা য়ারম্বা সমাজনি। মহি মশিংগী লমদা থোক্টনা থম্বায় য়াওনরমদবা মওংচু অসম্বা উৎলিং উপন্যাসকারনা—

"লোন্দি ফনা কয়ে হায়বদু থবক্তি ইফং ফংদে, কাম্বরেই লাইরিক শুনা লোহংদো, থবক শিংনবনি। খ্রীথোয়বগী লোমালস্থ চহি ৩ পুরা থবক মন অমওা শুক্রন্দনা ইদ্দুল কমহনবু পৈশা অমত্তা ফংদহনা খৌক্তি ন তোকহনখ্রে"

অমসু খুঙ্গংগী, মহৈ মশিং তম্বগী কাম্নবা খঙনদবা সমাজ অদুদা তরা তরক মথবাই য়াওনা লাইরিক তমজরিবা বীরেন্দ্রসিংহগী পুক্নিং থৌগৎপিবগী মহুত্তা—

স্কুল মচাগী মরৈকননা থবক শুনিংদবা, শংগ্রাক থীবা অসিনচিংবা থেথংপগী বাওাং কয়ানা নহা ওর্ক্টরিবা বীরেনবু পুক্নিং ন্নংশিক্ষনখি অজুবু মপাবুং সনখাগী, মচাবু নমচুনা মহৈ মশিং হৈবা অচউনা মী অমা ওইহন্দবা য়াদে, হায়বা অচেৎপা রাথল অসিতনা মচাগী নিংচিন্নরম্বা ন্মরবা পুক্নিংবু থৌগংপিদুনা অনৌবা থৌনা হেক হেক হাপ্লিখি।

মতম অতুগী সমাজদা মুপামচাশিংগী মরক্তা লোনখিল ওইনা মশিং য়ামজগ্রবস্তু মহৈ মশিং খর খর তম্বা উবা ফংই। অতুবু অয়াম্বা নহারোলদি, রারেন থোরেন, হুরান চিঙ্খি তৌতুনা লৈবনা অয়াম্বনি। শশী অমসুং মহাক্কি লাইরিক তমত্রবা মরুপ মপাশিংগী তঙাও তঙাওনা লৈবা মতৌ অমসুং ভুবন অনদি মাগী মীগী ফজনবা, মাঙননবা তৌবা

হুরান চিন্থি তৌহনা সমাজদা অকায়বা পীবা অসিনচিংবা, চাউখৎপগী মওাল উদবগী মওং অসিগুম মতম অহুগী সমাজদা চপ চান্না লৈরম্বা আশেংবা শক্তম ওাক্তনি হায়না লৌবা য়াই, নিওবা কায়নিংঙাই ওইরবা ফিভমদা লৈরম্বা সমাজনি। খুাইদগী লাইবক থীবদি মতম অহুগী সমাজদা লৈরম্বা মুপীগী ফিভম অসিনি। মহৈ মশিং তমহন্দনা পংলৈ লৈহন্দুনা মতমগী মতুংইন্না য়ুম্বাল কৈবাল তৌহন্দুনা চাবোক পুথোক্ক-বগী ফিভমদদা লৈহম্ময়বা মুপীগী ফিভমনি। অহুগী মথক্তা মচা নিংঙোলশিংবু চৈরাক পীবিদবা তৌনিংবতা তৌহনবগী মম্মি, উরীবৈ মাধবী চীংয়া লৈকোলদা মবুং-মৌপা কনা যাওদনা লৈ থিন্তনা লৈং অসিনা সাক্কিনি। মুপীশিংগী মরক্তস্থ থোইনা মশাগী ফিভম অহুদং হোংদোক্লবা খম্নদবা মওং অমদা লৈরম্মী।

অহুগা মতম অহুগী সমাজদা অকনবনা অচুম্বা শকপ, মী অমগা মী অমগা মত্তেং পাংন্দবগী শক্তম খরস্থ মরৈকম্মি হায়বসি উধা অহুং মফংই। ভুবনগী মপানা ইনাক খুন্নি মতাগুম উনীরৈগী ইমুং মন্নুংবু ওমৈখ লৈতনা ওৎখিবা, মতম অহুগী সমাজনা যেংহুনা লৈথি, মত্তেং পাংলমদে অশোনববু তুহৎপদা হালেংনদনা সমাজনি। কনা লৈজত্রবৈ থম্বালগী মকমদা ধনঞ্জয়না কাঞ্চীগী মীওই অমতবু চংহনখিদবা মতম অহুগী পুকচেল পিক্করবা মশাগীতা খম্নরবা অকনবনা অচুম্বা শক্তনা লৈনবম্না সমাজ অহুগী অশেংবা মমিনি। প্রজাগী অরা অনাগী নরনদা থোইনা য়েংশিন্দনা মী কাংলুপ খরতগী ওইনা লৈরম্বা সাশনগী মওংনি হায়না লৌবা য়াই।

অনুম্মা মতম অহুগী সমাজগী চাওরাকপা শক্তম অহু নাকোইননা নত্রগা অপাম্নমা মতাং মতাংদা উপন্যাস অসিদা ময়েক শেংনা উবা ফংই। বীরেন অমদি উরীরৈগী মুংশি লম্বীদা ভুবননা লোইরং শিংথোও শাবা, বীরেনগী মথুত্তগী উরীরৈবু নগহুনা মুনম্নবা উপায় কম্না শিজ্জিমখিবা, মসি

অসি ঐখোয়গী সমাজদা থোক্পা য়াবা, থোক্লিবা থৌদোক উরীরৈবু ঈশিংদগী লোৌথংনবা হেৎনজবা, মরাল ইরৈ লৈজদবা গগ ভুবনগী শারোদগী মরাল শিজিন্দনা নন্দিশংদা থমখিবা, অকনবনা অশোনববু লাকপুবা, শেগ্গাওপায়বনা লায়রববু তুহংপিবা থুদিংমক অসি ওসিগী সমাজদগ্গু থোক্লিবা থৌদোক খাক্নি। ভূবন মপাগী ফত্রবা খুজিল থৌনাং, মীগী মঁকমদা য়েংপদা থোংলবা ভুননগী রাখল অমদি থৌদৌ পুংমক অসি ওসিগী সমাজদগ্গ লৈতবা নত্তে। উপন্যাসকারনা তাং অসিদা মত পীবি—

"লিম্না চিকপগী হিদাক লৈ, ফত্তবা মীনা চিকথ্রবদি হিদাক লৈতে। তুনক চাকুববগ্গু ওথোক্লগা ফৈ, ফত্তবা মীগী লাংদা অমুক্তং থুরবদি নাংগোক্লনা উপায লৈতে। লৈমক শুক্লরবগ্গ মপুক থল্লিউদদি মী শোক্তে ফনবা মীদি তুপ্পা হিল্পা চাবদা মীগী মাঙনবক্তা খন্দনা লৈ।"

অসম্ভব সমাজ অসিদা ফত্তবা মীনা তৌবা ওমদবা থবক লৈতে তায়বত্তু উৎলি মমৈথংদা মশাগী মপাপকী ফল ওইনা ধনপ্পয়ন। নবীনগী থুবাক্তা শিখিবা অমদি নবানন। অরাদগী ঈপাক্তা তাক্লবগী তুংদা কায়নথংদ। অতঙপা নহোংবদা মহাক্কি ইমুং-মচুং পুম্না অমুক থেংনখিরা, অচুম্বগী জযনি সমাজদা পোকপা য়াবা থৌদোক্কি। অসুম্না উরীরৈ অমদি মাধনাগ, বীরেন অমসুং ধীরেনগা লৈনবা নুংশি মরি সমাজদা শাবা-শানৌশিংগী নরক্তু তত্তনা থোক্লি, থোকখিগনি। নুংশিজারবা ধীরেন্না মীওক্তা লাইরিক তগা চংলমদাইদা উরীরৈবু উন্নবা লাকপদা উরীরৈনা নু রাঙ্কি অমক্তা হাপ্পজবা ওমখিদবা থোং নৌজল্লিবী নুজাশিংগী থওয়ায় মহুং শিনবনি, ইকায়খিবা হাযবসিনক নুজা ওইবাশিংগী মঙুন অমনি মঙুন অসিগী মরমদা কমলগী মত্তি—

"ইকাইথৌ! নহাক অসি ওত্তোক্লা তমথিদা! মীনদি ইবাই থীবা নংবু সাইচা ওইবীশিংগী লৌতেংনি হায়নৈ ঐগী থম্মোয়দা চাকপঙুত চারিবা। অরাবা অসিগী মরমদি ইকাইবা নংননিক্তো।

অদুগা ইরথৎলক্লিবা হৃপীমচাশিংগী মফমদা লৈক্লিবা উথৎপগী হায়বা অসিনা ওৎলিবা অদুবু উংথোকপনি। উরীরৈগীতা নত্তে, লৈরম্বা লক্লিবা মুক্তাশিংগী শোইফত্রবা দশানি। উপন্যাস অসিগী মতাং ওইরবা মনিপুরী সমাজদা নত্রগা মীওইবা সমাজদা থোক্লিবা অমম্বগী অমাংবা মন্নুংগী অমদি মপানগী ওইবা থোদোক কয়া মথং-মনাওদা পাইনা থোকহল্লি।

উপন্যাসকারগী হৈশিংলবা কলমনা থোদোকশিং অদুবু তাশংলবা শক্তমশিংদগী হেন্না মথেক লাহন্দুনা তাশং হলেং শংশভনা উহনবা হন্হলম্মি। কমলগী 'মাধবী' হৌবদগী লোইবা ফাওবা প্রেমরসবী ঈচেল। মপুং ওইনা চেল্লবম্ব ভাবন' হেক শাজিনবা, ওইথোকপা য়াবোইদবা কলপনাগী মুক্তি অমদি নত্তে। মীওইবগী লৌতোংগী শক্তমরবা সাওকা মুমকমদা কল্পনাগী ফজববা লৈতংনা মচু সোক্তনা থম্মনা মনিপুরী সাহিত্যগী নিংথিরবা উপালনি। মরম অদুনা কমলগী 'মাধবী'গী থাক অসি সমাজগী চপচাবা শক্তমবু চপচানা ফোংদোকনা ... মওংদা থম্মোথ থুদিংবু শুক্মংলনা শক্তম অমা ওইহনং ভম্বনা সাহিত্যগী অরাংবা থাক্তা পুখৎফম থোকই। বুনগুবা শতাব্দীগী অহানবা তাঙ্কল অদুগী শক্তমদা থুফম ওইহুনা শাগৎখ্রবা কমলগী 'মধবী' মতম অদুগী মনিপুরী সমাজগী শকয়েং মীংশেল ওইহুনা লৈহৌরগনি।

উপন্যাস অসিদা সমাজদা হৌশেং শংনা থোক্লিপা অমদি থোকপা য়াবা শক্তম কয়া য়েকপদা নত্তনা, মীওইবা সমাজগী মরক্তা লৈরিবা অরাংবা ফিদম, অচৌবা রাথলগী তমজনফম ওইরবা রাথম কয়াম্থ নকা লায়া ফোংদোক্লি। মাধবী অমদি উরীরৈগী থুংশি শক্তমদা অহানবা হৌগৎলকপা মতমদা তত্তাও তত্তাওবা তথক তথকপা মতৌ অদুবু উপন্যাসকী মথায় চল্লকপা মতাংদা পুমহোং হোংদোক্তনা সমাজনা তমজনফম ওইবা, তাইবংনা থাগৎনফম ওইবা শক্তম অদা হোংহনশি।